# খমনু

( মোইরাং কংলেরোন )

বাংলা ১০৭৪ সালে চহুম্বা সিংথৌ

সা ভাকতক্তা —

মোইরাংদা —

মোইরাং নিংথৌ চিংথু খেলচৈব

মনাও চিংথু অখুবন পানবা মতম ।

হুকুম·

এম. বীরমঙ্গল ।

তাং ১০।১।৫১ ইং

## শক্তমদাঃ—

নুপী —

খমনু, পান্থোইবী, থোইবী, সেনু, থাঙ্গমাকপী, লৈশাবীশিং ॥

নিপা —

খম্বা, নোংবান, চিংখুবা, নাগোই খম্বা, থাঙ্গমাকপা,
থোংলেন, চাওবা নোংথোল, নিংথৌ,
নাইজহনবা, হ[illegible]বা, গৌরা, মুবা,
মুক্রাম, কৈরোইজাম্বা,
অওমশিং, মোইরাং
পাখংশিং ॥

# ১বা মতাং

## ১বা উৎপা

### থাংজিং চিং ১সুং পাৎ

থমদু মপন্না পোন্থনা মথ্ৱাংদ ভুজোন, মকোক্তা শিংবুন ১ঙুং মথুত্তা লোং পাঙৈথনা থোমক্লগা শিংবুন থম্নগা লোং থোম্দুণ।

ইছুনিংথৌ লাইবক চাওবা। ইচেমগী সম্নু নমদা থোমলেন ভুংথুন তাবথোকো—।

ঊঁশৈ :—

ইছুনিংথৌ চাওদবা
ইচেমগী সম্নুনমদা
থোমলেন ভুমথুন তানবো।
অরাম থৌম্বাং কোক্রবা
ইচেমগী পাম্বোম্মরুদা
পলেম থোম্নাং শানা চুপচরো।
মচেম লাইবক থিবিনা

লেমলৈ ভাবু কায়গা
পামেল শিংজা য়োম্নুরসিকো।
মোইরাং খৌর্ষি কৈথেংলম্বা
তম্বা চেংজেন্ থানগা
লাঙৈর মোংবা ইমানম্বাই পাংসিদো।।

( পাম্বোঙবী
ঈশৈ শক্তম্বা চংলকপা )

হাদ ইমোম্ লুংওনবী
পাম্নি চাওদ নাওয়োকপী
পলেমনং থংহন্দ নাওকোম্নি।
তুংগী শমজি পুন্নগা
পলেম কৌবদা পল্লুওপুবী
নমু [illegible]বং শেনবি'নি।
শমলাং চোঙবা ভাবগা
খোইলৌ থাংদোয়োই ওঙৈরিবী
পাঙমা লৌশিং পিখি'নি।
ইদোম ইহাম্বা লাংওনবী
হোৌনবা চেংলৌ লেংদবী
খোক্তি তৈদা পাওজেনবী'নি।

খমনু— পলেম চেংলৌ মান্নবী!
ইমা নংমু কনানো!

পাম্বোঈ— ঐবুরা ?

খমনু— পুজেমবুনি ইমাও।

পাম্বোঈ— ইরাদি মাইবী কোনরাই তানবীনি, মা কোম্নুং পাংলিবী তাঈবং লাঙ্গোল খৌরাংবীনি। করি হায়নিংই ?

খমনু— তাঈবং ভুংওঈনখ্রবী ঐবু পোকপী পলেম চেংলো— চহি কুমজা কয়াগী ভুংদা মংলানগুম ওসি নৌহোনবা উজবা করি হাঈনা পাওখুমসিগে পলেমও !

পাম্বোঈ— মোমনু লাইবক চাওবী।
ইচাগী মিংস্ন: খম্বাল 'নিদা
তরং লাঙ্গজ শিঙ্গবদি
খারম্ পাংবা মাইকৈদা
ভুরেন তোরৈ মভুংইরা
লাঙ্গজবা কাওশিং চেম্বকজন্
কেগে মোইরাং নৈবাক্তী
পাইমা মীপুককত্তবা পুম্বা
থিংগুমদবা তাওখনবা
প্যারি-মোমনু অনিবু
হন্না য়েংগুমদবা চৎলগে।

(হায়গী ঈশৈ শক্তুনা চৎখ্রে)

খমনু— ঐগীনি হাঈবা কবা নৈত্রবোই
কেগে 'মোইরাংকা নত্তবা

মালেম থুংনা কোঙ্গয়রবনু
ইচিন ইপরাগীদমক্তা
কপ্পা হন্না উয়রোই।
হাঁ-নমু তাঙ্গবং মীওঙ্গয়া!
পলেম লম্বোবা মপাগ করিতৈ
লিৎনা চাঙ্গনবা ওমদমবৈ
অহাও অথুম পিদুনা
ইচিন ইপ্রাবু থেমদুনা
যাংলেন মীকুপতংলৌজপদবগী—'
হাঁ—হাঁ— হৌজিক্না
উনা উনা উশন্নদা
য়েংনা য়েংনা য়েংশন্নদা—
লাঙ্গজ ইস্নুংবুংদা
লেমলৈনা মশোং উনা লৈবগুন
হাঁ— ইচিন ইপ্রাবু নুংশিবিবা ওঙ্গয়মক্রে
হৌমসা খোংচৎ হোংওমক্রবা তাইবং।
(চাক্লা) উচেকরায়া কাওবা শদ্ শদ্ পাঙ্গমিন্নব্রি—
শাতন্নু মপৈ মপৈ কাংবু কাংবু লৈমিন্নরি—
মী ওঙ্গনা পোক্লপা ইচিন ইপরাগীদি কদাই?
( তপ্না তপ্না শিং ১স্নুং লোং পুদুনা চৎলে ):

*Light off*

# ২শুবা উৎপা

## লম্বী

### পান্থোঙ্গৈবী

হাদা স্না পুঙয়োল
থয়ুম লাইগী লাঙোললম
মৈতৈ পোইবৈরে লমনু·ংশি !
অহানবা অপাম-নুংশি শায়োন্দা
থমনুং য়াইথিংকোনুও
শাম্ব লমগানবা লাঙোননি ।
অনিশুবা শায়োন্দা
খোংনাং লাঙ্গৈরোলেম্বীনা
হেঞ্জুনহা' তুংইন্নখিবী ।
অহুমশুবা শায়োন্দা
ঃোট্টরাং য়াইথিংকোনুনা
খোয়োন হাওবগী লেংদ লোয়্যিন্নখিবী
মরিশুবা শায়োন্দা
তোম্বু লাইজিংলেম্বীগা
কদেং থাংজ হনবগা
মঙাশুবা শায়োন্দা
পিদোংম্বু ম্বিংথৈনা
উন্নানহা খোংজোম্বা লৈপুনও

তরুকশুবা শাম্বোন্দা
কৌওইবী লাইরেমনা
অকোংজাম্ব মশুংলাং
সুংশি লাইজ ইরারুখিবা।

তরেৎশুবা শায়োনসিদদি
সুংশি রারৌনখিবা
পামু পুরৌনখিবা
লাঙোল খোংচৎ খম্বরো দে !!

***Light off***

# তশুবা উৎপা

## পুরেনবশী মঙ্গবা মুম

নামোই খম্বা ( চংলক্কুনা খোদেম্না ) ইবেম্মা।

খমনু—( ইমুংদগী ) তাদা ! ( ফিদা পুররা থোরক্কুনা থারগা ) ফম্বিসি তাদ ! ইদুনিংথৌ !

( নামোইখম্বা ফাম্ম, পুংকক চাওরবা খম্বা কিশি তাখংনা শেত্তুনা থাং ২ তা ১ মা পুত্নুনা থোরক্লগা মাগী ওঝাগী নাক্তা থমলগা থুরমই।)

নাঃ খম্ব.—গুসিদি য়াম্বমু থবক অমত্তা চৎলুগে ওবাং তারুখশিংদো ওহাক্কুং ঔরাইরগা সুংদাংবাইরম অমুক লাকে।

( মক্ষি শেমত্নুনা খম্বদা মুক্কা তন্থিরে অমন্নুং থাং তন্থিরে, খমনুস্তু য়েংখি— )

নাঃ খম্বা—তারোনশিংত্থু ঙহাক্তং চোংঊ য়েংগে।

( খম্বা তা পাঈত্নুনা খোশাখি )

নাঃ খম্বা—( হয়াওনা ) ব্রারনি পোখারো। ইবেম্মা! নবুং চৎলগে।

খমনু —ফনি তাদ!

( নামোই খম্বা চংগ্রে )

ইত্থুনিংথৌ! ঙসিদি নদোম অমুক ঙৈরাইথরনু ইচেম খোরি কৈথেল চৎলুগে ঈমুংদা থোং চেজেৎ লোনশগ্না পোথাত্নুনা লৈরম্মুকো।

খম্বা — ইচে চানবা করিমত্তা লৈত্রবরা ?

খমনু— ইচেমনা চৎলগা লৈরক্কনি। লাম্রবম্নু ঙহাক থাংলম্মোকো!

( খম্বা থাং তা পুশনগ্রে খমনু ঈরা চেমা য়েংল্লগা থোকগ্রে থোং লোনশনগ্রে। )

পাম্থোঈবী মোৎলবা ফিজোন্দা চৈশু শুনা য়াম্না ব্রানা চংলক্কুনা—

হা—কনা লৈবগে ? —য়ুমসিবু মী নুং লৈব্রা ? মীশোন্দি তাই থুমদবু লাঈরা অনং লাক্কুনা অব্রাৎ-পা নিরবা পিনিংদনা থাংব্রা ? লৈরাদি থোরকও ব্রাচাংসে—।

খম্বা ( মনুংদগী )— হা কনানো ? পলেম শকপী ইচেম লৈতে। ইচে হল্লক্লগা ঙাংনবিয়ো।

পাম্থোঈ—হাঁ—তম্বা ওঈবা নহাকপু লাঈরবা খমনু মপারা ঃ ও থোরকও!

খম্বা ইমুংদগী – ইচেমনা মপাল খোঙম্নু হাঙ্গীরমঙ্গী।
ইচেগী য়ান্না তাদনা খোরকপা ঙমদ্রে।

পান্থোঙ্গী – পারি নংবু লাওগবা নচেম লাক্লগা পলেম্না বামেনগে নচেম য়ান্না তুংইন্না লাকঈবদি ঐহাক্নি। কোয়ৌ শাংনা ভরা চাক চারক্তবনা খোং থাংঙমদ্রে। অচা অথক করি লৈবা খিত্তদি পিজৌবা। হনবম্নু ঙমদা পলেম্নু বারেদা।

( খম্বা খোং কাংদুনা মুনা য়েংলৈ )

পলেম চেংলৌ খংদ্রবা পারিও ! লাও ইমা বা হাঙ্গীগে পলেম নাক্তা চংলকউ।

( খম্বা তপ্না তপ্না চংলকই )

ইস্‌, ইচাদি পাঙ্গল চাওরেনা করি লৈম্নুং থরা লৌরু ইমা হান্না খরা চাদ্রবদি চারক্তবনা চনিং চমাং শম্নদ্রে।

খম্বা – ইচেমনা পামেল শিংজা লাউরগা মোইরাং খোরি কৈথেন্দা য়োল্লগা অফংবা খরনা লেঙ্গবা ইচিন ইপানি ইচে হল্লক্তনদি ইমুংদা চানবা করিমতা তাদ্রে – কমদৌনি ?

পান্থোঙ্গী - ( শাওরপ ) হাঙ্গীস্‌, নপাঙ্গল অতুক চাওরবা নংমা পাঙ্গল শোল্লবী নচেমনা পুরকপা ভাঙ্গীদুনা লৈবা ? কেগে ভাংলৌ চেংলৈ লকাঙ্গীসিদা মথা অঙাং কাওবা শিল্লংদুনা ইমুং পুরে নংদি ইমুংদগী হেন্দা – উম্‌ নচেমনা হাঙ্গীবা চুমইদনা –

খম্বা – ইচেম্না করি হাঙ্গীরিবা ?

পান্থোঙ্গী – সমাহবদৌনা শিল্লংবা চৎকেম্নু হাঙ্গীদে পিক্লিভৈদদি পিক্লিভৈনি –

খম্বা — ঐনা নত্তে. ইচেম্বদি খম্বাই খোঙ্গাল লানকদে—

পা'ন্থাই — হাঙ্গীবা হৌবৈ হাঙ্গীহুনা অতুক হাঙ্গীজননি পা'রি ময়ংদি মোইরাংগী অকন অথোবা চংন কৈরেন ত'রেং অমুক্তদা ফাখিবা অপোকপা পম্বৌ পুরেণবগী খুবম থান্দুনা পম্বৌগী ফমথোন ফংজনা নচেম্মগী লমন শিংজগে থৌরাংত্রে ? আ-ভো য়েংউ মোইরাং পা'না ৱেংউ চত্র মগোন উখিবসে— মনাও ইবুংঙো 'চংখুবগী মাঙ্গোন তম্পাক য়ুমনে মসিদা কুরুম-খল অমা সেন'বিনবা মী থিরিবনি। হুজিকমক শিল্লংউ,— লোইরুম পরি থুম্বোম খাওদা চেংপোৎ থগা, পান্নাও, মাঙ্গীরেন শংলৌ নঙম শেম্বা, চরৈ নোংখুম শেৎনফী, নিংথৌ থৌগী চোইনা ফী য়াওনা ম'তক চানা ফংনি। পম্থরমু পারি নচেমগী মতেং পাংজরো পলেম হাম্না য়াহৌবিরমগে। য়েংনা মিৎয়েং তাম্বর'স — খোংলৈ তপ্পমু মীনা হানখিনি পারিও! ইমা হাল্লমগে।

( পান্থোইবী তপ্না চৎখ্রে খম্বা য়াখম্বনা ইমুং চংশ্রগা ভবোং মচা অমা ইন্দুনা থোরক্লগা —

খম্ব — মুংশিরবী ইচেমও !

নিতি চাং কাঙ্গীনা হল্লক্কববু

পুঙমত্রবা ইমুংমন্থংগী অমাৎপমা

লাঙ্গীর পোৎলুম ফামদুনা

চৎঙমদনা লৈরব্রা ইচেও !

পলেম পম্বৌ শক্তুনা

খঙ্গা ঐবু সমু নমদা শো
নৱা ওঙ্গরিভৈদনী য়োক্লকপদা
লেংবান মফম নাঙ্গৈবী !
লোয়বী চীং কাম্বনা
পাযেল শিংজা লাংবগী
কৈজা পোপতেকনবদা
লৱাই শমলাং পারবী !
চানিংই চাবা পুকথন্দা
শেংনিংঙাই য়েংই ক্লিথুংদা
অৱা-অনং ফুমৱনা
মিৎলুদা তৱং লাঙ্গল ইহৌনা
চিনবাম্ব মোমোন নোকুনা
পাইমা প্লুক্লিং কারক্পী !
( পোংনা ) নোৌপ্ৱাগী পাখোম চাভিরক্লে
সাম পাঙ্গল কল্লেদো
অৱা মচা পাঙ্গনা
কৈরোই পাথং মরক্তা
ইঙুন উৎলা তিল্লগে
ইচেমগী লমন শিংললগে ।
( সুংশিনা ) পলেম শক্লবী !
ভুসি কোরৌ হুমিখ্ৎি
লাহোকপা ভমজৱবা

ইচেমগী য়াৱা তুংওঈনা
লাইবক খিৱবা নদুনিংখৌ
পিতৎ পাতৎপা নপ্‌ানা
ইচেমগী অৱাবা কোৱবা
শিৱংবা চৎচৱে পলেম শকপী !

( খম্বা থোকপ্রে। খমনু ফিজীদা চেং মখুক্তা য়েনশাংগী পোং খৱা পাঙ্গৈরদুনা হাথু হাথু লাক্কুনা ইমুংদা পোং থনম্লগী থোৱক্কুনা মপৱাবু কোয়েং য়েংলগা। )

খমনু— ইদুনিংখৌ ! —
নোংয়াই। — ( ইমুং চংলুই )
( মুংশাখিনা ) হায় ইচেগী ইবুংঙো !
কদাইদা লৈবগে ? ( থোৱকই )
ইচেনা কৌবা তাদ্রবরা ? —
( কপ্লা ) আঃ — ইদুনিংখৌ লাঙ্গৈরবা !
লাঙ্গৈরবী নচেমনা য়োকপদা
ইপৱাগী পুক্রিং থুংহনবা ওমদবনা
পুক্লৌ পাওরৌনা
পাগল শোনবী নচেমবু থাদোক্কুনা
চাওৱক্লে পাখং কাৱক্লে হাঙ্গৈদুনা
লমদম কৈদা চৎপগে ?
নোংমতা খৱাই থোঙ্গন
লাম্বোক্কবা ইপৱানা —

নিত্তিগী ঐনা হৎকপদা
অয়েংবা শরুক্না ভাঙ্গৈরম্বা
ভু'সিদি ইচেমগী মিৎ হাংলেদো।
(নুংশা মপী হোন্দুনা) নংগী নি হাঙ্গৈবা নতুংদা রুনা লৈতে
ব্রাঙ্গৈদা ইচেগী ইবুংঙো!—
তোনপোক!—
হন্নক্লোগবা ইদুনিংথৌ!
নচেম লাঙ্গৈরবী-ণ
তরাগী চেংজেন রাংক্লে
তরা চাকপু থোংলগা
হাওর হাওত্রবস্থ
ইপরানা খুদাম থন্না পাঙ্গৈহনা
চগোম চাওনা হুকচবদো
মিৎ পেন্না য়েংলগে। ইদুনিংথৌ!
ইস—করি মতৌনো ভুসিগী সিবো?
হুম—ইদোম লৈথোকপনা চুমজ্রে
ইপরাগী খোঙ্গুল লিহৌগে।
(ফিংনা চৎত্রে)

*Light off*

# শুবা উৎপা

## লম্বী

থম্বা লাম্বনা চৎপা ওমদনা লম্বী মপান্দগী পেরুক থগু না চারি।
নোংবান মরূপ থরগা শাজৈ অমদম পাঙ্গৈরদুনা মথরাঙ্গৈ সুংগাঙ্গৈনা চংলকই।

নোংবান— হাঁ—হাঁ য়েংঙউনহে—
কনানো অসিবো?
চানিংঙাঙ্গৈ ইরৈ লৈত্রবগুম্মদুনা
লম্বী ময়াদা তৌবা
পেরুক থগু না চারিসিবো!
অঙাওবরা হাঙ্গৈরস্ম
মশক মতৌনা ফজরিবা
ঐথোঙ্গৈ লমসিদা লৈবা মীরা?
থং লাকপ্রা?

মন্থ্রাম— ঐথোঙ্গৈস্ম থংদে। ওসি উসি ঙাঙ্গৈরি।

নোংবান— (চৈনা থিন্দুনা য়াম্না উশিত্তনা) হায় মিপা! নংবু কনানো?
নংবু ঙাওরব্রা? ঐথোঙ্গৈ উরস্ম ইকাঙ্গৈত্রবরা?

থম্বা — য়াম্না! ঐ চাক লাম্মনথুদুনা চৎপা ওমত্রদুনা অকংবা অমা হেক্তা চারথনি।

নোংবান—নংদি কদাঙ্গৈদা চৎলিবা ?

থম্বা —ঐ চৎকম থংদে। নংমনগ্রহুনা ঐ নোংমতা পুকথম্না চাবা কংত্রে। কনা কনাগী থবক লৈমুংবা ? শিল্লংগে হাঙ্গৈহুনা লাকপনি। য়াম্বাথোঙ্গৈদি করি থবক শুরি ঐবুস্থ থয়া য়াওহনলুদনা ?

নোংবান—হঁা—নংনা থংদস্থনা তৌবনি ঐদি মীগী থবক শুবিদি হাঙ্গৈকমু—চুম্বা—ম্নুম হাংহুনা লৈবা মুংঙাঙ্গৈডে হাঙ্গৈহুনা ঐথোঙ্গৈ ময়াম যল শেনবা লাকপনিনহে।

থম্বা — অদুদি ঐমু যল শেনবদু য়াওরগে ওসিদী চানবা থম্মদি পিয়ুদনা ?

নোংবান—হঁা—ঐথোঙ্গৈনা শেল্লিবা যনসিদি মমল কংবা নত্তে। লম্নাই যল ওাক্লি।

থম্বা — অদুগা—য়াম্বথোঙ্গৈ শেল্লমু ঐ শেল্লগে ওসিদগী চানবদি পিরো ?

নোংবান—ওথো ওথো অদুদি নং যলস্থ সেনগমু—থবকস্থ অমতা শুরমু ঐ ব্রা.অমা হাঙ্গৈগে য়াগত্রা ?

থম্বা — ঐগী চানবদি পিগদরা ?

নোংবান—ঐনা হাঙ্গৈবসিবু য়ারুবদি ওসিডগী নত্তে নংগী পুন্সি চুম্বা ঐন্না থাকদবনি।

থম্বা — হাঙ্গৈথো তাম্মিদনা।

নোংবান—সে—নংগী নপক নত্তো. শাওং শাদাম্বি উকপা কনা কপ হৈগদবা মাল্লি নরি'জেন্দি থংত্রি—অহুমকপু ঐগী ইনাক্তা

লৈরবদি নং শোইরোই। ঐখোঁইগী মোঁইরাংগী খুৎ অরেংকী মনুংদা নং য়াওহনবা তারে। নং য়াম্না লায়র্থাদি ঐগী চয়োমসি হায়্রা চাখো। (পি—খম্বা পৌদে) নম্মিংদি কম্রি কৌই ?

(খম্বা মতক লাইরুনা তাঁকপা য়াদে হাইনা খংহল্লি)

লমদম কদাইদা লৈবনো ?

খম্বা —মতুদি তাকপা য়াদেবো।

নোংবান—কম্রি ? নং মরোই তৌরেনা। ঐগুম্বনা হংবদা নং ভাওশরবা য়াগদ্রা ? ননম তৎনবা কুম্নবদি তাকনিদো। পেরুক্লা চউম্বা !

খম্বা —(চাবা লেপ্তুনা) য়াম্বা ! য়া কা য়াম্না হেল্লেনা

নোংবান—কম্রি কা হেনবা। নং ঐবু খংদশাই ; নং মতোইনা ?

খম্বা — হঁা—কম্রি পামই ?

নোংবান—(মকি শেমদুনা) কম্রি পামইকা হাইজ শাগ্নিয়ে। মুংক্রে চেপাই মরকসিদা নকোক্তু কাইশথৈ লংথগে।

খম্বনু কি শেমদুনা নোংবান্না খুজোং য়াংনা পুখৎলগা শেৎথবা ওমদুনা চুম্না পুবা ওমদনা তারক্রে। খম্বনা অমুক তম্না পুখতুনা শেৎথবদা নোংবান জ্যান মাংদুনা উতুপ তাবওম লৈখ্রে। ময়ামদি য়েংলম্লগা চেনখ্রে।

খম্বা —(নোংবানবু কৈরুদা থাজদুনা লাইকধনা) য়াম্বা ! য়ারোইশনুকো—ঐদি চুম্না লংথবনি। য়াম্বু শিরমতু নারমতু হাইনা কম্মিমক থোক্লা লংথরবা থাংজিংনা খুবিবা ওইনি।

(নোংবান "আ" হাইনা তম্না চৌপৎলকই।)

. য়াম্বা ! শোক পনবদি য়াওদেকো ?

নোংবান—"আঃ—আঃ" ( তিংলি য়াংলিরগা ) য়াওদে য়াওদে।

খম্বা —অদুদি লৈহৌখ্রো য়াম্বা ! ঐ খরা হাল্লম্মগে।

( খম্বা মশা ভুকথনা চৎখ্রে )

নোংবান— ( নিংবা কাঙ্গনা ) হাইস্—

কনা ওঙ্গরিগবা ?
মোইরাং লৈবাকসিদা
নোংবান ইপা লৈতনা
ইঙত তোমখিলনরিবা
লাইনা শাম্নপ্রেদা।
মোইরাং কনাগী মচানো ?
কেগে কনানা পোকপনো ?
নিপাসিনা মরৈরবা
ঐনা মীকোক খোংবা ?
ওঙ্গররোঙ্গদবা অরেম্বনি।
অদুদি করি কমদৌনি ?
উম্ য়েরুবা মাংহনবদা

পাজলনা ভমলে নমত্থনা—

নজ্রে চৌশিংতনা—
তাইবংদা খোংদাহন্দনবা য়াইবী মথবাজী লৌবা
খংগনিদো শরিসো।

*Light off*

# ভুত্তবা উংগা

চিংথুবা যুবরাজগী
শেঙ্গাই মাঙ্গোলনা
থোইবীনা কৈনা নৌনা
নিংথিবা য়োংথমলা খঞ্জবা কি শারি ।
সেগুনা "সংসাক" চাকনি ।

ঈশৈ :—

হা— মরিং থৈয়াই লোক্তদি
হাওত্রম তেম্বাল লৌমদবু
চিংহাও লমশং ওয়ার লৈ ।
মদোম ঙৈলেথোক লোইঙ্গুনা
হাওদি থুংলিনবনা
পোমচেং পোমাই তুবা লৈ ।
থুম্বী থুম্বা কৈথেম্বা
থুংলাপ তোইমায়না
মাতম মথৌ হনবা লৈ ।
ল্যাঙ্গোম লুবেন থুংলিন্না
প্যামেল শিমাই উকাচ্চাকান
লৈথোক য়োংক্রেং কোয়া লৈ ।

নিঙোল শিন্নমনরিবী
খোঙ্জনৌ য়াংলৌয়োয়
লশিং কৌবী লৈরাংও।
মুজা নাত থুংবগা
য়োইময়াই খোংজোই থুংবগা
চরৈ কিদোম লোমজলি !!

সেম্নু ঈশৈ ঃ— মুংশি নাত থুংবগা
পাম্মু খোথদোই থুংবগা
চরৈ কিথোল তমলসি দে !!

খোইবী— চিম্বিবী ! পাবুং তাছুনা — অচানবী লং ভৎলে
লং শম্মো—

সেম্নু— লংদা নত্তে মুংশি হিরি কাও শমজগে লৈজরিবী সেম্নুনে।
(ফুক হৌগৎলি)

খোইবী— চিনকেন কবী নথোজুম তোরো।
(খোইবী খম্বা উজুনা)

খোইবী— অচানবী লং শম্মো—
(সেম্নুন্ন য়েংবদা খম্বা উজুনা
মিৎকম হোংদনা য়েংলগা)
সেম্নু —

সেম্নু— ইবেম্মাও—মিটি লংজিন ভৎপ্রাও ?
(খোইবী ১নুং খম্বদা য়েংখি)।
(খম্বা খোইবীবু মিৎকম হোংদনা য়েংঙুনা চংলকই। খোইবীন্ন

হনা য়েংনা ইমুং চংখিত্তুনা মিত্থংখোংদা লোম্না য়েংল্লে। সেম্বুম্ব খম্বগী খোংতোন মুম্না য়েংলগা চেপনা চেপনা ইমুং চংবদা—)

খম্বা— কাওরেল যন শেনবিনবা লৈতে হাঙ্গীবা ইমুংত্তুবু সি নত্রা ?

সেম্বু— হাইমা—মীওং অমনিনা—মসে মনাও ইবুংঙো মথং খনবগী য়াঙ্গোন তম্পাক য়ুমনে।

খম্বা— উম—মানি মানি চুম্মে। নিপা অমতা লৈত্রবরা ? লৈরবদি শুহাক্তা থোরকউ হাইয়ু।

সেম্বু— কৈদা অমনিনা সিদে—

( ইমুং চংল্লে )

খম্বা— খোংলৈ খরা থুকো ?

( য়াম্না উশিত্তনা হাইরং চত্তুনা লৈ। মিত্থংখোংদগী থোংইবী ১মুং সেম্বুনা য়েংত্তুনা )

সেম্বু— লমদম কৈদগীনো ? পাবুংদা করি হঙ্গৎকদবা লৈবগে ?

খম্বা— ইমুংসিদি মতা অমনিনা - মীনা হাঙ্গীবদি নাপ শেন্দানরহ্নুনা।

( চিংখুবা চংলক্তুনা খম্ববু য়েংত্তুনা )

চিংখু— তম্বা নংদি কনানো ? করি হাইনিংবা লৈ ?

( সেম্বুনা "খুরম্মু" হাঙ্গীনা লোম্না ১মুং ইজিৎনা ভাকই। খম্বম্ব যুবরাজনা তঙক য়েংলগা—)

খম্বা— ঐ শিল্লংবা লাকপনি ইমুং অসিগী কাওরেল যল অমা শেনখিনবা লৌজে হাইরে। যল শেল্লগা ভসিগী চন্না অমতা পিয়ু চকম কাল্লকবনা ঐ য়াম্না লামদে।

চিংখুবা— ( কুমকমদা কমক্লন ) রুল, শেজ্ঞমন্ নংগী চন্না অমদি লৌজুখো— সেন্নু !

সেন্নু মন্নুংদা— পাবুং !

( সেন্নু মপান্দা থোরকই )

খুম্বা— থবক শুত্রবদি ঐ পামদে। বল্ হাঙ্গিদু শেন্নুখিগে ?

চিংখু— নংবু মোইরাং লমদমসিদা লৈভবরা ? ঐগী কুরম্ মনসিদি সেনবা য়াবা নত্তে। মীশক উবা য়াত্রবা শান্নু লমশু গুমলবা কন্দ্রা পৌরোন মন্নুংদা কোনয়াই ইতানা খমলিবা মচিঙ্গাক হুনবা ফাওবদা কনা চংবা য়াত্রগনা নিত্তি ঐতনা থুরমজ খয়ুম লাইমক্লি খজনা খমলিবা ঐগী কাওরেলনি !

খম্বা— কদাঙ্গিনোনে ?

চিংখু— নংনা য়েংনিংলবদি থাপনা নুম য়েংজো। মনাক চংবদি য়াদে। ( হোগত্তুনা থুদোনবা খিন্দুনা খম্বদা তাক্তুনা।) তো— ফিজং মথোম খন্দুনা কন্দ্রা পৌরোন মন্নুংদা হঙ্গৎ হন্দা চংলিবসি উব্রা ? মী কয়াগী মাইবী লৌপ্রবা কাওরেলদ্রি ?

খম্বা— শননাওসি ভঙ্গিরে ?

চিংখু— হুঁম— অভাওবসিদে। খাপমা ইত্তে তেম্বা উকসিদা চুম্নগী থাঙ্গী মসভম লনিত্রা ?

খম্বা— ঐ শেন্নুগে ওসিগী চমাদদি পিয়ুকো।

( চংলি )

চিংখু— ( থামত্তুনা ) ওাইখোনহে— নং চান্নবা অনুংমকনা ভাওরবা মীশকয়া ? থবক শুবনা লৌজখো, হাঙ্গিমন্, মাদ—

অতোপ্পা নংনা প্পাবা থবক অমা হাইজো? কাওরেল্ল-সিদি শেমবিনবা মী লৈতবা নত্তে; শেনবা ওম্বা মী লৈতে হাঙ্গৈবনিমে।

খম্বা— ঐ অতোপ্পা অমতা পামদ্রে। লমহেল্লি হায়রিবা যন্নাওসিদা মনম্ ভৎনবা ফুরমখিগে পিজগে পিজো পিজরোই তোকউ।

চিংখু— হুঁ— অঙাং! নংগী নত্তৌসি উবদা নোক্লিংবা পোকই! নং খংদবনা কিত্রিবনি—কাওরেলসি হান্না মুম তৌরম্বা নত্তে—চিংবুবোই-তমবুরোই থুংনা চুম্নগী কাওরেলগুম চৎ-লম্বদগী মী কয়াগী যাইবী লৌরক্লবদা হুই ঙাওরা হুইবু থি, যল ঙাওরা যলবুথি হাঙ্গৈরদনা। লৈবাক য়াখোক চাওরক্লনা — য়াম্না ৱানা তোংনরবা ভুংদা উচিন নাচিন কেগে-মোইরাং মীয়াম চ'ত্তুনা ফারগা খমথ্রিবনি। হুজিকপু ঙাওরক্লনা পণ ৱাংমা কা লানথ্রবা ঐসু যাইবী মাংবা সোইদ্রে। মীয়ান কা উহনবা য়াবা নত্তে।

খম্বা—কন্না পোরোম্ননা খাই হাঙ্গৈবদাই?

চিংখুবা—খারিবসিনি।

খম্বা— করিগী থুদেক্পা ওমদ্রে?

চিংখুবা—ওমদনবা শেমথ্রবনি।

খম্বা— হাঁ— অদুদি কোন'ক মনুং অসিদা ঐ চংলগা ফুগে।

( চৎলি—চিংখুবনা ফাই )

থোইবী—( সেম্মু ফাত্তুনা ) সেম্মু! চংখিনো!

সেম্মু— চংজরোই হুবেম্মা চংজরোই।

চিংথুবা—নংগী মতৌসি —সুংশিরম্বদগী শাওনিংঙক্তৌ দ্রি। মিকুপ্তা নথম্বাই মাংদৌবা। নংদা শিজবা নত্তনা—লৈপাক ম্বাথোক ওইহনগেরা ?

থম্বা— অমুক্তদি চাং য়েংনিংঙ্গ্রেদা।

চিংথুবা—কাম্বরোই ইবো! লাও নং চাদবনা য়াম্বা লামলে হাঙ্গীবদো —ফোলা থরা চাজরগ: চৎগ্রো। সেনু।

( ফমকমদা কমগ্রে থম্বা যন য়েংহুনা লৈ )

সেনু— পাবুং!

চিংথু— নিপা:সিগী চাননবা চেংপাক শজোম থরা পুথোকপিরকউহে।

সেনু— কনি পাবুং!

( থম্বা থুনা যনগোন্দা চংগ্রে )

চিংথুবা—হায় লমহেনবা অঙাং!

( তাম্বগ্রে )

থোইবী—( ক্ষিংনা ইমুংদগী চেম্বোরক্তুনা ) সেনু!

সেনু— কদৌরবগে ইবেম্মা!

( সেনুম্ব থোরক্লে )

থোইবী—চংখিনু হাঙ্গীরেদনা ঐনা।

সেনু— অদুনা কিজহুনা চংজদেনে ঐসো।

থোইবী— চংগ্রিসিদি ? অরেম্বদা ম্বাইবী মাংহুনা ঐ অরেম্বদা মাংলেদো।

সেনু— কৈনোনে হাঙ্গীরিসিবো ? লমহেনবা! শিনিং শিজসনু।

থোইবী— শকথিবী! পাজোম্বী! ঐবুম্ব হাংপিরম্বো লাওহে। য়েংউনহে সেনু! কাওরেলসিগা ইম্বথু হাইমি, থৌরবা

মচিসিনা মতা করবা থবাকসিদা— কমদোৌদগে হাইমি ?
নংবু খিৎ—

সেন্থু— ঐবু কমদোজৌ হাঙ্গবগে ?

থোইবী—( থরা চংশিন্দুনা ) লাওনহে—

( সেন্থু থোইবীগী নাক্তা চংশন্দুনা লৈ ) নং ঐস্থু
( সেন্থুদা নম্‌থৈ )

সেন্থু— সেরজরিবী সেন্থুনে— কাওরেন নৎচদেয়ে !

থোইবী— ওঃ চেন্থে— থোরকওদনা—
( যন্‌ ফুবগী মখোন )

তস্‌ কলক হেক পেল্লি। ফুদংল্লু— সেন্থু ! পাবুংগী কাও-
রেল শিজসন্থুকো ?

সেন্থু—( মুংশা মপি হোন্দুনা ) হাঁ—মংলান্নত্রিবা—হুজিক ওহাক্তা
উবতদা— শিংনা—হাঙ্গনবা মীশকুম্‌ হক্চনখিদা—

থোইবী— সেন্থু য়েংউনহে অচানবী ! কাওরেলসে হুইমুক তেনা
কুন্দুনা লৈখে্রনহে ! কনানো হাইমি ?

সেন্থু— ইবেম্মা ! তন্থসিবো কনানো ?

থোইবী— য়ানবী ! ঐনত্তুম হংলগা ?

সেন্থু— পাবুংদা হংসি। য়েংউ ইবেম্মা ! পাবুংনা কয়া লুনা
ভোত্তুনা পুরকইবা। পাবুংদি থংলমগনি।

চিংখুবা— ( মনুংদগী ) সেন্থু !

সেন্থু— পাবুং !
( চিংখুবা থবগী থুক্তেং পাঙ্গনা চংলক্কুনা )

চিংখু— হুজিক কাওবা পুথোক্তি !

সেন্নু— করিনিনা পাবুং ?

চিংখু—হুয় ! অরাম-থৌরাংবমথৈ লাক্লগা— পাঙ্গলবা কাওরেল থেংনবগী চোকথরবা- ঐগী করি রাংলি ? হৌনখংদবা হাইবু !

থোইবী— অচানবী !

সেন্নু— থংজরে ইবেম্মা ! চৎচরে ।

[ থুনা ইমুংদা চংখে ]

চিংখু— লাংলেনহন । মানা চানিংবা মথৈ পিজখো । ইপা পেল্লে -

থোইবী— পাবুং ! য়াইবী থরাই মাংবা য়াবগী মনাবু চেংপাক খরা পিজরগা কোঙ্গিরবা ? মীনা ভারগা থিনা ভাংননিদা ।

চিংখু— ইমোম ননিং তমজরো । লাংলেম্না পিনিংবা পিজখ্রে । ইপা কাওরেল কোনয়াই ইতনবা থৌরাংলুখিগে । তত্ব নংস্থু ননিং তম্না চারগা নবেম্মনা পিনিংবা পোৎ লৌজরগা নরানয়াই পাংজরো ।

( থোঝখ্রে )

থোইবী— সেন্নু !

সেন্নু— ইবেম্মা !

থোইবী— হুজিক কাওবা কৈদৌরি ?

সেন্নু— পুজরক্লে ইবেম্মা পুজরক্লে ।

( নিংথিবা পাত্রদা চেংপাক + সঙ্গোম + চুহি পুরক্লা থমলে )

হাবিবা য়ায়নিয়ে!

থোইবী— হৌনথংদবী! ফিদাদি?

সেন্নু— ইবেম্মা লৌজরুগে।

( ইমুং চংখি )

থোইবী— লমদম কৈদা লৈবিবগে? মিংনা করি কৌবিবা?

খম্বা— মিংদি লাঙ্গৈবি শিল্লংমনদি?

( সেন্নু ফিদা থারৈ )

থোইবী— অচানবী! ইদাইরেমশিংদা থৌদাখো লোইরুম থাওদা চেংপোৎ থম্না পান্নাও মাইরেন তোপ্পা শংলোী মত্তম শেম-লকউ হাইরু।

N. B. :— ইমুংদা অনিমক চংপ্রে খম্বা চাকমদা চংদুনা ফিদা ফমদনা নিল্লাংবা ফমদুনা শন্দোম হান্না থক্লগা চেং-পাক কংনা চাদুনা লৈরিঙৈ সেন্নু থোরক্তুনা মখুৎনা তোত্তুনা তাক্লগা চাও হাঙ্গৈনা মখুত্তনা তাকখি।

খম্বা তোত্তনা তোংতান তোংতান লোইথোকপ্রে। থোইবীনা ইমুংদগী অতোৎপা পুথোরক্তুনা সেন্নুবু শিহল্লে। খম্বনা চারিঙৈ অনিমক ইমুংদা চংখ্রে। নিপা অনিনা ওবোং থাওদা চেং হাপ্লুনা থমলে। খম্বম্নু চাবা লোঙ্গৈরগা চেং থাও য়েংলগা —

খম্বা— পিদুনা পিরবদি ইপোৎ ফানা মপিয়ুদনা?

( থোইবী + সেন্নু য়েংনদুনা )

সেন্নু— ইমাইপেম্মা! পিনিংবীনা পিনিংমনথদুনা মী অনিনা থাং-ওমদমখৈ পুথোরক্লবা পোৎ কাবিত্রিবা?

থোইবী— অচানবী ! তাবু কোক্তু মন্নুংগী চৈরে ফি মমাক হাওকাপ তরেং তায়োম্বা, মমুং তৰাদিথোই শাংবা, তুংগা মৈগম লিখেত্রো লৈয়েং হৈরি কুরেন্ লাং, ময়েক থোক্সা ফিজিনবা, চরৈ নোংখুম শেংনফি, নিংথৌ থোগা চোইনা ফি শুনা ফিয়োম্না পুথোরকউ।

সেম্নু— মানি ইবেম্মা ! চাম্নগদবা লৈরবদি হয়েং উনদৌম্নু মরৈরবা হুজিক খুৎথেংনন্না পিথিবনা ব্রাইহুম শংলনি। পাবুং উত্ত্রিগৈ থৈয়া মথৈ থৈহৌরসি।

থম্বা— হয়েংদি ঙন্তা কাওয়েল লমথোক্না শেল্লগেকো ?

(পোৎ পুত্নুনা চৎখ্রে)

সেম্নু— ইবুংঙো স্নাগুম্বা থোংদাবিররম্নু ইমুং মুংপা তারে।

থোইবী— চিলহৈবী ! চৎখিবনা হাল্লে— খুৎলোনবী ! ফিশিংদো পিখিম্নু খংনি—

সেম্নু—হৈমা—ঐনা খিনবা তারি। আ—করিবু হাইনা কৌদোনো ! হো—ফি খুদোম্মোবা ব্রাৎলিয়ে।

(ইমুংদা থুনা চেনশনখি)

*Light off*

# ৭শুবা উৎপা

## লম্বী

খম্বা চেংখাও লেংবান্দা পুনা চৎলি। ফি মপুন্ কোক্-থোংননা সেম্বু লোম্না ইম্নরক্তুনা চেংখাও চিংথরে।
থোইবী লোম্না য়েংলি।

খম্বা— (খংনা) হায় কনানো?— করিগীনো?

সেম্বু— শকখংদবা! মপুদা তাক্লমদনা তুমিন্না পোৎ পুতুনা চৎপা য়ারোই।

খম্বা— ইস্— করি ৱানো? হুয়ান্দুনা পুবগুম?

সেম্বু— পুরিমকৃনি। খংমন্নসু খংবিমন্দেদা? নিংথৌকোনগী লৈকোন্দ মথক্তা অমা শাত্তবী মখাদা অমা পোমত্রবী তোমথিন শাৎপী শিঙেলনা হোনসা থোংচৎ কাঙ্গনা থোইমু থোঙ্গুন লিবরু লম্মাং মহন্বিরগেরা?

খম্বা— ঐবু করি হাইয়ু হাঙ্গৈরিবনা?

সেম্বু— মোইরাং কদাইদা পোকপনো? কেগে কৈদা চাওবনো? মিংনা করি কৌবা?

খম্বা— অতুগীরা? অতুগী ওঙ্গৈরবদি নথোঙ্গৈগী পোৎসি লৌজহোরো।
(পোৎ খম্নগা মশাদা চংলি)

থোইবী— সেম্বু অচানবী নংবু খিৎ খাম্মুনহে। "হংলরোই-পুত্রো" হাইয়ো।

সেন্নু— হংলব্রোই পুম্ব্রো হাইয়ে।
হো— মজা ইবেম্মনা থাম্জরিয়ে!
থোইবী— চিম্বিবী! কাহেন্‌বী! নংনদি হাইবা য়াত্রব্রা?
সেন্নু— থিজগে— হেন্নগে ইথৌ পাংথোক্লগা লোইরে।
থোইবী— কৈদোগে নংবু চান্নবা চৎথে্‌ হাইমি।
সেন্নু— ঐবু কইদৌ হাঙ্গবগে ইবেম্মা? পোৎসি ঐনা পুবা ওমত্নুনা থিল্লুনি হাইন্নু লৈতা। মশানন্নু য়াদা।
থোইবী— নচিন্দুনা থাম্বদি ওমইদনা।
সেন্নু— ঐনদি তাল্লিবোইরে।
থোইবী— নংগা ওাংনবা ওমজরোই। ঐদি পোৎসি পুথিত্রবদি নত্তোন্দা তাইনদৌনি।
সেন্নু— হাইমা! থিণ্ডেন তাইনা ওমত্রগা নাসিথোংদা তাইনবিরি‐সিবো? নিপা মকী মতোনে। হো— করিবু হাঙ্গনা কৌদৌনো। হো তারিত্রাও! পোৎসি পুত্রবন্নু মুজা য়াইবী থরাই থাবা য়াওদোরে নিপা ওঙ্গবা নপাঙ্গলনা মুজা থরাই অমুক্তদি কনবিয়ো তস্‌—
থোইবী— তৌওদ্বী!
থরাইথক্তা হাপতুনা
লৈরাং লাইদ কৎপগুম্‌
লুকমাই থক্তা হাপতুনা
ঐবু কোইহা হাবিরে?
নংবু কনানা কৌবিয়ু হাঙ্গবগে?

সেন্নু— তুমিন খিং লৈবিয়ুদা
মী অসিনা তাহুনা
তম্ব অমুক হনগ্রবদি ?

খম্বা— ( চেনশল্লক্লুনা ) পাম্বা পাপেংনত্রা কৈরেল ময়াথোং লোন্‌-
লোত্রা ? মুজা থবাইদদি কল্লমগে ?

সেন্নু— কল্লিংঙাইনি ! কল্লিংঙাইনি !
হা শকথংদবও !
নিপা ওঙ্গৈবা নংস্থি
মুজানা শিংঙমজদেন্নে ।
পোংচাওসিবু লোইনবিখিত্রবদি
চসুচা ওঙ্গৈবী ঐথোইদি
পাবুংনা ইরানয়াইদা
চংহল্লমগদবা লৈত্রে ।
পুবিরোই হাঙ্গৈরবদি—
মুজা ঐথোইবু থাদোক্লুনা
নদোম চংশিখিবা য়াত্রে ।

খম্বা— ঐনা পুল্লাই হাইত্রাও ?
অহুনী ওঙ্গৈরব'দ হল্লো হল্লো—
( খম্বনা পোং লৌগে তৌরিডৈ । খমনু ফিংনা চংলকই ।
থোইবী + সেন্নু হন্দোক্লুনা য়েংই । খমনু খম্বগী মথ-
জাইদা ফুরগা—

খমনু— ( কপ্লুনা )— ইদুনিংথৌ !

করি মন্দৌনো ?
কদাইদ চৎলুবগে ? (পাৎয়েংদুনা)
করিনো সিদে ?

থম্বা— শেৎনা চানবা চেংগা ফিগনি ইচে।

থমন্নু— (মুংশাথিনা কপদুনা) নচেমগী লাইরিক-অনং য়েংঙমক্রদুনা মীপোৎ লোম্না লোক্রবোইরে ইপ্যাদি ? ননিং থুংদবা লৈরন্নু নচেম লাইরবী লৈরিনে ইদুনিংথো !

থম্বা— পলেম্ শক্লবী !—

থমন্নু— কনাদগীনো ইদুনিংথো ?
ইচেমগা লোইননা চত্তুনা
থিন্দোকউসি। মপুত্তনা শাওরন্নু
ইচেম মখোং পাইনা হাইজগে
ব্রায়েল শং য়োন্থনা
অঙম্বা চৈরাক কংদ্রিঙৈ
খোংলৈ থুহৌসি ইবুংঙো !

থম্বা— (নোক্সি) ইচে লৈরিঙৈদা ঐগী করি ব্রাত্তনা কনাগী মপোৎপু নপ্যানা লোম্না লৌজরবি। মসে ইপাজলনা তাঙবা শেংলবা লম্নি। অদুবু ইচেনা পাম্বিত্রবদি পিথোক-থ্রগে—

থোইবী— সেম্নু চিম্বিগী— চিন্দৈবী ! তাংদোবা কান্দদি নচিন্দু ফাজিন্নবা ?

সেম্নু— (থমন্নুদা) কনানব্নু হন্নিদনো ?

মনিবু ফি'দিনা য়োমগুম্বী
মৈবু উৎনা কুপকুম্বী।
মিস্তা ইন্না হৌবনা
শিঙেলদা লাইজ খিকপগুম্
অহোইনা লৈকা ফম্লিবী।
নিংথৌকোন্দ শাৎলিবী লৈরাংনা
শিঙেল নংবু লৈখোক্ অমত্তদা
শাৎমিন্ননিংবনা ঙাঙ্গীজরিয়ে।

খমনু—[ চংশিন্দুনা খুরম্বা + খম্বা ঙক্না য়েংখি ] মজা ইবেম্মা। খংজদবী ননাইনি ঙাকপিহৈবী নগুম্না অয়োন-অরান অপুম্বা ঙাকপিনি।

থোইবী— নিংথি-ফজবতনা
মুজা নশরুক ওইরিবী।
পুলেম কনানা নাওয়োকপা
পম্বৌ কনানা নাওকোনবা?
কোলোয় মিংথৈ তাক্তুনা
লৈন-লমদম খংনসিবা?

খম্বা— নখোইগী পোৎসি লৌজহোরো·— চৎলসিদনা ইচে!

খমনু— খোগলপোন্ কাঙ্গবা ঙাকপিয় ইবেম্মা! খংজদবা ননাইনি! লৈতা-লাইরা খাংবা ঙমদত্নুনা নিংথৌ কোন্দ— অকাঙ্গবা কারল-চৎলম্বা ননাইনি খন্‌বিয় ইবেম্মা পোৎসি ম্না কোন্নুংদা থিনজগে!

সেম্নু— কাইরিদি অদোমনা নত্তে সোমননে। মীঙোল্জা···পোৎ

কৎলগা মনাই মশল অমবু কোক্ থিলইন্দবদগী—অম্নক মনা মনিন্ নাইথ্রিবনি। ভজিতদি ঐখোইগী ইয়ান য়েংবিদনা পুখিনবা থরা শিনবিয়ু মতুংদদি য়েৎচরমোই। পোংসি পুবিখিত্রবদি পাবুংনা চংতল্লমরোই মুজা মশেন্নি কৈদোগে থুনা পুখিনবা থরম্নম্ থৌরাংবিয়ুথা ?

থমন্নু— হায়রিসিবো ইদুনিংথৌ—

থম্বা— ইচেনবু য়াবিরবদি পুরগে ?

সেন্নু— খোংসৈ থরা থুবিত্রো মুজা ঐথোঙ্গীবু লম্বী লমহাংদা অম্নম তৌনা কয়া কুইনা লৈজখো হাঙ্গীবগে ?

থমন্নু— মজা ইবেম্মনা লাইরঅনং কোকচনবা পিবিবা-ফিগাও শানা য়াজসি। ইচেমম্ন লাক্লগে হান্নম্মো ইদুনিংথৌ।

(থম্বা পোৎ পুদুনা চৎখ্রে)

সেন্নু— নিংবা কাঙ্গবা মাইথোং অরাবা রাঙাং থাদোক্লসি হৌকম চাফম শেংনদুনা মজা ইবেম্মগা ইতা শাম্নরো ?

থমন্নু— অদুক য়াম্না লাইবক ফবা
ইতিক ইপা চামন্দে
ফিজি ফিনা শোক্নুনা
লংজনিংঙাই ওইগনি
ননাই ঐদি পিতৎ-পাতৎলবা
নিতি পামেল শিংজা লাংজরগা
খোরি কৈথেলদা হারিবী
লাইবক থিরবী মুজানি।

সেম্নু— মহুমনা কাদি য়াক্তে সিংথোম্নতাথম্ব কে-মৌহুনতা লৈরগ-দবনি। অম্বা-বাঙাংকা তাজনিংত্রে পলেম পন্থৌ কনানা পোক্লম্বা মিংনা করি কৌবা?

খমনু—( কপ্পা )—মতম কুইনা পন্‌জয়ক্ত্‌বা—

চমজদবা পাওথুমনা হাঙ্গজরি
পলেম্না ঙাংখরৈম্মা
পম্থোনা পুরেনবা
লাঙ্গৈরবী মিংনা খমনু কৌজে।

সেম্নু— অহুগা— ইহুনিংথোগীদি!

খমনু— খম্বা—

থোইবী— খম্নু—খম্বা?

খমনু— মজা ইবেম্মা!

থোইবী— ইতা হাঙ্গয়ো ঙসিদগী নচিম নপ্‌ৱানা ঐবু অতোপ্পা অমনি হাঙ্গনা খনবিসুকো!

*Light off*

পাহোঙবী ঈশৈঃ—

তাইবং লাঙোল কুমকপী
শরি নামুংনথিবা
মুংশি হীরী চিংনরো।
হৌথিবনা শায়োন্দা
নথংলেন ইথোই লান্না
থোইনা চৎথিবী থোইবীনি।
লোয়মচানা মুংশি নংবু
খামনা খামনা য়েংহুনা
লাঙোল থমথিবা থম্বনি
হন্নকী তাইবং শায়োন্দা
শরি নামুংনবদো
শয়ী থোকসি মথোকসি
শয়ী হনসি মহনসি !!

*Light off*

## ৮শুবা উৎপা

### "পুরেন্‌বণী য়ুম"

( খমন্‌বু লং লংহুনা ঈশৈ :— )

হাদা পয়ৈ কুরু লং
ফৈবাক পথেৎ তাবুমলং
য়াথন পয়ৈ হন্না লং।
পামেল শেঙ্গা সোঙ্গৈদা
চৎনা য়াথৈ কাওনা লং
লাঙ্গৈর অনং কোরা লং।
কাওদ য়াথন হি'রপুন্‌
মুজা ইথৌ ওম্মালং
ইথুনিংখৌ লমজিং লং॥

( খম্বা লীং পুহুনা চংলক্লগা )

খম্বা— চাখুম্‌দা খমগেকো ইচে।

খমন্‌বু— ( নোক্‌কুনা মুওাঙ্গৈনা ) হ'।— থম্বু থম্বু— ইচেমনা লৌশন-গদবদা—

( খম্বা ইমুং চংগ্রে— খমন্বুনা থোইবী সেম্বু লাকপা উত্তনা ওহাক য়েংলগা থুনা ইমুং চংগ্রে। থোইবী সেম্বু পোৎ কোক্‌থোং ১গা চংলক্কুনা )

সেম্নু— ইতা ! মজা ইবেম্মা লেংঙকইয়ে—

খমনু— ( ইমুংদগী ফিংলপ থোরক্তুনা থুরম্মগা )।

থোইবী— থুরমগনো— ( হোৌগৎপী )

খমনু— ননাই লাঙ্গয়বীগীদা লেংলকপদি করমনা থোৌগল তৌনি। কদাঙ্গীদা লেংশনগনি ?

সেম্নু— মজাবেম্মনা হৈনৈ হাঙ্গৈবদো হেক থোকই। অক-সুংঙাই পামজব্রবী ! নিংথি-কজবা হৈনব্রবীনি। ফি শাবদা কুইনা পাম্মুবগী লেংবু লেংশন্নিংঙম্মরোই। ইবেম্মা ! ইমুংদন্ন লেংশিনখিসিদ্ৰা ?

থোইবী— চংউসি কৈদোগে।

সেম্নু— ইতা। ইমুং চংসি।

( মরি মরি চংই খমনু সুংশাখিনা ভপলপ ইরবি।

*Light off*

## ইমুং

( কাচিন্দা ফক্ শেগাঙ্গবা অমনা খাজিন্দুনা থম্বা লৈ। ফমুং অনিম্ব লৈ )।

সেম্নু— ইমুং কাদি চাওনা হাংখ্রেদা মী য়াম্না লৈবা য়ানি। ইতা! ফমুংসিদা—পোৎ ময়োমসি শুহাক্তা থমগে হাঙ্গবু—য়ানিদা?

থমন্নু— য়ানি— থমজগে।

সেম্নু— ঐ হেক্তা থমজগে।

( চংশিন্দুনা থমই ফক্ লেংওকপা উদুনা সেম্নু থংলপ্না-) ইবেম্মা! —ইতা।

খোইবী— কদোরিগেনহে অন্তাওবী! ইফিং হেক ফিংওদনা?

সেম্নু— ( পেম্নুনা )—ইবেম্মা! ননাই ঐদি কমদৌনি?

খোইবী— কররনো হাঙ্গবা?

সেম্নু—( খোইবীদা ইফিৎ তৌদুনা ) ননাই ঐ লাই ওরুরে — কাচিন্দগী ফক্সে লেংওরে।

খোইবী— অন্তাওবীসিদে ফকনবু লেংই হাঙ্গরা?

সেম্নু— অদুনবু লাই ওরুরে হাঙ্গজরিসিনে! ইতা! ফক্সিবু কররিগেনো?

খোইবী— চুম্না ভাদুনা থম্বা ফক্পু কররি ওঙ্গগদগে। নপুরিং শেংনবা লোদুনা হেক য়েংউ;

( সেম্নু লৌগে তৌবা )

থমন্নু— ইবেম্মা! চুম্না, থম্বা ফক্ নত্তে ঐখোইগী ইপা-ইপু পোকপা থুমল লাইবু ভাক্চরিবা ফক্নি। শোকপিরুম্নু।

সেম্বু— ঐনা হাঙ্গিজরেদনা — লাইনি সোঙ্গিত্রে — কমদৌনি ঐদে মাংলেদনা। ইবেম্মা ! ইবেম্মদি অপোকপা তাইনবা হৈবীনি থুনা ওহাক্তা খুরম্বীহৌ — নত্তত্রনা ঐ ভাওদুনা চৎলবদি মাংলেদো। ইতা ! লাইনিংথৌ খুরম্বদা চংগদবা — হৈ-লৈ কবোক-হৈবোক লাংথেন্না চিংবা ওহাক্তা থিবীক্ক থুনা অমুক্তা চৎপিরো।

থোইবী— ঐখোই লাক্কনা পংওৎ হেক ওংলরেদো।

খম্বা— ননাইগী লাইবক কবনি। ঐ ওহাক্তা থিজরুথিগে।

সেম্বু— পোৎলমশিংদো চিৎখদনবা মতম চংলবম্ব চংনা হোৎনবি-রকউকো।

(খম্বা মপ্পা লৈবদা হনা য়েংলা চংবিংদনা চৎখ্রে)। তাপ্পা ফংলিউঁ— ইবেম্মা খুমন পোকপা খুরম্বীহৌগম্রা ? (থোইবী খম্বগী নাক্তা চংশিন্দুনা খুরুখুদক্ কুম্রা —)

খোইয়ুম লাইও লাইনিংথৌ।
খুমন শাগে পোকপও !
ওসি কোরৌ নোংজাদা
থোইবী কৌবী ননাইনা
খুবাম তরা লোম্লনা
ইবুংঙোগী খুয়া থাদা চংজরি—
পোকপদগী ওসি কাওবদ
উজথিবা চেংলো অন্নতবু
পুক্রিং লোংবা লৈজদা

থৱাই মঙা (৫) কংচবা
থুমনগী মৌ ওঈজদুনা
যুমসিগী মবেম্মা ওঈজবা
চিংগু নংনা কুবিও।
(থুরমই)

সেম্বু— হে লাইনিংথৌ!
সেম্বু কৌবী ঐহাকসু
থৱাই হকচাং শেগ্তুনা
মজাইবেম্মগী সেম্নবী
খোইবীতগী ফনবা খনবী
পুক্রিং শেংবী ওঈরবা
হে থুমন পোকপা
তাইবং ফাওনা
অশেংবা নগুন উত্তুনা
"নখোইনা নিংবা থুংজরো"
হাইনা পাওতাকপিরো
লাই শেংদ্রবা—
মাৱা খোন্ খোক্কুনা
তুম্মিম্না অদুম লৈবিরো।

খম্বা— নিংবা থুংজরো।
খোইবী—(ফুক্ হৌগত্তুনা) সেম্বু! মা ঙাংঙে হাইমি?
সেম্বু— বাবু ঙাংলবদি করে ইকেম্মা!

( সেনু ফক্ লৌথোকপা থবা মমাইদা মিয়াং পন্না নিজাংনা ফমহুনা )

থবা— হঁা— ঐদি লাইম্ নত্তনা।

( থুনা চৎখ্রে )

খোইবী— হাইমা—

সেনু— মপু মখে লোইনা চেনখ্রে হঁা— হঁা— ইপু-ইনাইনা পাল-হৌরেদনা।

খোইবী— ( শাওগনহুনা ) মাইথাবী।

ইকাঙ্গিগেদি হাঙ্গিত্রগুনা নোকপবু চং শারিনে মীয়ুমসিদগী মাইসি করম পুত্বনা চৎসিগে? পুন্নমকসে নংনা খোক-হুল্লিবা ওাকতনি ঐতা শিজনিংলেদকো।

( থমস্নু কিনা ভুবোম্না চংলকুনা হাঙ্গিরবদা খোইবী মাই-পুনদা লৈ )

থমস্নু—ইবেম্মা—ননাইনা লানখিবা ওাকপিয়্! খৌগয়োন কাইনি কিজ্ববনা ইবেম্মদা মিনমখ্রে, ননাই ঐখোইবু চানবিরম্মুকো।

সেনু— ঐনা লান্বা ওাকনি। কনাম্ লান্দে। খোক্শ্রবা হল্লোকপা য়াবস্ নত্তা। ইবেম্মা! মসিগী য়াসি ভোক্লসি। স্না য়াথং ভাকপিবা খৌরমগুবু পাংথোক্তনা লেংঙত্রগে?

খোইবী— নিংবনা অমা খোকপুনা অমা—ঐ নত্ত্রবস্ নংদি য়াজ্রবা?

সেনু— স্না য়াথং কংজদনদি ওমজদবা-। ( থমস্নুদা ) ভাবিরিব্রা?— ঐনা ইতা কৌজবসে য়াম্না হজোঙ্গজরে, ঐতোন্দগী কুমপোক হানবা থরা লৈশন্না উজরে, য়াওাংনবদা মিজোকম দুংতাই-জরে ওসিদগী ইনমা কৌজরগেকো— ইনমা মজা ইবেম্মনা

লেংঙকইবসে ইনমা কুম'স কুমগী খুম্বক খুনথা নিঙোল কাং শাম্নবদি খরা য়াওদ্রিবা হাঙ্গজগে লাক্লিবনে ইনমা ইবেম্মা !

থমস্নু— ইতিক ওঙ্গজদে ইবেম্ম ! লাইর অনংভা ইশরুক ওঙ্গজরবী ঐনা মজা ইবেম্মগী থোগল কংজবদি ইয়াইবক কথনি অড্রবু—

সেম্নু— পিদোন ব্র ভাং শিং তোক্লসি ইনমা ! মজা ইবেম্মনা কৈগাক থি ড্রনা লৈ'বরে করি খ্র ৎখিনি। ইনম্মগী ফিরোন শুনা পুখংক্রে তাম্নী ফিজোন কাসি খিৎ হোংদোকসিসে— (মখোমমগী লৈ'থোক্রুনা) চরৈ কি অনৌবসি হোংদোক্লোসে ইনম !

থমস্নু— কোর শেৎচগে ইবেম্মা !

সেম্নু — কে'মকা য়ারোই। কদৌগে ভহাকস্থ মম্নুংভাঙ্গিমিরসি।

থোইবী— পে ংলুম পুখস্থ নত্তগা. ঐথোঙ্গনা নিংজবগা মুংশিবিদবগা, ইনাঙ্গৌগা মথক্ত ইনাঙ্গীব খিৎ হামিরনুবা ই—ন—মা ও !

থমস্নু— ফত্ত ব্রাথম্'বম্নু ওবেম্মা ! ইবেম্মগী ম্না য়াথং ইকোক থোংনা য়'জবনি।

সেম্নু— ইবেম্মা ! নচন নিম্ য়া লোঙ্গনরবদি ভাংলৌ কৈনা থেংজলকক্লে লেংনবা—

থোইবী— ইমা'নদা কমদৌনা চৎ'ন সেম্নু !

সেম্নু— নংাইশিং অমতম্ব লাক্লে' নিপা য়াওদনা লৈ'লবদি— ইনমা ইত্নুনি'থোবু অমিরাঙ্গী ফাওদদি লেপহনবিব্রুদনা ?

থমস্নু— ফমি ইবেম্মা !

খোইবী—অদুদি ঐখোজী চৎচরে ইনমা !

খম্নু— ইবেম্মা—

[খোইবী চত্তা খঙদা ছুনা য়েংই খম্বা খোঙাদা কমচুনা লৈ ।]

সেম্নু— ইনমা ! ঐখোজীদা চৎলোয়া ?

খম্নু— ওঃ—ইচুনিংখো ! মঙাইবেম্মগী ঙহাক খোংগঙ্ক ।

[ খম্বা পরণ খোকথি খোইবী ইরম্বে ]

সেম্নু— খোংগন্দি মঙাইবেম্মবা তারেদনা । [ ইরম্বে ]

খম্নু— চিঙু লাইও লাইনিংখো !

লাঙ্গৈর থাওমৈসে

মুৎলমদাগী তানবা ওইহনবিনুকো ?

*Light Off*

# ৯শুবা উৎপা

## লম্বী

লোংবান, সৌরা য়ারি শনা চংলক্কনা—

লোংবান—সৌর টবো ! মজা ইবেম্মদে কাং শামম্নিউৈদা য়া লোইন-হৌজ্রে হায়বং লোক্তাক ডামি পেম্বদদি য়া অদা! শেংনদব য়াজ্রে ওজানা থৌরাং লোঙ্গৈহনা ডা ফাকম য়োসি। হয়েংদি ঙ' কা কায়োঙ্গ মাগুবগী ডা থোড়ি কৈথেব ভুনা লৈথোক্কে।

সৌরা—টঙে সেলু'বা !

পাওজেনবা পুং য়েন—হায় হায় মোইরাং মচা ভা'দবা তাহৌরো কেগে ১চ থংদবা থ'গৌরো। হয়ে'গী সুমিত্রা মজা ইবেম্মনা মতারোই লিঙোলচারাম লোঙ্গৈনা লোক্তাক ডামি তাব ভবা চা০ চাননি। ভবা অমত লোকতাক তাব য়াদে মথৌ থাদোক্রা সু, য়াখং ইনংগী অমাং অতা পিবিনি। লমহেনবা থাওয়বা অকম চৈয় ক ফংজনি। থংদে ভদে য়ারোই নংগী নংগী মী সোঙ্গজনি মথং মথং পাওজেনবো।

[ চৎথে ]

সৌরা—হুঁ। ইঙো সেলু বা ! ঙস্তা লোক্তাক পা'লেদনা ?

লোংবান—য়াত্রগা চৎপিদসি ওঙ্গৈদনা—হন্নকপা ভাঙ্গৈরগা লম্বী লমথাং চৎনী থেক তেকমথৈ ডাংনবে কনানা কন্নি হাঙ্গৈজরবি।

সৌরা—ইঙো সেলুংনা নিংবিবনু কমানা থিংলবা মতিক লৈ। অমা নত্রে অমা নিংলগা লে ঙ্গয়ে। অহাৎ অপা লৈত্রবা পুক্নিং লৈরিদবু—

নোংবান—ঙাঙ্গথো সৌরা ইবো! মজাইবেম্মসিবু নোংবান ঐহোন্দ লৈজবনু—মতিক চাত্রনে

সৌরা—যাবু যাবিরবদি চারে যাবিত্রবদি—

নোংবান—করি? ঐ নত্তনা নিংলে মচানুপী লোটোবা মোঙ্গর ংদা কনা মতিক চাব' লৈ মীনাই'সদে—

সৌরা—করিনো ঐহোন্দ শাওবিরিবসিবো। সৌরা ঐনা যাংবু যানি হাঙ্গরবদি ননাই ঐ যাজরে শাওবিনু শাওবিনু—

নোংবান—নিংথংলকপদা মা যাওনা—মতা ইচা চাদবা শারদন—
[ কপ্পা চংখে ]

সৌরা—ঐ মপ্পা হুক পুংশিদবসিনদি কননা—[ উয়ুখে ]

*Light Off*

## ১০শুবা উৎপ্পা

"লোক্তাক থমংথোং"

য়াকৈরে ভিথক্তা থোইবী ঙৌন চিংদি

সেম্বু তুম্বোন পাইবা থোইবীগী মনাক্তা

ঙৌবেঃ—

হো—থোইবু পাইরক্লো

লোক্তাক লাইবা ইয়াঙৌবা

মা পথাল লৈহুংশি

লৈকা কম্ব' শাংলেনা।

লৈহি চুপ্পা নশিঙ্গাং

থম্বো লৈরাংদ ওংলিংও

হৌনসা থোংচং কাম্ভিবা !

থোইবী—হায় সেম্বু হায়বী তথকপি !

আদা য়াকৈরে হি অমা উরেনহে।

সেম্বু ঙৌবে—হা—ইম্বুং লোয়া তৈথরে

লোক্তাক ইয়াল কাওরকক্রে

থপাল মোমোন নোকচরে

ওংলরো ওং ওং ওং—

থোইবী—অঙাওবিনবী ! মীনা হাইখ্রিদি নাপ শেম্বাথরকুনা মীতোম

কনালো হাইজুনা য়েংউনহে

সেনু—য়েংগ্রবনু থংজরে হুজিকপু কনা পাঙ্গৈরকদগে
থোইবী—মশিদি—
সেনু—মশিদি লোঙ্গৈব্রেদনা—কমদৌনি ইবেম্মা !
নিংথোন মরাম্ব উথ্রবদি—
থোইবী—কৈনোবে মসিনা ভাংজবা শারিসিবো
হরানবদৌনা—লোমদা কৌশিল্লু
কাঙ্গনা হেক পুরগা লোঙ্গৈরে
সেনু—হে ঙৈদা ইবেম্মা ! লমহেনবা কাঙ্গন' চৈরাক সি—
[ কো—ভন্বা নংবু কনানো ? লৈবাক পাওজেন থোঙ্গ'দা
লোক্তাকভা তারম্বিবা কনানে অহুব চৈরাক কিদ'র ]
থমনু—ভকিং চঙ্গলক্ত্না । ইবেম্মা ! ননাইগী ইপ্বা অপ'বদুনি
ঐবু থিবা লাকপা ওইরম্মগনি, অয়োন অরান ভাকপিন্ন ভা-
ঙ্খোকপিবো ইবেম্মা !
থোইবী—অচানবী ! ইবেম্মগী মতুনিংথৌ ওইরব'দি কৈদৌগে কৌ-
শন'বরকউ ।
[ থমনু লোম্না মথুং থংতোকত্না থবু তারম্থোকই । ]
সেনু—চংথ্রনে ইবেম্মা !
থোইবী—ভাম্নবুদি চংখিসি ভাঙ্গৈদনা কৌদি কৌদে চংখিদদি ।
সেনু—হো—ইঙুনিংথৌ ভারিব্র ? ইনম্মনা হক্কথে' হঙৈরিবে লো-
মদা পাংলকবো ম্বাচাম্নখিসে ।
[ থমনু মথুং থত্তোকপদা থোইবী সেনুনা উরে থমনু লাও
হান্নবা কৌথি । ]

খোইবী—হঁ।—খক্লবিবী. তৌজবী ।

"লেপ্লুদা কুথি লেহ চেনখ্রে
খবা খোঙ্গবী সুংশি মিয়েংবা
খোন খোক্লা নোক্লখে ।"

—SCREEN—

২শুবা মতাং

# ১বা উৎপা

## "থাংজিং চিংজাওগী লোক"

নোংবান্না মাং থা সৌরাবা লৈ পোপাংপু চংলক্লগা পোথাহনবা—

নোংবান—লমজামচাসি হাইগৎলকদৌরিগে সৌরা ? [ ফিজিনা হমাং জেখোকই ]

সৌরা—দাঃখোইনা মমা বিখোয়কপা মংগে খেঙ্গুনা মৈপবদা যাদে হাঙ্গবজুনদন ।

নোংবান—ঐগুম্বা লৈবিভৈদা যাগুবা পিতৎ পাতৎপনদি মতিকলদো ইবো ! কুপ্বি হইসেম ভৌজুবা থাবিথি জুবিদবা ।

সৌরা—কমদোনা ইবো ৱরেৎ লেপ্লুংহনবা ?

নোংবান—হাঁ জুৎনা মঙ্গং ! ঐনা ইতাও ! ঐদি কুমজা ৭ থুনথাগী লৈরোই মকোক ওইরক্লবনিবা লৈ কদ কজবা চোকম বংলে ইতাওদি কুমসিদা মনাও ইবুংঙোগী থুহক পানাগী লৈরোই হঙবা ( মকোক ) ওইজরিবনিনা লৈখোং শেংনা

খম্বা ঊশৈঃ—

ভম্না ওমজবী নখোঞেন
পাখং খম্মোই ওমহৎপী
হা খোইবী খোইবীও !

নোংবান—শাওনা চখোম চালুক্তা লংখদুনা ময়াদগী চাক কাংখোক্না ইয়া—অমুক্তা কা নত্তা অনিয়ক লমজাংচা মী উশিঞেদা ।

খম্বা ঊশৈ :—

লমদম তাম্বদি নৈহেৎয়ে
পায়মা মুংবদি মুংওয়ে
হা খোইবী' খোইবীও !

নোংবান নৈকম খংদা চত্তুনা—লমজাংচা ! অহমলক ! খংগনিদো শয়িসে । [ য়েংলগা ] হায়— হায়— কনানোহে ঊশৈ শক্লিবা !—অচচা ! খুমক্লেনা ! হে হে মাঙ্গখমস্থ [ খম্বা নৈ-পোলাং মমদা পো চংলকই ] ইতাও নত্রা হুজিক ঊশৈ শকখিবদো

খম্বা—ইতাওয়া হুজিক হংলকপদো ?

নোংবান—ঐ নত্তদি কনা ওঙ্গনি । লপহাং তুহাং সিদা মজাইবেম্বু করি হাঙ্গিয়ে—লমদম তাম্বা নৈহোবী পায়মা মুংবা মুংওনবী হো খোইবী খোইবীও ! মত্তোয়না ইতাও ?

খম্বা—হাঁ—হাঁ—হাঁ—মুনা তায়মেদা ইতাও কয়া কুইবে নাপ সেন্দানবা ?

নোংবান - ঐদি কনিগী সেন্দানজক্লবি ?

খম্ব — হাঁ— ইভাওনদি মজাইবেম্মা থোইবীগী মাখন্দ লুপলেদো অদুনা কশাগী লেংই পাল্লিবা পুম্বা থোইবী ওইনা উ. হৱিং তোংবা কাও কল্লকএদো অদুদগি মী পুম্বহ্ম থোইবীতবু খল্লযালে অরেম্বদা পাখৎলেনে ঐনা হাঙ্গবিনদি তোইবী হাঙ্গৎ'নবে ।

নোংবান — তোইবী — থোইবী — লমনম ত ম্না লৈহোবী পাৱমা সুংদা সুংওনবী হো তোইবী তোইবীও ; সোঙ্গত্রেকো ইভাও।

খম্বা—সোঙ্গত্রে ইভাওনা সোইদৌদা ভাইরে ।

নোংবান—ঐদি শাওবনা লু ভাম কারুমে নিংথৌ ম্না মাং য়ৌনবগে নি লূ ম ইভাও ভহাক পেখাথিম্নখিসি। ইভাওগীদি চয়োমস্থ য়াওজরিয়োঙ্গদো—[ নোংবান চয়োম চাকমদা চংত্নবা চাখ্রে ] ইভাও অসিরাঙ্গদা ভাহাক্তং পোথাও । [খম্বা পোলাং থাদুনা চয়োম লৌথোকই ]

নোংবান—চথোম চাওনা কমা—হো সৌম ! [ চাক হাদুনা ভহাক মথবাক পনখি ]

সৌরা—ইবো সেনুংবা ! [ ঙশিং পি ]

[ খম্বা চয়োম পাঙ্গমগা কাত্র'না য়েৎপা লংজিন থংদনা থিম্নি ]

খম্বা—কমদোনা পুম্লিবমো অথু অকাই নংথিত্রেদা— লৌথোকপা ম্'দনবা পুম্লিসিবু—

নোংবান—স্থক কুঙ্গবা কদাঙ্গ চৎলুই ।

সৌরা—শিথ্রুবা মীনা হম্লকপাদুদা কিমবথ্রুনা মুম য়োনবা চেজগে তৌরুমে ।

[ খম্বনা মশান লুমখয়া ওয়োক্তা চয়োম থোক্লগা চাবা হৌ-
বদা নোংবান মনাডোয়া "শুৎ শুৎ" নমদুনা ]

নোংবান—সৌরা ইবো ! মনমসিবো ?

সৌরা—শা লৈবা চিংমুং মান্নু নিনা অপুম অশা নমখিবা মনমনিদনা

নোংবান—শুৎ শুৎ নমনা চাদুন', ঐনা চাগ্নিসি ফাও খংহাও হেক হাওইদা ।

[ মনম নমনা হৌগৎনা চাদুনা খম্বগী মনাক য়োনা শুৎ শুৎ নগনা চংখিদুনা চপলেপনা মতিন কুৎ কুৎ য়োথনা য়েংলগা—]
ইতাও নংসি ফজদেদা চয়োম য়াওয়গা চামিয়সি কা হাঙ্গৈদমখৈ নদোম হাওরে মখৈ—

খম্বা চানা— লাইয়া চিঙ্গাকসে ইতাওনা হৈনা পোৎ নত্তেদা ।

নোংবান—ইস—২থেনশিংসিদি ক'রি কয়িবো ? ওয়োক্ল য়ায়া—
[কমথদুনা ] মচুসিদে—[ পাঙ্গৈদুনা [ ভাগী জাৎ মুয়েবা—]

[ লৌদুনা চাপ্পে খম্বা চাবা লেপলে ]

ইস—হাওয়েদা —

খম্বা—হঁা—ইতাও কংবিহৌরো ( হৌগৎলি )

নোংবান—ইতাও কনানা থোংবনো ?

খম্বা—হেয়া ইতাও নচন ভোইবীনা লাংজদুনা—

নোংবান—হৈখে, পোকতৈদগী চাক্রি শয়িসো। [মখুৎ লেক্তুনা ]
য়ামদনম্ন থাক্লমখেদা ।

[ খম্বা মখুৎ হামদোকপা চৎখে ]

নোংবান লোয়পনা—হাই সৌরা ! লাওনহে

সৌরা—করি হাঙ্গৈ ইঙো সেন্নুংবা !

নোংবান—মাগী লৈসি করি করি হেক্রকেয়েংগে লোখোরকউ !

[ সৌরা পোলাং মমাই ফকাঙ্গৈদুনা উরেল লাবা পুখোরকই ]

নোংবান—হাঁ—হাঁ—হাঁ—উরেল ল বাদুরা ? অতৈদি—

সৌরা—অদুতে মাওদমাক্নে মনুংদগীনি ।

নোংবান—তম নংদ চোপহন্নগা লোইরে। হান্নাদৌনা খক্সিরো ।

[ সৌরা শেমজক্নে নোংবাননা তাঙ্গা থাঙ্গহনুনা লেক্লগা— ]

নোংবান—ঈশিং পুরকউ ।

[ সৌরা চেন্দুনা ঈশিং লৌত্রন নোংবানদা হৈনা মখুৎ শেংদোক মচিন শেংদোক্নুনা সৌরন কি পিদুনা তৈথোক্নে খম্বম্নু চংলক্নুনা—]

খম্বা—হন্নসিদনা ইতাও ।

নোংবান—চৎসি ইতাও ! হায় সৌর চৎনবা তৌসি। [ সৌরা পোলাং পুখে ]

খম্বা—পোলাং পাঙ্গনা। ইতাও ! লৈ লৌথোকপ্রা

নোংবান—লৈদি সৌদে য়েংবদি য়েংই ইতাওদি লৈশক মাম্না খংইনা খাঙ্গনা লৈরাংমন্ত্রিবা অনৌবা লৈরাংনা কুমসি কুমজাদি মোইরাং মা লাওরনি । হাঁ—হঁ—হঁ—মুংঙাঙ্গৈরে ইতাও ! হাঁ—হাঁ—হাঁ

[ নোংবান খম্ববু য়েংনা নোকপদা খম্বম্নু নোংবানগী মতো তমনা নোকখি। নোংবান শাওনা শকক্ম হন্নমি খম্বাদু থুনা হন্দুনা মমিৎ চানা য়েংনখি । ]

*Light Off*

# ২শুবা উৎপা

## 'খম্বগী থোঙ্গাল"

পাওজেনব: —মোইরাং মচা তাদবা ত্যাহৌ কেগে মচা খংদবা খংহৌ। কুমসি কুমজ' হুর ওংদি মীথোই মী'ংম ফিরেল্ লৈতেংনা চিঙ্ লাইগী থৌগল্লগদবনি। লৈভা লাইরা উওঙ্গমা মোইরাং থাংজিং হয়াওকপদা কনা থো'দাররবা য়'রোই। লৈতে শাঙ্গীজুনা কনাগুম ভম্বনা লাই থৌগল য়াওরদবগুম য়াদে  ইনিংথৌ ম্না য়াখংসি সোঙ্গীবদি অকন্নবা চৈরাক্তজুনা কেগে মোইরাং মনাংদা থুমোংঙ্গী-নগনি তাদে খংদে ব' লৌরোই।

*Light Off*

# ৩শুবা উৎপা

## "খম্বগী ইমুং"

কমুংদা খম্বা তুমলি কমুং অমদা থমনু মনাকোং থাঙ্গংবা পাও-জেন তারম্বদগী—

তাম্রিত্রা ইত্তুনিংথৌ নংবো ?

খম্বা—কুক হৌগৎনা। ক'রি হ ঔবগে ইচে ?

থমনু—লৈবাক পাওজেমলিবসিবু তাত্রত্রা ইত্তুনিংথৌ !

খম্বা - কুক থেংবদা কব্রিগী পাওজেনলো ঐদি তাহৌজ্রেনা।

থমনু—কুমসি ইবুথৌ থাংজিং হয়াওবদি কিজোন ত'মনা লাই থৌগলগদবনি লৈভা লাইরা উৎলবা য়ারোই হাঙ্গৈরিবে।

খম্বা—লাইরবা য়াওরনু হাঙৈবনিদবা কমদৌনি ? লৈজদবনিদা থাপনা খুরুমজবা হাঙৈবত্তনিদনা ইচে।

খমনু—মহুক্না য়ারোইদোরি চিঙু খোংগল য়াওরবন্না ইনিংথৌনা চৈয়া-রুবা খুঙ্গোঙ্গৈ'ন হাঙৈরিসগী মথক্তা লৈবাক ময়াংদা লৈবাঙ্গদবা কমদৌনা লৈভে ভোকসিগেনে ইত্তুনিংথৌ ?

[ খমনু মখোন খোক্লা কপ্পুনা ] হা—পালেম ইম ইবেম্মা ! হাদ পক্কৌ অপোকপা ! নমোমনা য়াবা ঙুনিংক্রবর ? য়ারেমদকো পলেম অপোকপী ?

খম্বা—পলেম শেম্বী ইচেমহন ! কম্বিগী কয়গে [ শাওনা ] মোইরাংদা লাইবকবা লৈফংদে হাঙৈবনি। ইচিন ইপুরানা ময়াও ইবু ভোদা খুঙ্গক পানাগী লৈরোক্ত মকোক ওইজগে খঙ্গরুত্রা ? ইম্নুং শোয়া থৈত্রিথৈ মোইরাং লমদম পাদোক্লা খুমন লমদমদা পাংলসি ইচে ইবেম্মা !

খমনু—হৌনদে ইত্তুনিংথৌ ! লাও ইচেমগী ভুং ইল্লু।

খম্বা—কদাইদ চৎসি হাঙৈবগে ?

খমনু—পক্কোগী মরূপ পক্কৌ থাঙ্গরাকপা ময়ানয়াই পাংসি লাও।

[ অনি কমুংদগী হৌগংলি ]

*Light Off*

## ৪শুবা উৎপা

### "থাঙ্গরাকপগী মাঙ্গোল"

[ খমন্নু ভুবোয়া চংলক্কুনা তারগা ]

খমন্নু—তাবিরিব্রা পন্থৌ অপোকপা! পন্থৌবু খোমলেন ভুমখুন তানবিরব্রা ?

থাঙ্গরাকপা—মন্নুংদগী—কনানো হে ?

খমন্নু—পন্থৌবু নমোমনি ।

থাঙ্গ—কনা নমোম ?

খমন্নু—নমোন লাইরবী খমন্নুনি পন্থৌ !

থাঙ্গ—তাংলো লৈনা খেংবদা করিগীনো হে !

খমন্নু—পন্থৌ অপোকপা ! পন্থৌ খুয়াথাদ করিগুম্বা অমতা হাঙ্গিজগে ওহাক্তা খেংলোন নাতৈ কাংবিয়ু ।

থাঙ্গ—হয়েং ওস্তা লাকচো চৎচয়ো হে ।

খমন্নু—য়াদবা মতাং খোকপনা তাংলো অখেংবসিদা য়ৌজররকবনি পন্থৌও !

থাঙ্গ—সুংতাঙ্গিখিব্রেদা—ভুম্না হিপনা মতমদা মংনা হাঙ্গিগদবা অদুম হাঙ্গিরকউ ।

খমন্নু—পন্থৌবু কুমসি লাইহরাওবগী ননাই লাইরবীগী ইপা্‌ভু লৈংরাংজো ইনিংথো স্না নোংদম্বীদুনা লৈরোই মকোক ওঙ্গিজরে অদুবু লেংনা লিৎনবা কিজোন অমত্তা য়াঙ্গিজগে লাকচরিবনি।

থাঙ্গ—লৈজব্রগা য়াওব্রস্নু হেক তোকইদনহে ।

খমনু—স্না য়াথং কিবনা ওমজদ্রে। নমোমবু সুংশিবিত্রবনু পনেম প:স্থোবু য়ে বীনা মরুপ মচানি খনবীন। সুংশিবিয়ুগব। পস্থোও।

থাঙ—ন'বু কনানা পোকপনোনে ?

খমনু—পস্থোও ! শজিক মতুং ইনথ্রবা থবা মমৈ খাঙ্গৈগ্রবা মপ্তাগৌ পুরেনবনা—

থাঙ—হাঁ - হাঁ—হাঁ—চৎখ্রা চৎলুহে য়া মথা তাজনু হয়ানবনি হাঙ্গৈনা কাকনি।

খমনু—ইস—[ হাঙ্গৈনা কোকচাওবী কাই মাইকৈ খংদ সুংবংনৈ।]

খম্বা—কি. কি, কম্না শাওনা চংলক্কু ন—'পনিংত্রবনু চুম্না মহাইবিয়ুনা।

খমনু—চৎসি ইত্তুনিংথৌ !

খম্বা—ইচেম ইবেম্মা ! ওহাক্তা ভাঙ্গৈবিখো। নত্তুনিংথৌ পাঙ্গল চাওয়ে ইচেমবু কনা লাকচনি। ঐ মত্তাঙ্গৈরে চাওথোকপা অমুকক্তা চাং য়েংনজগে।

খমনু—হৌনদে ইত্তুনিংথৌ! মীতোন্দা হঙ্গৈজবা লাকপনি। চৎসি লাও ইত্তুনিংথৌ !

[ মপ্তাগী থুজেং লাক্তা চিংত্তুনা চৎপদা খম্বা শাও খিবনা ম:য়েং-জুম্না উখোকতেন্দা ভাখি। থাঙ্গরাকপগী ঘুম ফেং ফেং হাঙ্গৈনা থাংখি।]

থাঙরাকপগী মীয়াম। "চাক ও। চাক ও।" !

*Light Off*

# ৫ শুবা উৎপা

## "থোংলেনগী স্নথোং"

মুবা চৈতুপ অমা পাঙ্গৈদুনা থোংবাদা ঙাহুনা ভুম্মি। মনাই অতৈম্নু অমনা অংদ' মোংখাংনা নাথোক্লা ভুমদুনা লৈ। থমনু অমসুং খম্বা নিংবা কাঙ্গনা মমিংঙ্ভা ইরা' হৌনা ভুংবাম্নমা চংলক্কুনা।

খম্বা—হল্লসিবা ইচে! মুমথোংখুদিং লাইরা অতাক্লা মাই খুত্তুনা তেংক্লনি ইচিল ইপাবু মোইরাং কনানসু সুংশিবিররোই কেগে কনামসু চানবিররোই। রাকত্নুনা কারং্র -নোং হেক ঙামবগা ইনিংথৌ হান্না উমগে, মোইরাং লৈবাক্কা লাইরামচা লৈবা য়াদে হাঙ্গসমু চংখিসি ঙাঙ্গদনা সিগী দমকপু করি রাকম থোকপগে?

থমনু—ইচুনিংথৌ! নচেমনা লানখরে। হাংবনা মকমসিদা লাক্লম গদবনি অচুবু মংলাননি হাঙ্গনা থোশাক্লত্রে। ঙসি অহিং ইচেমনা নংগী কি শেংনা লিংনবা খুন্দুনা ভুমথকলা মংওঙ্গ হাওঙ্গ মতমকুঙ্গনা উখিত্রব' পলেম পম্লো লাক্কুব্রা ইমোম লাংলেন করিগী রাবগে নচুনিংথোগী শেংন ইমকি ইপানা রাঙনা থম্মিনা। মতং চ'ত্রি খন্না তাক্কবননি চৎনু নপা থোংলেম মরান য়াইদা ইচানিগী, মীনা ক'লরোইদবা চরৈতনা টাবু ৫ নমদুনা থনলিনা হুজিকমক লোক্ল নমিং ভম্না শেং ইন নচুনিংথৌবু নমিৎ পেম য়েংজরো। নমাগা ইপাগদি চংলকপা

য়াগ্রে নখোঙ্গীগা উনহুবা লোইননা চৎশিন্নবনু য়াত্রেদো য়াগনু চিঙ্গু কাওগনু খমুমনা কুবিগনি হাঙ্গীরম্মগা পলেম পঙ্গো ভুংথা মাংথা হেক চৎখিবগা পাওজেনবগী য়ারা তাবদা মিকপ্নখি। চিঙগী থোজান যেংসি ইদুনিংথো। থাপলপ লৈরু চৎলো ইচেনা লাও হাঙ্গীরক্তি মথৈ চংলকপা য়াদেকো ইদুনিংথো ! চৎলো চৎলো।

[ খম্বা মরুলুকনা চৎখে খমনু—পরপ পরপ চংশিন্দুনা—]

খমনু—পঙ্গোগী মনাই অথোবা ! তাবিরিব্রা ?

মুবা—কমানোহে ? [ ফুক হৌগত্নুনা কারগা ] হুয়ানবা লাকইব্রা ?

খমনু—ঐ হুয়ানবা নৎচদে।

মুবা হায় হায় নখোয় ময়াম ভুম্মত্রনহে ? হুয়ানবা কাম্নেনহে।

খমনু—তপথবিয়ু ঐ হুয়ানবা নৎচদে।

মুবা—নচিন খিনু—[ খমনুগী মখজাঙ্গীদা থুবাক্না থাখি ]

নোং তাম্নমদাঙ্গীদা লাক্লগা—"ঐ হুয়ানবা নৎচদে" কা নৌথয়-দনা হায় নখোঙ্গীবু নবা তাত্রব্রনহে হুয়নবা কারেনহে। ময়াম ফুক ফুক হৌগত্নুনা—"কদোম্দনো কদোমদনো" হাঙ্গীনা কৈরেংননা চেম্নবা য়াওনা "হাৎলো কাগোনা" ইবিন নিনখে খয়া চংলক্লুনা "কুথয়ো" হাঙ্গীনা থাম্মুদা ফুখি।

মুবা—ভাঙ্গীথো, অতৈ কনা কনা য়াওরি হংখিগে।

[ ময়াম ফুবা লেপ্পি ]

মুবা—অতৈ মী অতোপ্পা কয়ানো ? মমিং কবি করি কৌই ?

খমনু—পঙ্গো মনাই অথোবা ! ঐ ইদোম লাকচবনি। হুয়ানবা লাকপা নৎচদে।

মুবা—হাইস—মুপিনিনা।

ময়াম—মুপি খোঙেন মাল্লি। ময়াম চংশিন্দুনা য়েংলগা মাবি মানি মুপিনি।

মুবা—নিপা অতৈস্ম য়াওয়ম্মনি। সেংনা তাকচহো মত্রবদি নথবাঙ্গি মা'নবা ফুথরগদবনি।

থমমু—অশে'বনি ঐ পঙ্গো উনজগে লাকচবনি।

মুবা—সিদদি নংগী নপাদি?

থমমু—পঙ্গো খোংলেন অথোবা!

মুবা—চিঙ্গিবী! [ ফুই, ময়ামস্ম চিঙ্গিবী ফু:রা হাঙ্গনা ফুই। হং—হাঁ—হা-অতৈ অমা হাঙ্গিরবস্ম মকৈ পঙ্গো খোংলেন অথোবা! হিস তৌওব্বী! নংগুম্বীবা মুবা ঐঙোব্দা উৎ চাইরি। মচিন্দু কাইনবা থাওরা? [ থাগে তৌই ] নংনিপা অতৈ তাক্কে? হায় মখোয় ময়াম চাইখোক্কুনা থিয় মুপি মতোমতা লাকপা হৌনদে।

[ ময়াম চৎখে ]

থমমু—হা ইচুনিংখৌ নংবু তারিবরা য়াইবী থরাই হিংমনবা মোংবা মরানয়াই পাংখ্রা নচেবু হুম্না য়েংলম্মমু লাইরগা।

মুবা—চিমথিবী হুরানবী! নদোমতনি হাঙ্গবদাই। [ফুই] হায় নিপাচু কোইথি খিনা নমতুনা কাওহে। তৌওব্বি!

[ থমমু ফুচুনা খেং মনুংদা চিংশনখ্রে ]

থম্বা—চেনশল্লক্কুনা। হা পলেম শকপী। কদোমদা লৈবগে? মচুনিংখৌনা হাইজবা য়াবিদা—

মুবা— থোরকভুনা হায় হয়াবগা। থোনা কবা শারেদা—

[ মুবনা চৈনা খম্বদা ফুখি খম্বা চৈ ভাকপোকই ।

খমনু— থোরক্লা। ময়াম লৈজদবা ইচুনিংথো ফুখিনু ঐবু ফুখিয়ু ।

মুবা—নংমু ফুনি মাম্ন ফুনি ।

[ খমনু চেনশন্নুনা খম্বদা ফুগদবা চৈ মশাদা ফুহনখি ।

খমনু— চেল্লোনে ইচুনিংথো নংবে !

ময়াম মঙুংদগী— সোগদা লৈরেহে হঙৈনা চংলক্কুনা খম্বদা ফুরবা য়াও কাবা য়াও ভোরবদা খম্বা শাগনা ইথোক্ল—

খম্বা— নথোঙ্গবু অহভাঙ্গ কনাম্ন নত্তে ভোগ্নহে সিগা সিগা য়াঙাংনখিসি

মুবা—হরাংবা ! ইংখবিরেদা নং য়াইবী মাংবা সোইজেদে

খম্বা—নথোঙ্গ য়াজেদনা ? ইমাংমক্কদা ইচেমবু ফুবা ঐ লৈরিবৈদা ইচেমগী মতু নামা শোক্লগদবা কনা লৈ খংগনিদো ।

[খম্বনা মীয়াম লংবা য়াও নমথুংবা য়াও ফুত্রবা কাইজুনা চেন্নার ]

খম্বা—ইচে কনা থিনা শোক্লে ?

খমনু— শোক্তে ইচুমিংথো !

খম্বা— হয়দি ইচে ।

খমনু— নোং ভান্নক্লে ইচুমিংথো ! নুকম্ন য়ানা খাংলবদা পল্লোদদি উনরমখিসি ।

[ থোংলেন খাং পাঙ্গনা মনাই ময়ামা মাং খা থেংরকুনা মঙুংদগী— ]

থেংলেন— মোইরাং মচা কনানো কেগে মচা কনানো নত্তিক নথোনা লৈরবদি থোংলেনগা উনখিসি চেনখিনুকো ।

থম্বু—ইন্দ্রসিংথৌ ইচেমগা তাঃনগে মীনা পলেম পম্বৈবু অহুমগক চৈরা কাও শাওগম্বু য়া তাংগম্বুকো ইন্দ্রসিংথৌ ।

[ মুবনা চিংবা মীয়াম থোরক্লনা থম্বু থম্বা পুরে । থোংলেন হন্থৎ হন্দা চঙ্লনা কোথেং য়েংবা ]

থোংলেন- হায় মুগা ! লোঙ্গনা চেনখ্রা ?

মুবা—কাঃজরে অমুশা !

থোংলেন—কদাই মুপী মচা'মুগা নিপা মগামুগা ? অতৈদি ?

মুবা—অতে য়াওদে অমুম !

থোংলেন—করি নথোই মরা'ম, অত্তাংমচা থগত্তম ওম্বা ? ইক ইনবা মাইথাবা শ ! পুনগম্বু থদোকউহৈ ।

[ থাদোক্লনা ময়াম খুকউ লৈতানা লৈ ] নমঃবি য়া হক্তে থোংলেন্দি মীনমগ মুকো লৈত্তবত্তনা তঃপংবা হয়ানব লাঞবম্ সেংনা হাঙ্গমুকো ।

থম্বু খুরমনা—পম্মৌ হাঙ্গনা মিঙ্গৌজগে নম্মোয লাইবকথিবীদি হয়'মবা লাকচবা নৎচদে পম্মৌ খুরমজগে লাকচবদা কাবিবনি ।

ময়াম—“হয়ানবী” নোকখি ।

থোংলেন—মুজা নংব সেংনা হাঙ্গজৌ তাংলো লৈনা থেংলবা নোং তারমদাইদা ?

থম্বু—অরুবা চৈরাক পিবিগে হঙ্গবম্ কোমা পিখিয়ু পংম্বোদা য়া কয় অমতদি হাঙ্গজখিগে ।

থোংলেন—করিনো হাইজো হাঙ্গজৌ ।

থম্বু—ইবুঙ্গৌ থাংজিং হয়াওবদা লাক্লবা ইন্দ্রসিংথোসিবু ইবিংথৌনা লৈরাংজৌ শ্না নোংপম্বীদ্বনা লৈথোই মকোক হাপপিরে অহুমু

ওসি ভাংলো অথেংবদা কিজোন মীগায়দগী হয়াওবা য়াওকদে নিংখৌপা ওজেন্নরে নমোমনদি লাইয়বীনিনা সেংনিংঙাই লিং-নিঙাই পিজবা ওথজত্রনা পঙ্খোগী অদম অকাঙ্গ অমতা নিজগে কাঙ্গনা মতম চাদনা চেপ্পকপনি ।

থোংদেন—মখোইগী কনা লৈরবা পলেম পঙ্খো কনানা পোকপনো ?

খমনু—পঙ্খোও ঐঃথাইবু পোকপা পলেম পঙ্খোগী কোলোয়দি—নোংমাই চাথ ওবা খুমন পাবেদ লোংবা কোই। পলেমনা তাং-খলৈবা মুয়েন তোম্পোকপী কোইদিং লমিংচুমী কোই পঙ্খোও !

থো দেম—আঃ—পাখৌ পুরেনবা ! [ খমনু কোয়া ] ইমোম লাং-লেন ! অচচা ! তোন্নিদা তাঙ্গবং মীগী মপোক থোংলেন মঙ্গন কপ্পত্তনা মখোম চেংলো খংদনা প লেদো পাখৌ ! নমু তাঙ্গবংনা নোঙ্গরবস্থ লাইরেগাক্কগী নৈচিন থো দোন হাংজ্রন নতাওবু নোঙ্গবিনু ঐ লানে থোংলেমা য়াম্মা লংজরে পাখৌদি তাকপি-হৈবনি। হোন খংদবা থো দেনবু তাকপিয়ুকো। ইমোম লাংলেন ! পাখৌ পুরেনবনা শজিক মতুং ইন্নমদাঙ্গ থবা মমৈ-য়াঙ্গরমদ ঙ্গদস্থ থুং পাঙ্গত্রনা পাখৌ থো লেন ! মচিন মপা অপিথক নপান্নি নখোম অনিসে ওসিদগী পুরেনবা ঐনা পোকচবা মত্রে থোংলেমগী মচানিকো হাঙ্গবিয়বা আঃ শাদগী হেন্না তোন মতমগী ইরাংদা তাওরুমেদা থোংলেন। ইমোম লাংলেন ইপাবু য়ামৌন্নুকো ! মচাদা লানবদি কয়মনা তাকপিনি। মপা ওইবদা লানবদি লাইনা তাকপিবা ওমই।

[ লানবিবদা মখুত্ত ঙ্গ থেংনত্তনা য়েংলপা ]

হাইস কদাঙ্গীদগী ঙৈনো ? ক'রিগী চৈকমনো ? হায়ম্বু লাংলেন। ইমোমবু কনানা লাকচবা। ইমেমগী মতু মামা শোকদবা মেই-য়াংদা মরু হন্দে কেগোদা মউ লিংদে হাইবু লাংলেন কনানা ফুই।

[ ময়াম কেরু কেরু য়েংনা হল্লোক্লে ]

খম্বু—পল্লো লৈরিগে নমোংবু কনানা লাকচনি। নমোমনা অম-খদা চেক্কপদা উদহুনা তিংখংনা থেবাংখিবনি।

থোংলেন—ইস ন'রবিন্দা ইচাবে। নদু'নংথোদি

খম্বু— ইদুনি'থো পল্লো অপোকপা থুরমজোনা ইবুংগো!

থোংলেন—পারি নোংয়াই ভোম্পোকপা মিংথৈবে ইপানা হয়োইবু ইপাগী নাক্তা চংলকউ লাও!

খম্বা—পল্লো অপোকপা [ থুরমই খম্বু কপবি ]

থোংলেন—কপকন্দু লাংলেন। ইপাদি কপবিংত্রে নদুবিংথো উবদা পেরে ফু'ভাঙ্গীরে। পারি ভোম্প্যাক।

খম্বা—পল্লো অপোকপা।

থোংলেন—পারিগী নহাইরেমশিংনা লমহেনবা ক'রিগী য়াইবী পৌনা য়ারক্কে ? ংংগনিদো মীনাইশা! মুবা!

মুবা—অমুপপা মমাই লৈতে।

থোংলেন—লাক্তিব্রা।

মুবা চংলক্লুনা থুরম্বা—ক রি ভাকপিগদবা?

থোংলেন—ঐগী পারি ইমোম অনিবু কনানা ফুই?

মুবা—মনাই খংজদে।

থোংলেন—ইহা মচিন চুমখৈহে মতোইনা মং ।

মুবা—পাপি ইমোমদি কুজদে । হয়াংবা হয়াংবী অমিদি মনম ভংবদা ফুই ।

থোংলেন— অমিসিমা ?

মুবা—মাপি অশৌব' ।

থোংলেন—মং মতোইনা নপাগী মপোৎ হংবা ?

মুবা—নোংঙ'ম দাইদা মীগী মমূখনা লাক্লবদি -

থোংলেন—কপি ? মচানা মপাগী মুম চংবদা কপি মগমা ? থজনিদো মথাংবাইদা থক্লা কুগে ।

থম্বা—পঙ্গো অপোকপা । য়াম্বশিংগী ময়াল লৈজদে ঐগে ইনা লানবনবি ওাকপিয় ।

থোংলেন—ইচানা কনবিরে চৎচখ্রে। চৎলুহে ।

[ মুবা চৎখ্রে ]

ইমোথনা হাইবনু—চৈম কি য়াইগে ?

থমমু—পঙ্গো !

থোংলেন—ইফাইদা ইপাদে নপোৎ নয়ল থৌবা লাক্লেদবা ইচাসিংদে ইপানা য়া থংদা ইচাশিংগী মপোৎ লোক্‌না থম্‌বে কপিগী শেৎনিংঙাই চাখিংঙাই লৈতে য়াবগে । মীনা কংলয়োইদবা নয়ল চৈয়েতনা টাবু ৫ থমা লৈমিদো মিগী মথক্তা ইপাগী লৈজবা পূবা কনাগীনো পাপি ইমোম অনিগী ওাকপি । মুক কুইবা ঔশিংদা লৈতুম থাদওম কপিগী তুম্মিন লৈরুই ।

শেৎনিংঙদা শেৎ চাদিংবগী চা ইরাগা লৈগেম্বনি। খুম চংসি হাও।

[ থোংলেমা থমনু থগা মথুং য়েং ওইনা শগা চংখ্রে ]

*Light Off*

## 'ঙশুবা উৎপা

### "চিঙ থাংজিং লাইশং"

### "লাইহরাওকম"

মাইবীমা নোংদাই লৈতাই লৈনেৎ অমম্বং পম্বও লাইশং জগোই শারে; মাইবা অমম্বং পেনা খো বা পুংলৈবানচিংবা জগোই শাবী মরাম শারে। থোংলেমা থগা পুথোরক্লে চাওবা নোংখোলনা খোইবী পুখোরক্লুনা থগা লোইচী লাইখুরমনা জগোই শারি। নোংবান সোরানা খোইগমা খোরক্লুনা জগোই শানা য়েংলম্বদগী মথাই লৈথোক্লা থাংলে সোরানা-কি থবি।

থোংলেন থাং শৎনাঃ —হো হোই —হাহা —হা —

[ নোংবান সোরা শিক্লনা চেনখ্রে ]

হেরিলো হেরিলা হেরিলা হায়ুদ খুলাইতে হৈয়া সিবু খোইনা হয়াওরা লৈবনে হৌ হে হৌ হৈয়াগেদ !! অঙোবা সগোল তোংবরা ? নিংথৌরেনগী সগোল। মথৈ থুখ থুম পাওবনে !! উমা কাবা কককেংও ককচেং নিংতেকপা থরোইনা. মীচিক্লপা থাজদা শক্ক খং। ওখোকনা উকাবা থাজদা উতোল লোব।

লৈবা কাওরেল, মীদি লাইরেম্বা মথক্কা শেংবাং পাইবা মাত্রবা
লৈবাক চংবা কাবা য়াদ মী অনৌবা চংনা কা ইবুধো থাংজিংদা
থরেল চনক্রবদি বিংথো ইকম তা লৈবাক কুমগাংবা অশি
অনাতন থোইরাং মুংলনি কাওরিবা শোইকত্রবা 'চঙ্গী লাই-
কাওসিবু কয়মন থম্বনা মথোম চংজুনা লাইওইরবা কাওরেলবু
কাওদ্রি, য়াথলনা লাখা কংত্রে, ইশা মাংজবতা নত্ত। ইহাক-
থকসিদা লৈবাক্কা য়াবা, কনবা ওথনি উত্রেদো —

নোংথোন—ননাইবু লোইবা ইনিংথো য়াখিম্নু ইবুধো থাংজিংনা
কুখিন। ননাই থম্বা লৈবাকী মমদি ইনিংথোগী, মথয়াই
পাংখুরন পাজল্লবা কাওরেল নমজুনা কা চিঙু থাংজিংদা কৎচানি
হাঙ্গবা চৎচখিবা চিঙুবা কুখিরদি লোইরেদনা ইনিংথো!

নিংথো—ইপু! অতাং অদো মপানা পোকপা মচানি লুংওাঙ্গ অদুবু
ইপু! অদুমু ওহাক লুংওাঙ্গবা হাঙ্গবজুংদো—মানা শোজিনবদা
কনাবো থোইরাংসিদগী কাওরেল কাওমদোবা? পূক্কিংনা অদুক
থাজবা অওোম নোংবানদোই মাইবী চংজুনা লৈবে য়াথেংদকো
তোদোসে —

চিংখুবা—স্না পূক্লিং তপথবিসি—
লৈবাক নিংথোগী অয়াবা তাম্বা মতমসিদা ননাই নোংবানমু
নিংওাঙ্গদা লৈজওমদা থুমন ইকোয়ুং পাংথে —

নিংথো—কংদোবা শানোতোম! নোংবানমু কাওরেল কাবা চৎত্রে?

চিংখুবা—ইনিংথো!

থোংলেন—লুংওাঙ্গদা—নোংবান, অওোম মৈতাল অয়াবা কাওরেল
কাবা চৎখিবা? ওসাইনা মপু থুয়াথাদা হয়চনিংবা থোগজোল

থুমন ইকোমুং ভমনা চেন্নবদা নগাই ইভাও থবগা কাওগা চৈর-ফুন। লৈরমে ওইক লৈরগ পাজনব কাওরেলগা তকশরক্কুনা ননাইবু য়াইবী লৈগে থৌরাংলক্লবদা নগাই থবক্ উচিন মাচিন নহোংচা হৌত্তুনা চেন্নে ইনিংখৌ! লাইওইবগী কাওয়েলনা নগাইবু কোঙ্গীভাপ ভাবগা নগ'ইনা য়েংবা ওমন্দা হোৎ-চিন্নুনা কাওবেল থৎনা নমন্নুনা কা কাৎরং থৌরি কোকোই হক্লগা চিংহুনা পুক্কপদা নাই থবনা 'পুনা য়াদে এনা কাগদবা কাওয়েলদি" হাইবা মুন্নরে নগাইনদি লিংগাই শংলানা থৎন চৈনবা যাদবা মতাং থোকপনা মপু স্না থুযাখাদা হাকৎ-চরিবসিনি ইনিংখৌ।

খিংখৌ—কাওদি কা'য়েদনা অতানবা?

নোংবান—কাজরে ইনিংখৌ।

খিংখৌ—মুংগাঙ্গের লৈবাকী অয়াবদি কোক্লে। বায়েলগীদি লৈবাক চংনা অচুবা বায়েল খিনি।

নোংথোন—পুংগাঙ্গৈগা—অতোম শাটেপ তাক্লে। কাও অতোম নোংবান কো য় থনা কারে।

থোংলেন—করি চাওবা! হাপা য়াওদনা বা য়োইবা? চেনবা য়াদ্রেকো কেংয়াখা! লাকখিনিদনা থবক্—চেননমনু চিঙ্ খাংজিংন বংবিসনো—ইচানি হায়না য়েংথ্রোই থোংলেনগী খাংলেনসিন: হাহং মথা ভাদা পাইথুম অমুক চাঙ্গদ। থবগী লাপু কোনাই লৌগে। থোংলেনগী অয়োইবা শায়িদে। লি বংবা লৈবাক্লা য় য়েলবিবু।

[ খম্বা চেংশল্লগা থিংবৌ থুরকা ]

খম্বা—মনাইবু লোইবীবা ইনিংবৌ। ইকোপপুংগী কাওরেল মমাইনা
কাল্লুবা পুক্তমল্লে।

থিংবৌ—খম্বা! কমাদা কারকপা কাওরেলনো?

খম্ব, চক্কা—ইনিংবৌ মা মাথং তাকপিরিবা মমাইবু ওকচানরে
ইনিংবৌ!

নিংবৌ—মতাও লোম্বাবা মাদা কাবা কাওবি নংনা মুনবিহৌরে
মাকৃৎলবি।

খম্বা—ইনিংবৌ! য়োমব কাপা তাকপিনি! মপু মা থুরাপা চিঙ্
থাংজিং মিংলেন শগি নামু'ন হকৎচরি—মমাইনা কাও কাল্লুনা
পুক্তমকপদা চরোৎ হাপুং মরুখদা পাম কৈজাওনা ওবেগী
খোঙ্গেল ত'রবদা কাওরেলনা কিংনা হোৎচল্লুনা তারেল তাদগী
হের চুমগা ম'চি'রেন অনিবা হাঙ্বা পাম মাইবী লোপে
চোংশনবদা মনাই নোংগান কৈজাও ওইরবা চোংথোমল্লে।
কাওরেল লেপতনা ফুখরবদা মনাই লোংবান লৈবা মাদা
চেলে মমাইনা ইতাও মাইবী মাংবা তারে হাঙ্জুনা থৌরি
লিংতোন্দা মাজবা থাংজহৌরে। ইতাওদি হল্লা কাও য়েংলমদা
চেনখ্রে। মচুপগী মপু মা মাং য়োক্তরক্লিবসিনি!

নোংথোন—কাবিনবা লৈরবে হাঙ্বা চিলবান থক থা কংনরবা
কাবিপবা মামপুনা কাও মশিং অমুক মাৎপগী মারেপা।
মশিবু করবা মপু মা লোংদব?

নিংবৌ—ইপু! মাকমসিগী অচুবা মাল্লেলদি ইপুনা থিবিরো।

নোংখোল—ন্না য়াথং জেংদবা 'ক্‌গাও শাজরি ইনিংখো! অছুদি অমনা হাঙ্গ ঐনা কাথমি অমনা হাঙ্গ ঐনা কাথনি। উহৌখনি খমত্তা য়াওত্রে নৈবাক বংনা উনা অমুক হুমা কাবা তারে। হায়া কাই হাঙ্গবা কো য়ান্দনা হ'য়' কারুয়ো নোংবাই কাও-য়েদ থাদোকউ।

[ খম্বা খুরম্বা চংখে ]

কোংয়াথা! ন্না মাজ্জা কাও কারুয়ো—

নোংবাদ—কমি ইপদ ইত্তো।

[ নোংবান খুরম্বা খোকখে ]

চিংখুবা—দাইনা ওথনি কদ দাকবা নোংবা'র মত্তে কমখোব কাবনা চিত্তুমক্কা থয়াই দাইনৌ ভাওব, অমাই থবৈ কুম-হয়বনি। হাঁ—অছুনি অচাববা! মচি অমিত্র থাপু মাদেম নৈদা মচিম্মু নমশিম্মুদা থপ্পো—

নোংখোদ—ইচানা হাঙ্গবা চুম্মিদনা, অত্তোমনি হাঙ্গবদা চোপত্তে। কাওনা পাজদ হে বগী চৌপনে কিবম তাওবে।

এঃ এঃ এঃ কৈনো পারি নোংবান নথাই নৈবদে—

খোংলেন - হাঁ—হাঁ - হাঁ—থাংলেন মিকুপ কয়' ওজরিনি? হাঁ—হাঁ—হাঁ

চাওবা—চেয়ো পারি নোংবাব চেয়ো। অমুক্তা হয়া নৈখয়ো চিনয়া খুংকা মাজৌ চেবগয়ু।

নোংবান মজুংদগী - ইপদ ইত্তো অত্তবা মপায়ী য়াইবী অমুক্তাদি কবরিয়ো।

থোংলেন—হাঁ—হা—হাঁ শাগৈ বাটৈ ফিরক্লে হাঁ—হাঁ—হাঁ— কপ
লাক্কবা নোংবান নত্তে কন কয়া চোঁরে।

চাওবা—পায়রি নোংবান ! হপাগী ইতিক ওঙ্গদে মপু স্না থুবা থাদ
চংজোও।

নোংবান মনুংদগী—মপু ইবুংঙো ! ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ ! নংগী
য়াইবী কনবিয়বা ইনিংথৌ !

নিংথৌ কোংয়াম্ব ! লৈবাক য়া তাদ নিংথৌ ঐনা ভংদে লৈবাক্তা
হাঙ্গজো।

নোংবান মনুংদগী—লৈবাক নিংথৌ ওম্বা ইথান ইঙো অথৌবা !
মোইরাং লাক্লোই তাম্বা ! চংজরিবগী চাইবীতদি কনবিয়
য়ারেদা অথৌবা !

থোংলেন—হাঁ—হুঁ—হুঁ মু শিদা নোংবান ! নচিম চুম্মুবে কোংয়াম্বা !
কাও কনানা কাবনো ?

নোংবান মনুংদগী—অথৌবা ! কাওদি ইতাও থম্বনা কাবগে।

থোংলেন—অম্বগা কয়গী মপু স্না থুবাদা ওঙ্গদবা য়াকংলিবনো ?

নোংবান মনুংদগী—অকবদা পামজবা তাইবংনে। য়াম্রা য়েংজননে
লংজরে অথৌবা ! কাওরেল থুনা অমুক্তা কন্তিনবিরে।

থোংলেন—মুংঙাঙ্গদা নোংবান ! য়াচুম চাংলথদি থোংলেন পেরে
অহুবু কাও কাবদি থোংলেনগী ইথৌ নত্তে। কাবা ওম্বা
মীদ হাঙ্গজোও !

নোংবান মনুংদগী—ইতাও ইঙো অকনবা ! নতাওবু অমুক্তদি কন-
বিয়গবা !

খোংজেম—পাম্বি নোংমাই ! মেংওমত্রে পম্বরম্ তোম্পোক !

নিংথৌ—মাংনবা তৌরুবনা থোঙ্গনা মগুণ হেল্লেংদা ! পেরে মপাঙ্গল চাওবদা মত্তা মপুঅচেলম্ চাওবা পাথান্‌বা মপাম্বৌনি। লৈবাকী মাইরোং য়া, মথম্বাঙ্গ পামুদবা নিংথৌ ঐনা করি পিরগা পেনগনি।

চংলকউ লাও অচানবা।

[ থব চংলক্কুনা নিংথৌদা থুরমই ]

নিংথৌ—[ চরৈ নমথাং ক্রুমিচুনা ] ওলিদগী নিংথৌ কি থ'মেল চৎপা ম্না থুজি তান কংজয়ো। লিগী মথক্তা ইপু নোংথোল ! মপা পুরেনবনা কংলবা লোচা, থুংথোং ফুদা থাইনাচিংবা শুবা পিয়ো।

চাওবা—ম্না য়াথং।

নিংথৌ—লৈবাকী অচম অথৌনা করি হাঙ্গবিবিংবা।

খোংজেন—ইনিংথৌ ! ননাই থম্বু কংজয়ো ভাকপিথিবা ননাই পাথৌ পুরেনবনা মমাংতৈ পাম কৈরেল ভংবৎ চংনা কা কেগে মোইরাংগী অম্বাবা কোকথিবদা পিথিথিবা শুবা কংজৌ ম্না য়াথং ভাকপিম্রিত্রা—লৈবাক থংনা মথেক শেংনা সনা য়াথং লাওথোকপিয় ইনিংথৌ। য়েৎপিনবা য়াম্বা মোইরাংনে।

নিংথৌ—চিংনবা করিনো ইপু ! নিংতম্না হাঙ্গবিয় । ঐগীদি শুনা পিয়বনি।

খোংজেন—ইনিংথৌও থৌজাল তাহেন নাইদ "চিংবা" হাঙ্গনা সবা য়াথং ভাকপিথিবা মমাংতৈদদি মনাও ইবেম্মনা মাংথা অতৈনা

ভুংদা থংনা 'চিংগা' হাঙ্গৈগা পিবিখি। হন্নকন্ন সনা য়াথং তাকপি:য় হাঙ্গৈদনা ননাই অপংবা যোংখোলনা য়ংগাথ তাংনা শাংলবী যোক্তয়াং লৈয়াং অগেনবী লৈমকোন্দগী ফেক্লগে চৎচ-ক্লনিদো ঙনি·খো। অদুবু কলক য়ে·খিবগা সনা য়াথং লৈবাক থংবা তাকপিখিদে হাঙ্গৈগা য়াওনয়রুবদি লৈবাক য়াথোক ওঙ্গৈ-নরক, যে'ইয়াং ঙয়াং হৌগনিদো ঙনিং'খো।

নিংখো—মুংঙ ঙৈদা ইপু। ওসি কোখো নোংজাদা লৈবাক থংনবা লাওখোক্লবনি—

থুমন ইকোপপু·গী কা·গয়েল কাচুনা লৈবাকী অয়াবা কোক-ওনবগী থুমন নোংয়াইদা মথক্তা অমা শাত্রগী মথাদা অমা পোমত্রবী ইমোম লা লেন খোইবী, থয়াইথক্তা লৈহাগ্না লৈয়াং লাঙ্গৈদা কৎপত্তম নিংখো ঐনা কৎলবনি।

খো·লেন—লিক্লাই ঙবুংঙো মোইগাং নি·খোনা

ম য়াম—য়াইফরে।

*—Light Off—*

## ২শুবা উৎপা

### "লৈকোল"

[ খোইবী সেগু লৈ ফেক্তুনা লৈয়থদগী ]

খোইবী—কাওকা মনাবু ঐ? মনা ওঙ্গনবা লৈগদ পরুকপুদি শিক-ক্লমগে সেগু লৈজনিংগ্রে—

সেম্নু—চায়বা শিথ্রবদি অমুক হিংবা য়াব নত্তে, নৈবিয়ু পাম্বীব্রাও ?

খোইবী—নং হেক নৈরু।

সেম্নু—ঐমবু য়ায়দি কেৎলে। ঐ নৈজরুগে পোকতম্ন পোক্নি শিবিন্নু পাম্মুইদা।

খোইবী—মচুবু য়াই হইব্রাও পাবুং মনা য়াথং হিক্তোক্কদবা কনানো ?

সেম্নু—হিক্তোকপা তথোইদবনি কাবক কাবক নৈরুরেদনা।

খোইবী—চিনকেন কবী ! য়েংউকো নং !

সেম্নু—নৈ খিরোঙ্গদবা নৈরবদি কৈদৌদনা কাইহৌবিরুই ?

খোইবী—চিনখিবী ! মীহাৎপী ! ঐন কদৌজরুরে ?

সেম্নু—শিন্নংবা লাকপদা, লোক্তাক ইশিংবদা, উকাঙ্গী কাপ্পদা লাই হৱাওবদা "মাই মাই" লাইমাং য়ৌবী।

খোইবী—নচিম্নু [ ফুগে তানবা সেম্নু নোক্না খেনা চেম্নুনা অনিংক চংব্রে। চিংখুবা মু ওাঙ্গৈতন চংলক্কুনা ]

চিংখুবা—ঐগী অচৌবা মকম নৈত্রে কেগে খোইরাং নৈকোইবুংসিদা ঐগীনি হাঙ্গবা কনা উব্রে। মীতোপতি লাঙ্গয়ল্লন' মুখিৎ খাওম য়েংজরিবী ইথোম লা·লেন মখিং কাও হেক পরিং-দেদা মা কাওবনা উকাই কামদা মাগী পাইথু কী তহাক্তা ইরুগে হাঙ্গনা মপা ঐনা হঙ্গবু পিদবা তম্ মমল য়াম্না লৌ-হৌদ্রনা খোক্তোকখে হাঙ্গয়গা—অচ্চ ঃ—অচুক তাংবা কীরেনবু চপথক্নুনা ফুরিৎ তুখোরুগা পিতং পাক্তংপা লমজা শরাদা খুদোন থক খোক্লোকপা। নৈবগী কারত্রে হিংবগী তোংজত্রে

লৈপাক মমাংদ থোকই কমতা মথং খবা ইরা লৌবিত্রে ইঙিং কমুতমত্রে খুংদ লৈরে হাউবি চাজগে খম্বা হৈরোং অকবা অমা কাও লৈত্রে হৈরু ইহনিং চিক্ত্না তোক্লে অরু অহেনবা অমতা ভাশিন্নক্লে খুমলোন্দা ওয়াম্নুনা থৈখে ইমুং মহি লাংলে। ঐগী লৈকম লৈত্রে পোথাকম কংত্রে—

ও : চংগুকউ লাও তমুম অচানবা!

[ নোংবান চংলক্নুনা খুরম্মগা খুরু খুদক্না লৈ।

নোংবান—নগাইবু কৌবিব—সনা য়াথং করি তাকপিগদবা ?

চিংখুবা—তমুম নোংবান। কেগে মোইরাং লৈকোইবুংসিদা ঐ হিংদুনা লৈনিংত্রে মোইরাং পোংবৈ লমদমসিগী মকুংদা ঐনা অতোম শাগৈতবু তাইশেম ওইজনিংবনা- ইমোম লাংলেন থোইবীসে তমুম নোংবান কোংয়াম্বা নংতোন্দা পিগে নিংই অদুবু মথৌ ইবৈ লৈতনা য়াম্নুং অমদি চাওবা থোংলেম্না লোইরং খোংনাং শাবিদুনা—কাওক্নামনানি কা হাইদুনা লাইরা চুদংনব। লমজা শরা মচাদা কোক হেক মপিবা। অদুগা খম্বা মামু মতিক মপা চাই চাদে ইখন খন্দনা পাক হেক ময়াবা। ঐগী নিংবা খুগাঙবা—ঐবু ইকাইহনবা পুম্নমকসিগী মরুদি খম্বনি—ওম্বতনা ঐগী য়েক্লবনি। মাবু মাংহনবা হোৎনবদা ঐগী তৌদবা য়াত্রবা ইথোতোবদা লৈপাক্লা নামদা লেপখ্রবমু ঐদি মাই লৈরমোই দবনি মসিদা নংমু ঐগী নিংবসি থুংহল্লরোইত্রা ?

নোংবান—অজ্ঞা ঐবু লোইবা লৈমাবা সনা পুক্লিংগী ফোরোই ইজিত্তা তাজিজরিবা ননাইনি—কুমজা খুদিংগী সনা খোগল—লৈ

লাংবদা—মুক্না-কাংজৈ লমজেল্দ নোংবান ইপা লৈরমদবা কুম-সিদি ইরাইবক খিবদা নত্তনা খম্বু কাওরম্ম মাংহনখ্রসম্ব খোরাংলুবা—মাণদ্রুম মনা কংখে চুম্নগী মনাডা নত্তনা—মাইবী থরাই ইরাই লাইবা মাংনবা মাবা মা মাথং ফিগ ও শানা মাজরি। ওসি মুংদাং অথেংবদা ইদাইনেম খোংলোই পুথা লোইনদুনা লাইমা মরঃন মাই পাংজগে খম্বাগী মাইবী লোক-রুমগে। মা মাথং পিবিয়ো—

চিংখুবা—নত্তিকনি ভন্নুম! মদুম্ব মকৈ অদুবু-ঐ রা হঙ্গগে ভাও অহিং ভাংলৌসৈনবা খেং নদাইনেম থরম্বুদ। নত্তনা ভগ মীকোক থম মাম্না শেনজ। থুমম্বা পিজদুনা খোইমাং খোরি কৈখেন্দা ভন্নুম নংবা লুচিংদুনা লৈয়ো ভগা অবিদা মাপুং সনা মাথং শানা থম্বা মরাখ মাইদা থামগা "লৈবাকী অরুবা রা ভাবনি নিংখৌ মচিন মমাও চামহৌর থুনা লাক্কবা মাদে" হাঙ্গহন্নু। মাবা লাকপদা মমাম চংলদুনা ফুদেক্কনা খম্বু। ঐনা মাজেই শামু মাইনা মকম অদু ভাম্না পুমক্লগা শামু মথোংবা উকুল শাবা লোইখৎহনগে। খোংদৈ থমা থুনা চৎলো খোং চানখিবনা হালহনবদি মাদে। লোইরবদি পাও থুনা হল্লোক্লোকো।

খোংবাব—নবাই চৎচরে অজা!

[ নোংবান থুরমদুনা চৎলে ]

চিংখুবা—ওসি খম্বগী অরোইবা মুমিৎনি। মানবু লৈত্রবদি—ইমোম লাথেন ঐনা হাঙ্গবা লোঙ্গদনা ইরি। থুরকী ঈনা লাই

শান্থবা য়াখল লৈবী ইচা কাওবা ইন্তাও তাওহনবগী মথা পিসি খোংলেন। মংগী থৌনা য়েংসি—নোংখোম। মগী লৌশিং—খংনসি—চিংথুবা ঐগী ইথুক্তগী কক্কহৈরো।—লাইর লমজা কমাগী মপান্না সি য়োরকই ? মখিবোং চানিংতাই লৈতব। লৈরিদ্রে—নথোই কনানা হন্না য়ে'বা ? মতম অহুনদি—ভয়ম—ভয়ুং নোংবান-নোংবান—ইচা ইচা ? হাঁ কোং-য়াখ। মরাই চাইথব মখুংতোগী মপান্দগী লমজা মরাই হা-ঈপৎপা—মথোই পুখা—অচানবা। শাজো নোংখাই খমু-খোন—তোমপাক—হাঁ—হাঁ—খওন—খওন চাবা—অক্ নখদা মখক্ক ওইনিংবা নংহই নথোইগী তুক্তচরবা মপুক্লিংদো চিংথুবা ঐগী খোংপাকনা বৈহৎলি · ওসি নথোইগীনি হাঙবা খমজরিবা খঙ্গা। য়াইবা ৎখরাই লৌরগা—ইরৌশিংনা ইথেয়া লৈবাক পুখ, কারগা নথোইস্থ মখং-মখং :—

*Light Off*

## তম্বুবা উৎপা

### লবী

[ নোংবান ১নুং মায়াম টং পায়রুনা ]

নোংবান—খোরি কৈথেল্দ ভবা ৩০ লুমহুনা লৈয়িব মকম অহু তাঙ্গা খমনু খেণহুনা পুগদবনি। কয়িভবা মাবা য়াদহুনা নিভাই শাংদানরবা মচুংদা ঐ মা লোঈদবা থমনগণি মতম অহুনা মাবা

মথক থংখুবা নখোঙ্গী চৈত্নুনা অমুক্তা থাবদা মকোক অহু কাঙ্গনবা ফুপদবনি। য়াম্না চেকশন্নো—সোঙ্গহুনা য়াগা খেংনরবদি নথরাই মাংজনি! থবক পূন্নমক নখোয়গী মপান্দনা পাংথোকদৌরিবনি। সোইদাক্তুনা ঐনা মথক থ'লিন্ডেদা ফুথরক্লবদি মাংলেহে। ম'সিমন্থ য়াম্না চেকশন্নু সোইনিকো—নখোই লম্বী নাক য়েঙ্গা লুমহুনা লৈরুয়ে চৎলো। মা ল.কপনা হান্দুনা উথুবদি ফত্তে—চৎলো।

[ মী শিং লুমগে ]

লাকপদি য়াইনা—লৈবাক নিংথোগীগী হাঙ্গরবদি য়াম্না কিজবা মীশকনি এঃ—লাক্লি ল'ক্লে—মথন্তা উশনরোই।

[ তম্থোক্তুনা হাইরং চত্নুনা লৈ। সৌরা চৈ পাঙ্গথুনা চংলকই ]

সৌরা—[ খোদেমই নোংবান তাশরদে ] ইত্তো শেলুংবা ফুদৌয়ে।

নোংবান—[ থংনা ] হা—কনানো? [ চেল্লি ]

সৌরা—হঁা—লিংজেনদি অয়ৌবিনিনা ইবুংঙোহল!

নোংবান—শৌরা নংগী তাওশন্নবসি থিৎ .তাক্লো ইবো! মিহুনকা পুমচেন চেনখৎখে।

সৌরা—থম্বা লাক্লগা মরাইনা থোদক্লরনি।

নোংবান—য়ারেম অমুক—ইবো নংসিদি—নংনা চৎলুববু কমদৌরগে?

সৌরা—ঐগী শরুক ফরে হানল্লনি। ইবোহনগী শরুক থম্বদি কদাই?

নোংবান—লাক্লিনহে ইবো।

সৌরা – থৌরাবদমিনে হৈবা—ঐনাকা সোইরবদি মীওইনকা তাংল-য়োইদবনি। ইবোহন নশানা সোইবিরবনিনা হয়েন য়াম্লোই শা পুরক্লগ থম্ব লাক্তুদি থৌবুনা শিনবিগদ্রা ?

নোংবান – ইয়া—হাঙ্গইহদেনহে ইবো ?

সৌরা—থম্বদি হাই হৈব ?

নোংবান—মাগুম্বা লমজাবুদে—

সৌরা হোইনে লমজানা মজা ইবেম্মগ থাংজিং হয়াওবদ জগোই শাবি -মবুংতোনা চেংলৌ পৈনা থাংবি ইমিৎমা শং শং উইনা

নোংবান তুঁমন লৈয়ুনে ইবো ! নংসিদি—অরুবা থবক অমা হেক থৌগৎলকপদা মনা—

সৌরা – ঐতোম্ব শাওবিনু ইবোহন থম্বদা শাওবিয়ু !

নোংবান—অতুগী দমক্ত মাগুম্ববুদি ওসি লোইথোকদৌরিবসিনে।

সৌরা—লোইথোক'স ইঙো সেলু'ব মুক্ক শাঙ্গে পেরুকচাবনা হেক মনম। লমজেল চেঁম্র পিতৎ পাতৎপমা শা হেক মপাইবা হয়াওবা য়াওক্লমনবা লাও থোংদুনা কণ হোৎনৈ লাঙ্গয়বনা ফিজোম্নুম পুমহেন মহেনখিবা সৌরা মিৎ নায়ে য়েংজনিংদ্রে।

নোংবান—ওসি অহিংসিদি নমিৎথিৎনা য়েংজরো—নোংবানা লমজাবু কয়া থিনা তৌবা

সৌরা—কাওরেল কাবদি তাহনগনুসি সেন্দুংবা !

নোংবান—সৌরা !

সৌরা—ইবোহন !

নোংবান – নংসিবু মীগী থোইদৌ শিকপা য়ুঁতাং নজ্রংদি হৈনদ্রবা ?

সৌরা—এঃ এঃ অ গোমদা খনবিগম্বু ইঙো অঙম্বা ! মজা ইবেম্মবু সোইহঞ্জনিংদবনা ইপু ইনাইত' ঙাইরিঙৈ নিংথিংজবা।

নোংবান—খম্বা লৈত্ৰংদি ঐ নঙন্না মজা ইবেম্মনা কনাবু ? হা সৌরা ! মীথোই মীহেমঙবু পান্দবী মুপীনি।

সৌরা—মত্রংদি চুমই ইঙো সেলুংবা ! মুপীতা নঙনা ত'ইবংমী পুম্বা মীথোঈ—মীহেনববু প'মদবা কলক্কবা ডাংই। খম্বনা নোং-বানবু হেল্লি লৈপাক পুম্বা থংই অদুম্বু ওন্নিদগীদি মা লৈবগোই ইঙো সেলুংবনা মহেল্লনি। মজাই'বম্মগী পুক্কিংদি—

নোংবান—ভুমিন লৈম্ব—নংম্ব লোৎলো লাক্লগালেহে—চৎলোনে

সৌরা—লোৎপদা মঙনা য়ুময়োজ'নংলে। [ চৎথে ]

[ খম্বা নিপা ১গ' চংলকই ]

খম্বা—ইভাও নত্রা ?—

'ইভাও সেলুংবা নত্র' !

নোংবান—ম;নি ঐনি। ঙাঈরম্মিবনি।

খম্বা—ইতাওবুম্ব ম্না য়াথং কৌরিত্রা।

নোংবান—কনাগী ম্না য়াথং।

খম্বা—লাইমিংথৌনা অরুবা লৈবাকী বা ভাননি হাইহুনা অম্বক থেংলবা অহিং অমিদা ঐবু কৌম্মি ; ইতাওম্বু মঙব চাদনা লৈরম্বসিদা—

নোংবান—হাঁ—হাঁ—খম্বা নংসিদি অঙাংদা অঙাং ?

খম্বা—করিবো নোংবান ?

নোংবান—অঙাং হাই হাঈহুবা শাওমিংত্র ? শাৎম্বু— নচেবোই

ঐখোই কুমপোক অমতনি। চুম্বতা চাম্বিবা মওংদা নিংথৌ ম্না য়াথং নত্তাও শাম্মৌ হাঙ্গৎবত্তনি। মশাবা হৌনবা থংলবদি অচাং মত্রে ত্তাইবুংঙো কৌদৌনি।

খম্বা—ঐনা চিংখ চি এনা পাকপগা মংগী য়াঙাং মত্তৌসিংগা—য়া কং পাংহেন হেম্লকমু নৈসহোরে ঐ সনা কোনুং য়োক্লখিগে।

[ চৎকেত্তৌবা ]

নোংবান—কিমু ও ইবো খম্বা! মংবু কমানম্থু কৌদে—ঐনা কৌবিবনি। [ নিপা চৎবে ]

খম্বা—নংনা?

নোংবান—উং ঐনা কৌবনি।

খম্বা—য়াম্বা অভম্বা! লাইনিংথৌগী মু য়াথংনি হাইবদাই?—হাই—

নোংবান—অমুক হংত্রবমু ঐনা হইরিসিনা ঐনা কৌহনবনি। নিপাসিগী মরান নত্তে।

খম্বা—নংদ করিগী?

নোংবান—হাঁ—ঐবো—? নং থংমত্রত্নুনা চিক্লা ত্তাকপিগে হাঙ্গৈত্নুনা থেংলবা অহিংসিদা কৌবনি। মুম্ন ত্তাও—মজা ইবেম্মবু নংবা নত্তিক নপা চাদন থনবা হৌমদে নেংবান ঐত্তোন্দা পিত্নুনা লোইরবা

খম্বা—হাঁ—হাঁ—নোংবান! মীচোপ! অহুগীগা কনবু মুংঙ ইহে হাঙ্গৈদোবা লোইজরত্রা?

নোংবান—ওসিদি নম্বা শেংলম্মু নত্রবদি

খম্বা—মত্রংদি করি?

নোংবান—মজাইদ্রেম্বগা নং—

খম্বা—তুমিন লৈহু ও'নিংদে য়ায়াম থুগনু নংনা করি পামন্থুন ঐবু অথেংবা ওহি সিদা কৌরিবা ?

নোংবান—নিংথিনা—কজন হাইবিবা নংনা ময়াত্রবদি—নংগী হাইবি নোংবান ঐগী ইথুত্তা—

খম্বা—নংগুম্বনা ? নংনা করিদা হেন্নুংণা ?

নোংবান—ঐনদি করিদা য়াত্তুন ?

খম্বা—কৈ-কৈ নোংমদা প্োকপনি নিনি শিবা য়াত্রা—করি পাম্নি হাইজোহে ? [ মকি শেমথি ]

নোংবান—হাঁ—হাঁ—হাঁ—ঙাঙ্গথো পংফিং ফিংথিম্নুনে। নংনা অচু-য়োরদি নশাগী অমাংবা নত্তনা ওকবা থোক্লরোই —হা নংগী নপুক্লিংদ থংগে তৌথনিদা হল্লো—হল্লো শাওহু মচেনা মুংশা থিরম্বনি চৎলো।

খম্বা—[ মকি লৌথোক্তুনা ] ওসিগীদি ওসি ওঙ্গৈয়ে মতুং মনাওদি করেম্রগুকো [ খম্বা হন্দুনা চৎপি নোংবান্না চোংশিন্দুনা কোয়গা মম্বা ওমদহুনা থম্বনা নমথে অনিনা লাক্ৰিইঙদা সৌয়া মকি পংশেমদা শেমই। ময়াম চোংথোকক্তুনা য়েংলগা খমবু ফুগ-দবগী চৈ থাজত্তুনালে লোঙ্গহুনা নোংবান্দ ফুথ য়াওরে। ]

নোংবান—ঐনি—লোঙ্গয়েন্নহে [ খম্বনা নমলকপদা ময়াম্না ফুথরে শান মাংহুনা লৈথে। নোংবান ফুক হৌগত্তুনা মশা কম্থোক্লাকে ময়াম্না খম্বা পূরে।

নোংবান—লমজা ! পিতং পাওৎপা। পেরুক্লা চউম্বা ! কমদৌই ? থংলেপনা লম ইহেন হেনবা শাম্রহুনা। নংগী কশা চোংথোক-

পিরকই। নোংবান ইতিক থংদশাই। মাখ থোই! মোইরাং খোরি কৈথেন ভাম্না চিংজম্মু।
খম্বু চিং নোংবান খেল্লা নোক্লা ইন পুরে।]

*Light Off*

# ৪শুবা উৎপা

## মোইরাং

## খোরি কৈথেন।

চিংখুবা [ হজং হন্দা চল্লুনা ]—ওসি অহিংবা থম্বা—হয়েং ইমুং ওানবগা ইমোম লাংলেন নোংবান মরানমাঙনা মঃমুং-খোংলেব নোংখোন মা কারল চললকসমু থংনিদো শরিসো।

[ নোংবান চংলক্লুন খুরমৈ কমদোয়ে তমুম অচানবা!

নোংবান—অজ্জা ননাই লমজা রৈথুদুনা পুন্নগা খমজবে সনা বাথংদা ওাঙবরি।

চিংখুবা — কয়া খিবা শোক্রে য় ওাংবদি ওমলিত্রা!

নোংবান—ওমখিনি অজ্জা! মনাও ইবুংত্তো

চিংখুবা—পুশরকও। [ নোংবান খুরমজুনা চৎখে ]

চিংখুবা—মানা তৌজবা মবান মানা কংজখনি ঙশিং থওঙদবা মনমদা নাত্নুনা ভোক্লেদো। হ় নোংবান। অচংবদি মৌনি। হাঙবগা তৌথোরকপগা চপ—মতোন্দা ইচা পিজনা কনাদমু লিথি।

[ নোংবান মংখা—খম্বগী থাং পুশল্লকই । ]

নোংবান  মনা নাক তানা পুশল্লু । খম্বা ! মনাও ইবুংঙো লেংঙকই ।

খম্বা—ননাই ঐ কনা হন্না য়েংবা উত্রব সনা মংগুম্না মাংদা লেপ্লিরবা লমজাদা খুরমজবা ওইরক্রে—ননাইবু য়াম্বো'বগু অঙ্গ ! য়াদেন অচুব য়েনবিয়ু লাক্কদবা নন ইনি ।

চিংখুবা—নংখাই চৎলো । মম চেকপল্লুহে । [ চৎখ্রে ]

খম্বা নংগী অচুম অমন খিনবা মতম লৈতে । ঐ না হাইগে নগী 'হোই মাই" ত্তা থগে ঙাঙ্গীরবান ।

খম্বা—মমা য়াথং তাকপাসি ?

চিংখুবা—নংন ইমে ম লাংলেন থোইবীনা শিংলিবা য়াথন থাদোক-তুনা লাক্লে হাঙ্গীনা ঐহোন্দা হাঙ্গজো ।

খম্বা—তাকপিবা মমা য়াথংসিনদি ননা হনা খজ্জরবগা পুমওন ওরগে —লৈবাক অমগী মপু ওইনা লেংবিরকপা নওবা অহোম নোংবান পয়োদা তোংক্লনা লৈবরবা ?

চিংখুবা—নংগা য়াপানগ লাকপা নতে । নখয়াই কনবিগে ঐহক্কা লাক্লে হাঙ্গজো ।

খম্বা—মনাও ইবুংঙো ! অহানবা থংজদবনা চংজখিবা থয়াই পাম্মুন্না হাঙ্গজবা নত্তে । পাজল লৈত্রবস্থু ইশানা য়াম্ব—য়াথোক্লবা অচুম্বদা অমম্ম হেক্কা চাং য়েংনসি নখোইনা ওমলে হাৎচখো ।

চিংখুবা—নংগী য়াম্বাম তানি য়ে । ঐনা হাঙ্গীরিবসি ইনগেম্বা ইঙ্গোইরা ?

খম্বা—কমি হাঙ্গীরিবা ?

চিংখুবা—থোইবীগী য়াথং থ'দোকউ ঐহোক্না লাক্লে হাঙ্গৌ। নোংবান্দা নৌশানা কৎলৌ। নক্রবদি—

থম্বা—হাঁ— নচা য়ারকপা চমত্রগ মীচ'পা তাইনমু। কৎচনিংউবা নোংবান অদো ময়াইবক্তা খোংপ ক্লা ক'ওরি।

নোংবান—করি লমজা! [থম্বনা কাওজনা] থংত্রা? হৌনথ দবা!

চিংখুবা—হজ্ঞা! থ.ঙোঙ্গ শামু য়াইনা পুশল্লকও। নেৎলৎহল্লরো লমজাসে।

থম্বা—হয়ানবনা! মসিনা নখে ঙীগী অকন্ অথোগী থৌনা হাঁ—হাঁ হাঁ— [শ'মু থৌজল্লকই]

হে চিংগু থা খিং! নন হু ল'হৈবক্ থিবনা টশাগীদমক য়াত্রনা ঐবু কনবিনবদি হাঙ্গজরোই—ইয়াঙ্গবক্তনি! ময়াইবক থিরবী! পদেম শক্লবী! ইচেম অংতং কলক-থেংথি ময়ক্তা মতু শোয়া কনা উদনা মদোম লৈহৌরবী! ইচিন টপা মকুনা তাইব'দ' কনা লৈজত্রবী! ননাইনা লৈত্রবা তুংদা চিংগু লাইও লাইনিংথৌ ইচেম্বু থৌজানবিয়ুকো।

চিংখুবা—হজবা! লমঙ্গাগী মনাক্তা শামু থৌজল্লকই। থিল্লেনে।

হজব—অজ্ঞ! মনাও ইবু'ঙো শামু চৎলু য়াত্রে।

চিংখুবা—কাটি থাও। শিঙ্গমু থোং তানবনা হানখুবি।

হজবা—অজ্ঞা! শামু য়াখিত্রে। সিদগী পংহেন্ হেজানগুর দি—ঐখোইদক্সম ওনশল্লক্কুনা কতবা থেকত্রা চিংনজরে অজ্ঞা!

চিংখুবা—অত্তদি নোংবান।

নোংবান—স্না য়াথং তাকপিসি?

চিংখুবা—শামুগী খুম্বংদা থৌরি লিতোন্ চেংবা কিরগা—মোইরাং থোরি কৈথেনাস খুংনা মুঙাই চেগাঙৗ মরক্তা থরা কোইচিং চিংহন্নগা লমজা মথরাই পৌবো।

নোংবান—অক্তা স্না য়াথং।

[ নোংবান কিগে তোই ]

হুন্নবা—তাঙ্গৈখো সেনুংবা। ঐ কিগে থবদা কিরিবাসিন্ন মকি লাক্লে থৌরিগা লৈবাকা তক্লহুনতা তেংক্লনি—মশা শোকপা কিন্ননি।

[ হন্নবনা থবা শোক্তনবা কিবি ]

চিংখুবা—লাও নোংবান। ব্রা হাঙৈগে।

[ চিংখুবা নোংবান লোয়া নাপচিন্না তাংনরগা থোকখি। ]

হন্নবা—ইবুঙোতোন! ইপুনা থৌরি কিবদা য়েক্ল-মাংদনা কজনবা নোংতান্‌কাওদ থাংবা য়ানবা হোৎনগে থারোম্নুকো।

[ থন্বদা থোং নেৎনা কিরগা শামু মথোংদা লিতোন কিরে। ]

চিংখুবা—অহুনি হন্নবা কিবতদা মথরাই মাংনবা মকি—

হন্নবা—লোঙৈজরে মনাও ইবুংঙো।

চিংখুবা—শামু কাটি থামো চিংহল্লো—

[ তপ্পা তপ্পা চিংখি ]

তপমন্নি থরা খুগৎলু।

থরা—চৎচরেগেকো ইচেম ইবেম্মা! নোংমতা ইচেমগী য়াথং য়াওজনা চৎপা তমজদবা। তসি লাইবক থিরবা নপাগী অরোইবা মতমসিদদি ইচেমগী য়াথং কংজদনা—অক মুংতাইতগী তাঙৈ-বংসে থাদোক্তুনা চৎচয়ে—লাইবক থিরবা নপানা তাকচবা

ওমজ্ঞরমন্ত্রে ম্বায়োগদুকো পংগম শক্লবী ইমা !—ম্বায়েদকো—
ই—মা—

চিংখুবা—কো—নচেন্থ কো তারমনি ! তাতুনমু কৈদৌনি নচেদ নম্ভনা মোইরাং অকন অখৌ কমানো নংবু কমগে চোংখোরকসমু ইখুগুা থাংলেন পাঙ্গৈডুনা লালু চোমাই লৌগে। কমদৌই নোংবান !

নোংবান—পেঙ্গরে—মুংঙাঙ্গরে অজ্ঞা !

চিং খুবা—অচানবা ন'নং থু'লেদো লমনশিংগে—মুংঙাইরে খেক্লা নোবদো ! আ—হাঁ—হাঁ—হাঁ—

[ চিংখুবা নোংবান খেক্লা নোকখি। ]

*"Light Off"*

# ৫শুবা উংপা

## লমহং

## পাম্বোইবি ঙ্গশৈ

হা—পাম্বি থম্বাই ৫মক্ মীগা থাবা ৬মক্ !
থম্বাই তোই তোই কৌগেনে
মীরেন কু কু কৌগেনে
থম্বাই হাখোইনকরোই মীরেন হামচংনকরোই
থম্বাই নংবু ম্বানিংদবম্বা

মীরেন নংবা ভুংশিংকখবা
খরাই কোলোই পাওশেংনা মীরেন হিচুং
কৈরাট হিলাং তোইকরোট, পোক্লবা মতে ন্
চোংনলম্ অচিকপনা কংদবা, অশাবনা
য়োঁদবা, অমুক শিল্ল' তাক্লবা মুংখিল শিল্লা
কংদবা—অপাম্বা খোইদা—
শুরুগী মা কাগোকলুং
মা কোনগা চম্লগে,
লুপা কোনগা তাইরগে
মহাক মথুম চেংনা
লেংদা য়ানে হল্লকও !।

## ওশুবা উৎপা

### "কা"

খোইবী নিংথিবা কমুংদভুমজি
সেনু কম্মাংদ ভুমলি
পাম্মোইবী য়াকাই ঙৈশৈং—
হায় ইথোইনৌ চায়বী—
মুংশি য়াথন মোনথাংনা
কেংলৌ তাম্মোঙনা চেপলিবী !

নখংলেন খ্রাঙ্গা পাঙ্গুবা
শায়ু খোংদা য়েৎ
লাঙোই খোংদা পূরেলো।
খোইরাং খোরি কৈথেন্দা
চেপনা তারে চেপনাচিং
লোংবা তারে লোংনাচিং
ইঙাং পাক্তকন
ইমু পামকেন
শিবা মথাক নিরু খাংহৌরে।
হা—থামম চন্নু শায়োনবী
নোংদোন খেৎনা য়াংখোইবী
লাঙোল ফিরুক হাংবিগে।।

খোইবী—[ কপ্পা ফিংনা হৌগত্তুনা ] সেন্নু।
সেন্নু—[ ফিংনা হৌগত্তুনা ] ইবেম্মা।
খোইবী—[ ঙক্লা ] মংলান—ইস—
[ হক্সা হিপ্লথে ]
সেন্নু—সুংশি মংলাক্লা কৈথো—
[ হক্সা হিপথে ]

পাহোইবা ঈশৈঃ—

হমা তুমথুন তায়নু
নপাবুং লোংবান শয়োনা
পাম্বু য়াইবী মাংলবি।

ইনুং সোরা তৈত্রিরৈ
মুংশি থরাই করবা
নখো নগুল উংচরো !!

খোইবী—[ কপ্লা ফুক হৌগংনা ] সেনু কদৌরি ?

সেনু—[ ফুক হোগৎনা ] বনাই তুমজন্ত্রি।

খোইবী—[ কপ্লা ] মংলান ওইত্রে সেনু ত ঈবংনি।

ঙাংনা-খ্বাংচেৎ মতিপাংনা মোন.খানগী ছু রি লোথোক্নুনা পাঙ্গথি।

সেনু—কদৌরবগে ইবেশ্মা ?

খোইবী—রারিনবা মতম মত্রে—

তেংথারুবনা ওইরারাই—

নং পাবুং লৈত্রা য়েংলগা

মেঃইরাং খোরি কৈথেন পাংলকলউ চৎলে সেনু

[ চেনখে ]

সেনু—মংলাননা ভাইবং কাওখে-করমনো- কিংনা পাবুংবু চেপত্রনে

[ চংখে ]

„Light Off„

# ৭সুবা উৎপা

'লক্ষ্মী'

[ থোইবী থুনা চেল্লকপা লেপ্তুনা তামনা য়েংলগা ]—

হ্ঁম —অমিংবা পুক্নিং হাওনথত্রা-পাবুংদং য়েংলক্লবদি- সেনুত্রু—
ওাকথক্রেদা ইনুংমা য়াগৈবী পুজাত্রবা কনা ? শুক্লা মমলবা অহি না ভাঁমনা য়েংজবা থনক্রে। নামি হৰা মালংনম্ন পান্মু মপাও পিবিদা মুংশি থোঙ্জুন লিঙ্খত্রে-লমদম কদোম পাংলগা গানজ চেংলৌ উৱনি ? [ সেন্ন হাথু চংলকই ]

| | |
|---|---|
| সেনু। ইবেম্মা ! <br> থোইবী সেনু | ( মতম অমতদা চপ মান্না ) |

থোইবী – কৈত্র ?

সেনু —পাবুং লৈতে ইবেম্মা !

থোইবী [ মুংশাথিনা ] সেনু সোইত্রে মংনক্রে থোয়্ম লাইগী সোই-কত্রগা য়ারানি। মোইরাং থোক্নি কৈথেন থুংনা মানজা থোঙ্জুন-লিরগে। সেনু নংনা [ কপ্তুনা ] লাইরা মরানয়াই পাংলো— ইমান মচা পান্মুবনা মচেম মাক্তা লৈরমত্রবা লাইরবী থুক্নেং পান্নাইনা মডুনিংথৌ থোঙ্জুন লিহল্লকউ। ঙসি কোরৌ নোং-জাসে—মুজাগী অয়োইবা মুমিৎনি অকি-অথং লৈকত্রে থো লৈ থুরো সেনু ! ঐ চৎলে—

( থুনা চৎলে )

সেনু—করিনো ঙসি মতৌসিবো মথোং অমতা থংদনবৈ মংলা মংনত্তা ভাইবংলা ভাইবং নত্তা

[ মশা য়েংদুনা ] — ঐ সিবু—মংলা ? মন্থনা মমলিবা মকম মরাং খংদবা প'চে দা চেনবদা হংলবা অহিংসিনা হুমাং তানবে রারে মংকা ওইরমদুনা কমুংদা মিকপ খোক্রক্রবাদি মুংঙাঈনুলিদা শরিসো। মং ওইগে ওঈজো তাঈবং ওঈরোই তোকউ সেমু ইথোদি তোককদে।

[ থুনা চংখে ]

*Light Off*

# ৮শুবা উৎপা
## "মোইরাং খোরি কৈথেন'

চিদাঈবা ঈনা মশক খংত্রবা খম্বা উতুপ তাবগুম লৈ। শামুনা ঊনানা হুমাই হুম্বীরি। নোংবান মনাক্তা বা তান্নবা লৈ চিংথুবা হুম্ফহুন্দা চংলি।

খম্বা—[ মিরবা খোননা ] ই—শিং—খি.ম্ব—দি—ই.শিং.... ....পি বি—মুবা—

চিংথুবা—কবি হাঈরিনো অচানবা!

নোংবান—অঙ্গা বনাইসি শিরসি কাওদা হান্নগী মপুক্লিংদু ইহোং হোংত্রি তংপা লৈতে। খম্বা নংবু ইশিং থকনিংত্রা ? থকনিং-লবদি— [ নোংবান ইশিং খুজোক্লা লোক্করগা ]

খম্বা য়েংউ ঈশিং পুরক্লে—ঐ থকে নমিৎতু পেন্না য়েংউ।

[ নোংবান ইশিং থক্লগা ]

বং হাওরে—ইংরে ঃ আঁ—হাঁ—হাঁ—নংগী শরুক্লা ইশিং সে

[ মচিন্দা মখোংনা নৈখি ]

হাওরো—ইংদো—পেল্লে লমজা হাঁ—হাঁ—হাঁ—

চিংখুবা—ওাল্লদে অচানবা ! মেংউ—চিংলেন মার্জিং থাংতপতা শঙ্কিক চুমল্লাহ কালকে লোক্লাক হয়াল কাওরক্লে মী উবিবনা হাল্লন লাল্লোই শামু মখোংদা লমজা থাংজন্দুনা লেৎথৎহল্লগা ম্নাহবী মথল্লাহ পোল্লো লোক্লাক ইমুংবুংদা লংখখ্‌সি ।

নোংবান—অল্ল ম্ন ম্নাথং ! [ নোংবাম্না থম্বু চিংশল্লি ]

খোইবী—[ মগুংদগী ] ইবুংঙো ! লমদম কদোমদা নৈদ্রিবগে, লাইবক থিবী খোহদৌনা মুংশি খোম্লুল লিকল্লক্লৈ ।

চিংখুবা—ইমোম লাংলেম নল্লনহে নোংবান ?

নোংবান—অজ্ঞা মক্লাইবেম্মা খোনবি সোইরোই ।

চিংখুবা—কমদৌনা থংলিবনো—কমদৌসিগে ? লাকপনা হাল্লনহে ।

নোংবান—লেংঙকসনু কদোগে ? ঐখোঙ্গী নৈকমসি খংল্লথানে—কোশল্লগে হাঙ্গবু—

চিংখুবা—হাই মাঙ্গখাবাসিদে অকবা থোকনি নিংল্লা ঃ লাক্লেনহে নংবা থোকপা ভোহৌরো ঐ চৎলে । [ য়েংমা থুনা চৎখে ]

খোইবী—মগুংদগী ম্নানবা নোংবান নৈমম্মু থংনিদো !

নোংবান—আ—আ—আ চৈবা কাওবা হেক মুংশিদা । মংবু লৌকনা ভোকনি হাঙ্গয়ো হাঁ—হা—ইবেম্মা !—কমদৌনা লেংঙকবনো ?

থোইবী—( ছুরি চেৎনা পাইদুনা মা ঙাংবা থোকক্তনা শাওদুনা নোংবান্দ খানা য়েংনা চংলকই )

নমাই লৈগম্বদো—নংনা ঙমলে ঐবুস্ত হাংলো ঐনা ঙমলে নংবুস্ত ইম্বুকিরাক খাইদনা সুংশিগী লমনশিংলগে।

[ নোংবানস্থ কিনা য়াম্না চেকশনা ভুংহনা হন্দোক্লগা তান য়েংনা চেনখে, থোইবীনা তান্না ছুরি অমা লংখে। হঙ্গবা চংলক্তনা খম্ববুশেন্নখি। থোইবী লৈশন্নক্তনা খম্বগী মনাক্তা চংশন্নগা য়েংনা য়েংনা য়াম্বখে।

খম্বা—[ মসুংদগী ] ইহুনিংবো ! ইচেম্ লাক্লে ইপাবু কনা লৈতে লাকচত্রা নচেম লৈরি কিগনো।

শারুংহনবা—আঃ—চিঙ্ খাংজিং ইবুংঙো ! ঙসিগী থোদোকসিবু উবিদ্রব ? লাইবকথিবা মনাইবু করি মরান্দগী মৈসুংসিদা লংশনবিরিবা ?

খম্বা—[ সেম্বুগা চেংশন্নক্তনা ] কদাই ইহুনিংথোদে ?

( খম্বা খম্ববু মুন্না য়েংখি সেম্ব থোইবীবু সেন্নখি )

সিন্না—লাঙ্গৈরবীগী মপা লাঙ্গৈরবদো। হাঁ—হাঁ—হা—

শাওনা—চিঙ্ লাইয়ো মীনম্বা ! থোম্বুম লাইয়ো লোনম্বা ! লাইরবীগী কিজিদা চেৎনা-লুনা কিদুনা লোৎচবা য়াইবী থৱাদগী হেন্না চেকশন্না খম্জবা ইচেমগী তাংলবা মনিদি ঙসি মোইরাং খোরি কৈথেনগী মুংগাঙ্গ-চেগাই মরকসিদা থিবা খংদনা মাংহনখিরে ?

[ তাওদুনা ]—হম্ মসিদি লাঙ্গৈরবী খম্বুগী মপা মত্তে থাজদগী হেন্না কজবা ইহুনিংথোগী চেংলোনা ইতাং পাকতকনা ইমু পানকেন্না

নিংঙাইদনা মচেমবু হন্না য়েংদবা—নত্তে—
হাঁ—হাঁ  হাঁ—নত্তে নত্তে।

[ কপ্পা ]—মীৎ! মং কন্নিগীবো তঃনা তরং লাইজ ইন্না হৌরিবা?
পিশক পিক্লা মীয়োম খংলক্ত্তেদগী পলেম-পল্লৌ কাঙ্গৈনা মৈ-
চাক খাংবদা কপ্নুনতা লেপক্লবদা লোইঙ্ক্রিত্র?—মিৎপেন্না
ইত্তনিংথৌগী মতৌ য়েংজহনা কনাদম্ব থেংচদা ইচিন-ইপ্নানা
লাইরা তোপ তোপ পাঞ্জবা ওসি অমুক নৌহৌনা লাঙ্গৈল
ইহৌনববু ইত্তনিংথৌ কাঙ্গৈনা মৈচাক্লা?
উম্—ইপ্নাদি স্না কোপ্নুং পাংথিবনি ইত্তনিংথৌ খোঙ্গুল লিহৌগে।

[ চৎলি—হঞ্জবনা ফাদুনা ]

হঞ্জবা—লাইবক চাওবী। নচনিংথৌসে চিংঙু থাংজিংনা খৌজান-
থিন্নবদি হিংবা য়ানা লৈরি সুংশাথিনু ইবেম্মা।
খম্নু—কনা হিংবা? ইত্তনিংথৌবো? কদাই লাঙ্গৈরবীগী—লাঙ্গৈরবা
মথাঙ্গবক থিরবা ইপ্নাবে?
হঞ্জবা—ইঃবেম্মা য়ারুহনা কানঃত্র। লায়েনবা থুনা য়ুথদা পুরবা
খৌন্নাংসি লাকও।

( হঞ্জবনা পুশল্লি। খম্নু মপ্নাবু মুন্না য়েংলগা— )

খম্নু—ইত্তনিংথৌ! ইচেম লাক্লে হৌগৎলো নচেমগী সমুনমদা
পোমগে। লাইর ইন্নানম্নাই পাংলসে—ইবুংঙো—ইচেমদি মাং-
লেদো [ য়াম্নথে ]
থোইবী—[ তপনা তপনা হৌগৎতুনা ]

খুন্দুনা মিস্ন ভাম্বা লুয়োকচিং
য়োয়বক্তনে লুংশিবা
লোঙ্গৈবাই চিংগী চিংয়াংদা
য়াংঙেম মিকুপ মরুমদং
তাঙ্গৈবিরম্মখোনে নরাওবু ॥

[ চুরিনাংথবাক্তা খিদংগে ভৌবা সেন্নু হন্নবা থামজুনা ]

অনিনা — ইবেম্মা !

"*Liht Off*"

# ৯শুবা উৎপা

## "কংলা"

শিংথোগী ভাংমল ১স্নং অঙম অখোঁসিংগী কথকম।

আলথুং য়ৈবা মথোল ১স্নং চাওবা থোক্কনা—

চাওবা — মোইরাং মচা উশিত্তনা ভোংগ্দা য়ায়েল কাচি লৈক্তবদোবা
ওম্মিদো চাওরিদো মহাঙ্গৈদনা মীবু মাংহনগে হেকমক থোকাংবা।
অচুম অয়াল খিদনা শিংবকপাগা মখাতনী য়েং মীনা মীবু কাঞ্জনা
অঙম অঙম লৈহৎনবদি মোইরাং লৈবাকসিদি শাদগী হেন্না
তোনবা পান্নোবোনা। সিয়াং! খোংথোল এবা মোইরাংদা
হিংলিসিদি অয়েম্বা? পুংতাঙ্গৈদা — চিংখুবা। ময়াকনা শিংথো-
ঙৈগি লৈবাক মীয়াম মথোইশিংনি কবাক্তা কৈদোঙমনগে শিঙ্গি-
দো — হাং—হাং—হাং থোকখোকে ( চিংখুবা শাওনা চংলকই )

চিংখুবা—ইপুদরা ?

নোংথোল—এঃ মনাও ইবুংঙো । [ খুরমখা ] লেংখনবিসি ।

চিংখুবা—ঐদি কনা কনাগা হায়িনদুনা হৌরাও মথোঙ্‌ কাবিথোক্‌ থম্বালরে । কনা য়াওদা ।

নোংথোল—কনাহাক্ষিবু য়াম্বোল নিংথৌনা ভাবিরম্মবদি লোক্‌রে, মী ভানবা ভাইঔমদবনা ভাংবা হৌজরমম্মবনি কমকম লাংদা লেংশন্দা—লেংশনবিসি মনাও ইবুংঙো !

চিংখুবা—ঐকমগে লাকপা নত্তে ইপু ! শা লাল করম্বগী কংলা পুংজাও থিনবা ? নত্তদুনা লমহেন ভুহেনবা কশাব মথুং য়া-ওদুনা য়েবগে মতিক থোকপা চৈরাক পিগে লাকচবনি ।

[ চাওবা মকমদা কমদুনা ]

নোংথোল—পিনিংঙাক্ষিনি মথংথনবা । লৈবাকী ওইবা থবক্তা য়রাক্‌ লেপ্পবা অতোক্‌ অকাক্‌ য়া মিংরোং ভাশনবিবা থাগংচরি । ননাইশিং কনানা য়েবা নত্তে । নপু ইথুং মরূা য়েজবা কংলা পুংজাওনি।

চিংখুবা—করম শা লালগী ইপু ?

নোংথোল—য়াম্বোল নিংথৌ ! শা লালদগী হেনবা অরুবা য়াথোক অমা ওসি অয়ুক কংলা য়ায়েলশংদা য়াকংলরে ।

চিংখুবা—শা লাল নত্রবদি কংলা পুংজাও থিন্নবম্ম ভপনা থরবা ময়াই ইপুম্ম অহলথংদা কিংমজ্রদো ।

নোংথোল—মনাও ইবুংঙোম্ম লৈবাক কনা কংলা থুংত্রিবৈ ভকিং ভকিং য়া থোংলোংলকপদি মরদু থংবিররা ? কিংমজ্রদো ।

চিংখুবা—করেম্বরেনা নোংথোল ? চিংখুবা ঐতোন্দা নংগুম্বনমু পাম্ররি ? মা—মাগুম্বনা -

নোংথোল—এঃ এঃ য়াঙ্গোল নি থো ! নং মা হেক্তা তাকপিরেনা

চিংখুবা— নংবু দি নং হায়দবদি কারি হাঙ্গৈনি ?

নোংথোল—হাঙ্গৈবিয়ু-হাঙ্গৈবিয়ু—"হৱানবা নকোক তৌ হৌরে"

চিংখুবা—করি ফুবালা মচা ! নংগুম্বা কৈ মচানদি থোগললোল থংবা হৌনব্রা ?

নোংথোল—হাঁ—হাঁ—হাঁ—সুংচাঙ্গৈদা য়াঙ্গোল নিংথৌ ননমদা চেং নম্বোনবগী তঙ্গলবা কৈ মচানা থোনবীবা চরৈ নমথাং থোন্দুনা মাইরোংয়ানা য়া ঙাংবিরিবা তাংলা ম য়দু খুম্বিনিংব্রা ?

চিংখুবা – হে হে চিম্থিবা হনুবা !

নোংথোল—এঃ মনাও ইবুংঙো ! চিনমু—

চিংখুবা—নচিন্দ নত্তে চিংখুবা ঐগী মাং মক্তদা ওঙ্গৈদবা ঙাংতুনা লৈবাক লাংনবা শিন্নবগী চৈরাক—য়াম্লিবা থাংসি লৈতেংগীনি থনব্রা !

নোংথোল - তেলহৈবা ! লৈনবা য়াদেদো—[ থাং শংপা ]

চিংখুবা— লংহেনবা শারেদা কৈ কৈ—[ থাং শংপা ]

[ নিংথৌ চেলশঙ্কনা ]

নিংথৌ—তপথখো ইপু নোংথোল ! শানৌত্তোম্না য়াঙাং কাম্বনচনবা লৈরবমু নিংথৌ ঐবু য়েংবিতুনা চনিং তানা পাওমেম্বখিসি ।

নোংথোল— লাইনিংথৌ ! ঐবু লোইবা লৈমাবা, মোইরাং নিংথৌ পুম্বিংলাই য়োম্লবা কাদা ঙাকপিনি লাম্লবা কাদা কনবিনিঙ্গো ইনিংথৌ ! [ খুরম্বা ]

নিংথৌ—শানৌতোন! করিগী অদুক কিংবগে? হুদ্রিক কাওবা নথুব্বা খুৎসু থাং ঃ

[ চিংখুবা থাং হাপচল্লি নোংথোলনু হাপচল্লি।

ইপু কমকম লা'দ কল্লুসি।

[ নিংথৌ ১স্কুং মরাম কমই ]

নিংথৌ - ইপু ওসিগী থৌদোকশিংসিবু করিগী নো?

নোংথোল—মপু ইবুংঙো। ননাইনা কংলা পুংজাও থিন্ন' লৈবাক পাওজেনবা মনাও ইবুংঙো। ব্রাজোল নিংথৌনা ননাইবু খর ব্রারৌমাগ্রে?

নিংথৌ—করিগীনো শানৌতোন? শা লালগী অমদি লৈবাকী মাংগদব' অথুবা থৌদোক লৈরবদি নোংথোলকম্না খুদক্কা পাওজেনগনি খংলবা শানৌতোন্না ব্রারৌবদি করি মরমগী ঃ

চিংখুবা—অক্তা! মরমদুদি ননাইদি থোক্টনবু ব্রারৌজগ্রে। ওসি ইপু নোংথোলন, ননাই ঐনা সেংলিবা চরৈ কি ইপুনা থোনবিবনি—

নিংথৌ—হাঁ—হাঁ—হাঁ—ইপুনা থোনবিবনি হাক্টরে অদুনা মুংঙাইওদুনা নক্তদো অদুবা হাক্টরগা করিগী শাওক্ররি শানৌতোন! মমাংঙৈ কবোগা মোইরাংগা খৎনরবদা ইপুগী মরৌশিংঙরা শা লাল থোকহন্দনা কবোবু মুগীলং মুগালং হিবোৎ ভরেৎ কুমজ' খুদিংগী লোইপোৎ হাহল্লিবাসিনি। অদুনা শানৌতোনগীদা নত্তনা নিংথৌ ঐ'ঙাক্সগী চিংক্কনা লৈবাকে অঙম অবোগী কাওবা ঈপুনা থোনবনি হাক্টবদা লাক্সেনা শানৌতোন।

চিংখুবা—অক্তা! ননাই ঐ ওসিদুদি স্না থৌগল—

[ খুরম্বা ]

নিংথৌ—শাবৌতোন ! মাওদা য়াবা হাকমনিস্থু থংবি লৈবাকী পাওজেলগী মরোলদি থংলব্রা ।

চিংখুবা—ননাই থংজরি

নিংথৌ—কমকমলাংদা কমথো ।

চিংখুবা—অঙ্গা [ হয়া কমই ]

[কৈরোইজাখা, কিংমা চংলক্কুনা খুমখগা ]

কৈ.—ত্রৈবু লোইবা লৈবাবা ! মপু ইকুংজো । ম্না খুমথাদা য়ারম থরদা হয়ংচগে ম্না মোংদখিস্থু ইমিংথৌ ।

নিংথৌ—করি অথুবা য়াকমনো শেনুংবা ! ইপু নোংথোন ।

নোংথোন—ম্ন নোংদখিসি !

নিংথৌ—লৈবাক পাওজেল্লা কমদৌবা ? সেনুংবনা হাইদৌরিবসিদা হাকলব্রা ?

নোংথোন—মনাইগী সিনা হয়ংচখিসন্থু ননাইগী য়াকথ অগৌবাসিদি অওহন্থু কায়কপা মুত্রি ইনিংথৌ ।

নিংথৌ—করিনিনা সেনুংবা ?

কৈঃ—ইনিংথৌ । ওসি অহিং তাংলো লৈনা থেংবদা মপু ইবুংঙোগী শামু য়াইশা পুথোক্কুনা মোঙ্গয়াং থোরি কৈথেল্দা ননাই খুমন মচা থম্বু শামু থোংদা য়েৎ লাখোঙ্গ থোংদা পুন য়াইবী মাওমবা থৌয়াংলম্মে ইনিংথৌ ।

নিংথৌ—ইদাইবেম থম্বো ? ঐগী শামু য়াঙ্গশনা ? সেনুংবা কনা কনানলো থংহৌরব্রা ?

কৈঃ—ননাই শামুহঙবনা হাঙ্গৈবদি অঙোব লোংবান কোংম্নাম্নগা মনাও ইবুংঙোগা।

চিংখুবা—করি কৈরোঙ্গৈজাব্বা ? [ ফুক হৌগতুনা ] নপা মচা তান-দুনা ঐবু মাংনবা শিল্লিত্র ?

নিংথৌ—শানৌভোন !

[ নিংথৌ থানা লেংবা চিংখুবা কম্বা ]

চিংখুবা—লৈভোল্বা শরুপান্দে—ঙাংনিংই শকনিংই হাঙ্গৈদনা—

নিংথৌ—কৈরোঙ্গৈজাব্বা। ম্নাইবী মাংলে ?

কৈঃ—ম্নাইবী মক্তি মাংত্রি ইনিংথৌ ?

নিংথৌ—অদুদি কবুই শলাং কৌরু থিল্লে।

কৈঃ—লৌরাংজরে ইনিংথৌ।

নিংথৌ—ইপু ! ইপুনা কংলা পুংজাও য়ৈনা পাওজেনবা শা লাল-গীমক মত্রবদি কোম্না থম্নসি। ম্নাকমসি হান্ননা ম্নায়েলথিসি।

নোংথোল—ইনিংথৌ ! মনাইনা হঙ্গৎচগে হোৎনজরব্বা ম্নাকমগদি ননাই কৈরোইজাব্বগা হঙ্গৎলরিবা সিগা অমত্তা ওঙ্গৈবা ম্নাকম ওঙ্গৈরে। লাঙ্গৈনিংথৌ মোইরাং লৈবাক পাললৈত্রে অতম অতম শেত্তুনা চানদৌরে ইনিংথৌ ! ম্নায়েলবদি লাইবু লাইরি ইনিংথৌ মচাগী ক্বা থোকপনা লোংলেন লাম্নোঙ্গৈতাব্বা মপারি মংশৎতান হুয়েল লান্দারক্লনি সিদগী হেম্না কনবা শা-লাল কত্নব্বা অমা লৈগবা—ননাইদি ম্নাথল লংজিন পুল্লে। মোইরাং লৈবাক মাংদনথা লৈবাক ম্নাওনা ম্না নোংদর্ম্বিনবা নামঙ্গৈনা কংলা পুংজাও য়েজবনি ঈনিংথৌ।

নিংথৌ—ইপু। লৌশিং চাওবা ইপুনা মুম তৌসি হাঙ্গনা লংলা লংজিন পুথোকপিদনদি ইপু খোংলেনগী মথুত্তগী লিংথোকপা গুমগদবদি মোইরাংদা মরু হুনজিনা ইপু! লৈবাক মাংবনা হানথুনি। পম্বদনা করম তৌহৌসিগে থৌরাংবিরো ইপু!

নোংথোন—মসিদা অদুক—মায়োক্লবা গুমগদবদি—মনাও ইবুংঙো মথংথনবনা চোংথোকপিদুনা থাংগা থাংগা মায়োক্লবিগেরা রাগা রাগা থেংনবিগেরা—সি নত্তনা ৱাথলনা লাম্বা অতৈ কংজ্রে।

নিংথৌ—করি রানো ইপু! রায়ৌ পুক্লৌনা পাঙ্গমা মুংদা কিশিনবিরমু। নিংথৌ ইচিন ইনাওবু মুংশিবিজবমু। লৈবাকপু য়েংবিদুনা ইপুনা শেম্বা লৈবাক্কি লৈবাক মাংদনবা থুনা থৌরাংবিরো।

নোংথোল—মসা য়াথং অদু য়ৌনা ভাকপিরবদি থোইমুম লাঙ্গগী নোংদম য়েংলসি ইনিংথৌ—ননাই থম্বগী মচেম থমনুবু অদুক হাঙ্গহন্দুনা য়েংনগদবা মঙাঙ্গরে—

নিংথৌ—অদুদি থমনুবু হৌজিকমক কৌহল্লুরো ইপু।

কৈং—ননাইদি উত্রামাংদা মোপ্পা লাঙ্গকমদুনা লৈজরি ইনিংথৌ!

নিংথৌ—অদুদি ইপু নোংথোল! ইদাইরম থম্বা য়েংবা ওইনা থমনু উনরুরসি।

নোংথোল—ইনিংথৌ!

[ মন্নাব হৌগংলি ]

হায় কৈরোঙ্গজাম্বা। অকা মচা লোলাইপাবগা লোঙ্গনবা মনাওইবুংঙোগী থোগল—খুবৈ অমা লেংথোকপা য়াজ্রি।

শোঙ্গৈরবদি অরুম্বা চৈরাক ফংজনিহৈ। অদুগা হৌজিকংক নোংবান কাদুনা পুমকন্নবা মী থাখো।

[ নিংথৌ চাওবা খোকথেৎ চিংখুবা লেপ্লুবা লৈ।

কৈঃ—[ মথুৎনা তাক্কুনা ] মনাও ইবুংঙো লেংশনবিসি। অমা মচা কনা লৈ ?

[ চিংখুবা কমনিংদনা কমথি ]

*"Light Off"*

# ১০শুবা উৎপা

## লম্বা

নোংখাকলে নোংথাং কুপলে মুংশিৎ কন্না শিৎলে হুইজাও খোংলি খোংলেম মখুত্তা থাং পাঙ্গৈচনা—মুবা মুক্তামনা চিংবা মনাই ময়ামগী লাল ! লাকও মাঙ্গৈকে ঙাকপা খমুমশা !

শুংদাঙ্গৈ পুবা চিংঙূশা !

শন্নোই ঙান্নোঙ্গৈ পুম্বা লোইননা তিনমু লাইমু কাওবা মাওনা খোংলেনগী মতেং পাংলন্নো। মৈ ঙৈশিং মুংশিৎ ! অন্নোইবা খোংলেনগী লালজংদা তোংলন্নো। নমু লিচৎ চক্রবা তাইবং মথৌ থংজ্রবা অময়-অঙাল লৈবগী কাময়্রবা মালেম পুং মথক মথা ওন্নগে। ওসিদি কনা হয়া য়েংদা খুৎহু থাংলেননা নমু

তাঙ্গিবং পুম্বা য়েন্দেম থয়াক সোইবগুম সোইদত্তুনা চিঙু
খুসেম মাংহল্লগে।

খোংলেন — খংগনিদো শরিশো—

থমমু মপুংদগী :— হা পম্বো অপোকপা! পম্বোগী অশাওবা থাবী
মৈমুংদা •পারি নমোমবুম্ব মাংহনবিরগেরা? মোইরাং কল্লকপনা
কেগে য়েংখিবনা পম্বোদা করি পাওদমক্লুনা পায়মা পিক্লক মৈ-
হোৱা? য়াংলেন মিকুপ মরুমদং নমোমপা হাচানবিম্ন।

খোংলেন—হায় হায়! মুবা মুকত্রাম! হৌজিকি খোঙ্গেলক্লু ইবেম
লাংলেম মাম্বি। লাক্লোই মচাশিং গুহাক ভপথখো হাঙ্গিম্নহে।
ইমেম লাংলেন! পারি অমুদোন নোংয়াইবু গুরাং অহিং শামু
খোংদা য়েৎ য়াঙ্গোঙ্গি খোংদা পুন য়াইবী লৌথে, হাঙ্গিববু
অচুম্বরা লাংক্লেন।

থমমু মপুংদগী: — অয়ানবনি পম্বো। গুরাং অহিং তাংলো লৈন' খেংথদা
নিংখৌপী শামু য়াইশা কোন্দগী বাম্বোক্তুনা লৈবাক শোকপা
তারবদা মীয়ামনা গুাকপা উমত্রক্লুনা নপারী মেলৈ লাংবনা
য়াঙ্গোঙ্গি খুয়ো চয়া কাবদা মশা থরদং শোকপনি নপারি
কৈদৌদে পম্বো নমোমগী য়ায়া চাবমিক্লুনা লৈবাকী অয়াবা
কোকপিম্নু অপোকপা।

খোংলেন—( দুংশা মপি হোম্বক্লুনা ) হা—হায় হায় অমুমশা। পারি
সাজো কৈদৌদে হাঙ্গৈরিনহে। ময়াল লৈজদবা লৈবাকনিহে।
মতু নামতা ভৎপদা উত্রা থাংসে। নখোঙ্গিপুম্বা কংলা ময়াগী
লমপাক্ত পুল্লপ লৈমু। ঐ কংলা য়োপে অচুম অয়ান থাজুখিগে

( চৎকেতৌবা চাওবনা খল্লুনা

নোংখোল—পাখৌ লাঙ্গ্লোভাম্বা।
খোংলেন—চাওবা।
নোংখোল—পাখৌ!
খোংলেন—নোংখোল!
নোংখোল—পাখৌ ইবুংঙো!
খোংলেন—নদাঙ্গৈরেম মুবা খারক্লুনা প রি নোংয়াই সাজৌবা খোং- লেনগী মপারি তোমপোকপা লোম্না অহি দা কৌখোক্লুনা মোইরাং মচানা খুৎলিং লৌতুনা নিংখোগী শামু য়'ইশা য়াওনা পারিবু শামু খোংদা য়েৎ য়াঙ্গোঙ্গ খোংদ পুন য়াঙ্গবী লৌখ্রে পাওদমলবা কনানা থারকপনো?
নোংখোল—ঐনদিদনা
খোংলেন—অচুম্বনিকো চাওবা?
নোংখোল—অচুম্বনি কনানা হাঙ্গিরিবা?
খোংলেন—পারি কৈদোদেকো?
নোংখোল—খোংলেনগী মপারি নোখোল চাওবগী মমহাকপু মতু নাম্বা শোকদবা মোঙ্গরাংদা মমি তত্রা?
খোংলেন—অদুদি পাওদমলবা খংগনিদো খোংলেন্না লান্দাবদা মখৎসু থাংলেন্দা তুম্নিংকি উ কাওবা মচেৎ অমত্তা পক্লবা মতুংদা শরিৎ শনাৎননি—হায়—হায় মুবা হঙ্গবা! নশানা হরাও হরাও খোংলেনগী থাংলেন ময়াদা চোংশনজরকউহে।
নোংখোল—হাঁ—হাঁ—হাঁ—য়েংবরু হৈরবদি কুম্মৈগী কুম্মৈ ভাক্রি

পাওচৎপা মক্তে পাওতাবা মক্তে কিংমন্দুনা সেরাম তুরান পাও-রোয়গা শাওজবয় শাবিয়ে তাওনে পাখৌ ।—ওসি অহিং তাংজৌ লৈমা থেংবদা নিংথৌ শামু য়াইশা তাওরক্কুনা কোন য়াংমা লালবদা লৈবাকনা হোৎনবদা ওমদা মীয়াম শোকপা তারবদা নপাক্তি থম্বনা শামু মখোং য়েৎ লাক্লোই মংখোং পুন নমহুনা কায়গা য়াইবী কাও লোগে থৌয়াংবা—

থোংলেন— হাঁ—হাঁ—হাঁ—ইচানা? পাম্নি মেলৈ লাংবনা? কাওরেন কাবওম্ নিংথৌ শামু শিয়সমু—মুংওাঙ্গৈয়ে পাখৌ কোনগে লাওহে।

[ কোনগে তৌবা চাওবা হনবা ]

নোংখোল - হুমউ -কোনবিনু—থাংহুনা ওকশমদা কোনবিগেরা?

থোংলেন—হাঁ—হাঁ—হাঁ—পাখৌ নং কাওবা ঐবু কি?

নোংখোল—ভাংলিবসে চোইয়োননে—

থোংলেন— হাঁ—সে—নং পাঙ্গৈজৌ।

( থাং পি জোই )

লাও কোয়রসি—

[ অনি কোয়ৈ ]

পাখৌ! মোইরাং লৈবাক পাম্নিগী লমল তোম্লেহে। নং ঐনা মুংওাঙ্গৈয়িবা

[ কপা ]—শতিক মতুং ইনথ্রবা থবা মমৈ হাঙ্গৈব্রবা পাখৌ পুরেনবম্ন লৈচিনগী থোংলোন হাং মপান্নি মতৌ য়েং মুংওাঙ্গৈবা ওঙ্গৈ-য়সমুকো ইস ইকাঙ্গৈদা হমুথংলা—তাইবং মীদি তয়াইথোক্রহুনা

চিঙ্‌ লাঙ্গি মরক্তা ফিংউবেদা—পাখৌ ! ওসিদি ইচাগীদমক লাক্লোল থমলসে কাও থল্লুরেহে ।

নোংথোন—অক্সুনা পাখৌ ! নভাও ঐবু মুকশিবী লে ঈরৈ থরা য়েংনা মচৎপিব্র । করা পাংলসি পাখৌ !

থোংলেন—হুম—ঐদি ইমানয়াইরোমদা পাংথ্রুলে মপু স্না য়াথংদা মাঙ্গৈ পুবা ওমজক্লবোই ।

নোংথোন—করি য়ামোনে পাখৌ ? নপামি থবকু উবনিংক্রবরা ?

থোংলেন—পামিবুদি করা হাঙ্গৈবিক্রবর্ উনবিংলগা উনমি উব নিংক্রগা তোকনি—

নোংথোন—পাঙলবা শাবুগা থেংনবা ওহাকপু মথাগৎপিনবু ।

থোংলেন—হঁা হাঁ—পাখৌ চাওবা ! চিঙ্‌না শেম্বদা থুৎমামদবগুম নং ঐম্ব থেখৈদো থোংলেমা পামি মংথং তানগে থব্বুপদি—ময়াদ লৈজদবা মতু শোনবব্ উম্বিলো হাঙ্গৈচুনা তুহৎপিক্ৰা—মক্তুনা লৈবাকী মাঙ্গৈরোং য়াক্তুনা পাক্লিমা য়াইবী মাংলমলবক্ মতুনা থোইনা হেন্না পেম্লিংতাই ওঙ্গৈবা থোংলেননি ।

নোংথোন—অমবু ওঙ্গৈয়ে অমবু ওঙ্গৈয়ে কংলাদদি য়োদবা য়াদে ।

থোংলেন—মংবা য়াথং তাওবিদ্রি !

নোংথোন—নত্তেনে পাখৌ ! নং ঐনা অক্লাঙ্গৈবা চৎলবদি কনানা য়েনথৎপিনি ?

থোংলেন—নংদি থংদে ঐদি চত্তে ।

নোংথোন—হাঁ—হাঁ—ওসি কংলা পুংগাও থিন্না লৈবাক পাওজেবা প.থৌবু কংলা য়োৌবিক্রবর ?

খোমলেন—ঐখাক মীয়াম মং ঐদু মানা চাঙীরম্বাদি ওপাঙীনা হাইখদি
ঙৈকদৌই খোংদৈদ থুদি লাও পাখৌ।

লোংখোদ—হাঁ—হাঁ—

[ চিংজুনা চৎখে ]

*"Light Off"*

## ১১শুবা উৎপা

### কংলা

নিংথৌ + চিংথুবা + নোংবান

১নং অঙম অথৌ ময়াম।

নিংথৌ—ইপু লাম্লোঙীতাবা! চংবিরকসি

[ খোংলেন চংলক্লুনা থুরমই নোংখোন নিংথৌ মাংদা থাংখল্লা
থুরমই। ]

খোংলেন—[ থুকউ লৈতা ] মনাইবু লোঙীবা লৈমাবা মোইমাং নিংথৌ
পুম্বিকলাই মনাইবু য়োন্নবা কাদা চাকপিবি লান্নবা কাদা কনং
থিনি। মনাইগী মমলব য়াথঙা লংজথিবা ইঁয়াল চাকপিহৈবা
লাইনিংথৌ মনাইনি থনবিজুনা চাকপিসি ইথিংথৌ।

নিংথৌ - ইপু নোংখোলনু কথিয়ো কংলা য়াম্নেজ খোদা হোমসি।

[ অনিগক "ইনিংথৌ" হাঙীবা কমখে ]

নোংথোল—ইনিংথৌ। ননাই কৈরোঙ্গীজাম্বনা স্না থুম্নাখাদা ম্বাক্কৎ-চরিবদি—ওরাং অহিং তাংলো অথেংবদা মনাও ইবুংঙো ম্বাজোল নিংথৌগা অঙোম নোংবান কোংম্বাম্বগা লৌতুন্দুনা থুমন নোংম্বাই থম্ববু শামু থোংদা ম্বেৎ—

থোংলেন—করি ? করি হাঙ্গিব' চাওবা ?

[ ফুক হেংগৎপা চাওবনা কাবা ]

নোংথোল—ত্তপথৌনে পাথৌ! মপু স্না মাং কংলা লৈপুং ম্বাইদা ম্বায়েল থৌদাগদবা অঙম্ব লুচিংবনা অকাম্ববা হৌরবদি—

থোংলেন—ঐনা কাম্বরবা— হাঁ-হাঁ—হাঁ-মম্বাঙ্গী লেপ্পা ম্বাওনা অঙম্বনা মম্বালনৈলত্তবা ইচাবু ইথাদগী 'শেন্তুনা মুন্নগা ম্বাইবী লৌরে অদুগা মপা ঐবু ত্তপথখো—কাম্বরে— হাঁ—হাঁ—হাঁ—

নোংথোল—পাথৌ! লৈবাক ত্তিন্নবদা থৌগল্লোল ম্বাংমা ল'ম্না—

থোংলেন—করি নংঙম্বনস্ত্র ঐঙোন্দ থৌগল্লোল তাক্লি ? থৌগল্লোল হাম্ববু করিনো—মম্বাই লেপ্পনা লৈবাকপু মচাগী মতৌঙম্না মুংশিনা অচান অম্বাঙ্গী নাইদবা। লৈবাকস্ত্র মম্বাঙ্গী কেপ্পদা মম্না মপাঙম নিংনা কাঙ্গদনা চৎকদবা। অঙম অথৌনা লৈবাক ম্বোকনি। অনিগী মরিসি লেংদা লৈরগা থৌগল্লোলস্ত্র লেংদনা মম্বচাই লৈজগনি। অদুদি নস্তা অঙম্বনা লিচৎ নাইরক্ত্রবদা ত্তৌবা থৌগল্লোল অচদি থৌগল্লোল কৌদে মচদি মথোম্বঙবা পাংদবা অম্বম্বাশিংগী চিম্বোম্বি। থোংলেন্দি চিম্বোন ত্তৌদুনা লৈবাক মাংনবা শিনবা ম্বাম্বোঙ্গী।

খোংথোল—অদুনা লৈবাক মাংনবা শিংগ্মীবা অরানবা মী থিরগা মতিক চাবা চৈরাক পিনবা রায়েল থোদা হৌরসি হ'ঙ্গৈবনি।

থো'লেন—নোংথোম্না নচিম্না ব্র'য়েনবা থোংলেম্না থাংন'—পারি য়াইবী লৌওম্ব চোংপোরকউ মপা হন্নুবা লা'ক্রে—কদায় মেইরাংগী নিংতম্বা খুমন তাথী মিতাবা মনাও ইবুংঙো মথংথনবা!

সিম্না :—

নো'থোন— কৈদৌবগে পাপৌ অমুক্কা ইংহখো নপারী য়'ইবী মা'দেনে।

থোংলেন - অয়ম্বা। কৈদৌনা তুমিন লৈরি? নথুংস্র থাং প ঙ্গৈহুনা হন্নুবা ইমাংদ লেম্নোনা। হায়—অঙেম শাগেশী মৈতাল অসিবা, মীমাং চিংগ্থি লৌতানবা মিকিথী মীতম্বান! ন'তক-থোক্লদি লাওদনা—

নোংথোল—ওক্লেনে পাখৌ! ঙসাঙ্গৈদা মদোমা ঙক্তাওবা তদুনা তোক্লে হুক্কিক অমুক লাম্ব য়াওদনা—

থো'লেন—পেন্ত্রে পাখৌ চাওবা নোংথোল পাম্বি মংশং ত প্রিকাও থোংলেম্না পেনগদব্বা লৈত্রে।

নিংথৌ—ইপু লাম্নোইতাম্বা অথৌবা! নপারি মেলৈদা'বা য়াইবী মক্কি মাংবা নত্তে লৈবাক্ক মীপাঙ্গৈনবা কোকহন্দুনা অচুম-অরান রায়েল থাঙ্গৈসিনা ইপু!

থোংলেন— উম— ওঙ্গৈদবনা ময়াম্না, মমৈদ অরানবনা ঐ ওঙ্গৈদৌরিনা— ইনিংথৌ মনাই থোংলেম্বি ইচাগী মৈচাক্কা পায়মা মুংদা মৈ-

হোরে, ইংবা ওমদা য়ানা থাংজরেগা ইনিংথৌ। ওসিগী কংলা য়ায়েন্দা মপু স্না নোংদম্বতনা ইংহুনবিগদবা মও ঈরে লাঈনিংথৌ।

[মফমদা কমথে]

নিংথৌ—ইপু নোংথোল ! য়ায়েল হৌরো।

নোংথোল—ইনিংথৌ মপু স্না য়াথং ফিগাওশানা যাজরি। মনাও ইবুংঙো ! কমকমলা'দগী লেংথৎপিদুনা য়াপাগী হেনবা মালেম থক্তা লেংশনবিরসি—য়ায়েলজয়গে—

চিংখুবা—করিগা য়ায়েল ?

নোংথোল—কৈরোঈজাম্বা ?

[কৈরোঈজম্বা থুকউ হৈলতানা কমই]

মনাও ইবু ঙো ! কৈরোঈজাম্বগী য়াকৎ ভাবিরেদনা।

চিংখুবা—ওসাই মান হাঈবদুদি ভারে। কনানা য়ায়েনদৌরিব ?

নোংথোল—ননাই চাওবা নোংথোলনা।

চিংখুবা—করি ? য়ায়েল চৈরাক পঈরিবা নিংথৌ ইচিল ইনাওগী মথক্তা য়ায়েলবিগদবদি মে ঈরাংদা মরু হুনদ্রি।

থোংলেন—করি মনাও ইবুংঙো ? অরানবা লিচৎ নাঈদবনা মথৌ ওঈরবা মংংখনবনা কয়া কুঈনা য়ায়েল চৈরাক্পনি। নিংথৌসু ঐথোঈ কমনাইবসু লৈবাক্নি। ঐথোঈ ঐথোঈবু পোকপিরবা পম্মোশিংনা ঐথোঈগী কমসিংসে থম্বিরমত্রা ?

নিংথৌ—শানৌভোন ! ওসিগী য়ায়েলদি নিংথৌ ইতিক ওঈদে ইপু নোংথোলগী মনিংনি। ইপু য়ায়েল মথা চংথবিরো।

নোংথোল—কোংয়াব ! মপান্দ অদুক লৈরুথো। অকা মচাসা ! চেকশরা শেমৌ।

[ নোংবান খুরম্না থোকখ্রে ]

অক মচা কনা নৈ ? রাঙ্গোল নিংথৌগী স্না খুৎস্থ থাং লৌশন-

ড়ুনা রাপাকম কাওবদং থৌগল কংজরেরোব ।

[ চিংখুবা থাং নিংথৌদা কৎনা রাপাকপদা কুনখ্রে ]

মমাও ইবুংঙো ! রাকৎসিদা করি হাঙ্গৈবিনিংবা ?

চিংখুবা—ঐ মরমসি স্তকথং শংদে ?

নোংপোল—স্না পুক্রিং তয়া নবিরোঙ্গৈ। রাখল মুরা ভৌথবিসি।

মীচমদদি চৈফুনন রাখংনৈদো কৈরেঙ্গৈজাম্বা নংগী রাকৎসিদা

কনা থংব উবা য়াওঙ্গৈ।

কৈরেঙ্গৈজাম্ব—ইনিংথো ! থৌদোকসিদা মপুং ওঙ্গৈনা য়াওবা নমাই

শামু হঙ্গবা নৈরি।

নোংপোল—শামুহঙ্গবা কৌশল্লকউ।

হঙ্গবা—নমাই ল কচরে অওবা !

[ হঙ্গবা চংলক্লুনা খুৎয়মগা খুকউ নৈতানা নৈ ]

নোংথোল—হঙ্গবা ! ওরাং অহিং মোইরাং থোরী কৈথেলদা থোক-

খিব থৌদোক্কী মরমদা, মপু স্না শাং চিঙ্গু থাংজিং নিংশিংনা

মীনম শোরি য়াওদনা অচুম্বদা হঙ্গৎলু

হঙ্গবা-ইনিংথৌ ! মোইরাং নিংথৌ পুন্নিকলাই ! ওরাং অহিং

তাংলো অথেংবদা মমাও ইবুংঙোনা ইনিংথৌ ভোর্ব্বুংদা স্না

থোংলেংনি শামু য়াইশা পুথোকউ স্না রাখং তাকপিড়ুনা পুথোক-

চবদা নমাইবু থোরী কৈথেল য়োমা পুবিরগা, অঙোম নোংবান্না

লুচিংড়ুনা তম্বা নিপা মরামগা খুমন মচা খম্বব শোয়োক য়াংবী-

থক্তা পুন্দুনা চিংলকই মত্থদা ৱাঙোল নিংথৌবা "লাঙোঙ্গী থেং-দা পুন্নগা কৈথেন থুংনা চিংদুনা লাঙ্গৈরা য়াঙ্গৈবী লৌ তাকপি" ননাইনা য়াজত্রবদা মীয়াম চংবা শামু থোংদ য়েং লাঙোঙ্গী থোংদা পুন খম্বু কৈথেলগী শৌ শাবা মুঙাঙ্গী চেগাঙ্গী থক্তা ঈহিং নাহিং শানা চিংলবদা ননাইনা থেংবা ওমজদা ইনুং তানবা কাওবদং করম্না য়াইবী মাংহনগনুসিগে থজহুনা মনাও ইবুংঙোদা ননাইনা মীনম ৱাহৈবা "ইনুং তাংগ্রিসৈ থুনা য়াইবী মংনবা থৌরি ঐ কিজনা শামু ইশানা থৌজরগে" হঙ্গৎচন্দা য়ং'বরহুনা ননাইনা থম্বা মশা শোক্কনবা কিজা শ মু তপ্না থৌনা হোংনক্ত-রিসৈদা চিঙু থাংজিংনা কুবিহুনা মজা ইবেম্মা থাদেঈ ছুরি খুত্তা পাঙ্গৈনা লেংলক্তুনা ময়াম তানথোকখ্রে, অদুদগী মচেম খমনু-নচিংবা লাক্তুনা নোংরাঙ্গৈগী য়াইবী কহোবনিরে তিনিংথৌ!

নোংথোন—থংলে হঙ্গবা! মপান্দা লৈরুখো।

[ হঙ্গবা খুরুমন থোকখ্রে ]

মনাও ইবুংঙো য়াঙে'ন নিংথৌ! হঙ্গবগী ৱাকমন্দা করি তাকপিরিংবা?

চিংখুবা—ইনিংথৌ! ৱায়েল্লিবনা ঐগী মা'নবা শয়ৌ শিন্দুনা লোঙ্গৈখ্রে, সিদা করিগ্গ থংজনবা ঐনা করি খুমজনি—ননাই ঐ মরমসি হুকথং থংজদে।

নোংথোন—অঙোম নোংবান চংহল্লকউ।

[ নোংবান চংলক্তুনা খুরুমা লৈ ]

কোয়াম্বা! নংমা মপু স্না খুয়া খাদা হন্জৎকদোরিবা মীনব শোরিনকদে চাওবু য়েংনা য়ায়েল কাটি লৈ থংনা হন্জৎকদবনি—ওরাং অহিং নতাও থম্বু য়াইবী লৌনবা থোৱাংলম্বা নংবা লুচিংই হাঙ্গৈরি মসিদা নং করি হাঙ্গৈনিংই?

নোংবান—মসিগী মরমদি ননাইদি থংজবে ঐবু কল্লক মীহোৌবা কাংবুনা মাংল্লবা হাঙ্গৈজিনবনি।

নোংথোল—মজা ইবেম্মা থোইবীগী য়া লৌরগা লোইরে। ইনিংথৌ মজা ইবেম্মগী য়া অমতং তাদনদি সিবু নন ই ঐ চৎচরুগত্রা সনা য়াথং?

কৈঃ—ইনিংথৌ! মজা ইবেম্মা! কংলা উত্রামাংদা খুমন নোংয়াইগী লাইকল্লদুনা ইনক নক্লা লৈ ননাই কৌজরুরগে।

নোংথোল—করি কৈরোঈজাম্বা! মজা ইবেম্মবু খুমন নোংয়াঙ্গীগী লাঙ্গৈবল্লরি হাঙ্গৈবা?

কৈঃ—ইনিংথৌ! ননাই থম্বনা য়াইবী মাংবগ, য়াইবী থরাই থারনি হাঙ্গৈনা মজাইবেম্মা শরি বামুংনা লেপথে।

নোংথোল—হায় কৈরোঈজাম্বা! নংগুম্বনা নৌ মত্তমা মপু স্না খুয়া খাদা য়াকৎলিবসিদি কংলা য়ায়দ পুথোকপা য়াবা য়াকম নত্তে হাঙ্গৈবল্ল থংদা—মনাও ইবুংঙো য়াজোল নিংথৌনা স্না য়াথং ভাকপিদবনা চুমইদনা—খুমন নোংয়াই থম্বু চুম্লগী ইমুং মমুং মচা মমাক ওঙ্গৈবগী য়াবক য়াভেখিবদা লৈবাল্লা অওৎপা শারম্লেদনা

চিংখুবা—করিগী নোংথোন! থম্বু করিগী ইচা ইমাক?

নোংথোল—নত্তত্রা য়াজোল নিংথৌ?

চিংখুবা—করিগী ওঙ্গৈরুনি?

নোংথোল—কাওকাওঁদা—কাওবিত্রা মথংথনবা।

চিংখুবা—নয়া লৌদে, ঐ থংদে—

নিংথৌ—শানৌতোম।

থোংলেন—সিয়াঃ—থংদবদি থংত্রে, উদবদি উত্রে। অথংবা অউবদা থোংলেন মাংদগী অদুক চেন্নু। অমুক্তগা মনাও ইবুংঙো!

নোংথোল—থোঙারেন! ঙাঈখোনে লালকম মত্তে য়ায়েলশংনিনে—

থোংলেন—ভৌ ভৌ নংগী য়ায়েল হকিক লোঙ্গদবা য়াদেকো—

নোংথোল—উমা উন চেন্নরে—মজাইবেম্মা থোঙ্গবীনা খুমন মৌ ওঙ্গদবন্তু য়ারয়োঙ্গদগদ—

চিংখুবা—চাওবা নোংথোল। চুম্নগী য়ায়েল য়াতা মঙাংউ। লৈতোন শরু পান্দে হাঙ্গদুনা পংঙাং ঙাংনু।

নোংথোল—মনাও ইবুংঙো! নজ ইবেম্মনদি মনাই থম্বগী লাইকমদুনা লৈরগা মনাও ইবুংঙোনা য়'বিদব-দি—

চিংখুবা—মপা ঐনা য়'ত্রবদা মাঙখীনা মতিকলা—লমহেনবগী খবা য়াইবী লৌদুনা নোংবান্দা পীগে থৌয়াংলিবসিনি কনানো ঋিংলগদবা?

নোংথোল—হঁা—হুংঙাঙ্গদা মনাও ইবুংঙো! খুমন্দা খাজরবা মৌবু অঙোম মচানা লৌবিগত্রা?

নোংবান—লৌরি য়ুম্ফম কাদা য়েংলবা খুমন মচা য়াইবী লৌগে থৌয়াংলিবা নোংবাননি।

নোংথোন—হঁা—হঁা—হঁা—ঙসাইনা অদুম্না কোক কোক হাঙ্গনরবদি বা য়ায়রোইদবা। লাইনিংথৌ। কুরিগী য়ায়েল সিরাঙ্গদা

লোঙ্গজরগে। নবাই কৈরোঙ্গজাম্বগী য়াকংনা চুমলে। মনাও ইবুংঙো চিংথুবা, অঙোম নোংবান অনিবা থম্বা হাৎকে থৌরাং-লম্মে। মসিগী মতিক চাবা চৈরাক্তি মপু য়া নোংঙ্গম্বীরো।

( খুরম্বা )

নিংথৌ—ইপু! অঙম্বা ননিং ঙমজরো।

নোংথোল—ইনিংথৌ! অদুদি মপু য়া য়াথং মতুং ইন নোংথোল ঐনা ঙসি কংলা য়ায়েলগী চৈরাক লৈবাক থংনা লাওথোক্লি—করিগুম্বা থম্বনা য়াইবী মাংত্রবদি ঙসিদগী মনাও ইবুংঙো চিংথুবা, অঙোম নোংবান অনিনা থম্বনা য়া থৌগল ঙমিন্ত্রিকাও অরা শিন্থা পুনা অয়াকমদা লৈবা। অদুগা থম্বনা য়াইবী মাংবা থোক্রবদি থুদক্তুদা অঙাং ওলহনবা। শামুংপ্লবা মরাল লৈতে থাদোকখ্রে অতৈ ঙম্বা মীকোক য়াওরম্বশিং নোংবান্না লোইনা তাকদবনি—মসিদা করম্বা য়া য়াথং তাকপিবিগদবা ইনিংথৌ!

নিংথৌ—য়াম্না ফরে ইপু!

নোংথোল—অঙম্বা কনানা করি হাঙ্গবিগদবা?

থোংলেন—ব্রায়েল'স মপ্রামনি মচি কাদে।

নোংথোল—করমনা?

থোংলেন—মী অমনা মী অমবু হাংলমদোরে। অয়ানবা মী চৈরাক পীরে। লাঞ্জদবা শিদোরিবা মীদি করিসু ফংদা মরম্লাঙ্গ ওঙ্গদুনা তোক্লবা?

নোংথোল—করি পিসিগে—সনা কয়া লুপা কয়া পিসি হাঙ্গবগে।

থোংলেন—তুমিন লৈয় তামিংদে চাওবা! থোংলেনগী মচানবু য়া লুপা লৌবিগত্রা?

নোংথোল—অদুদি করি পিনি।

থোংলেন—হো থংজ্রগা, হংবোদো—হন্দক হাংব খিরম্নিবসি করি মুরবগীনো চাওবা ?

নোংথোল—থংদে।

থোংলেন—মজা ইবেম্মা থোইবী মুরবগীনি। পোৎ মুরবগী থংনরবদি অচুম্বনা মপোৎ কংজরোঙ্গজ্রা ?

নোংথোল—অদুবু পাথো !

নিংথৌ—ইপু নোংথোল। ইপু অথোবগী য়াকমনা চুমই। ইদাইরেম থম্বনা কয়িকাওবা ইথোম লাংলেন থম্বা ময়ানয়াইদা লাইকয়হল্লু

নোংথোল + থোংলেন—

য়া য়াথং কিগাও শানা য়াজরি।

[অনি থুরমই চিংখুবা নোংবাল ফুক ফুক হোগত্তুনা চৎকে তোই]

চাওবা—এঃ এঃ অকামচা দোলাই পাবাশা। মনাও ইবুংঙো থোগল।

[ দোলাইপাবনা চিংখুবা নোংবাল পুন্দুন পুখে। ]

*"Light Off"*

# ১২শুবা উৎপা

## লমহাং

সৌম· নম্বো মচা অমগা থাং অমগা পাঙ্গৗনা ভরী ভরী চেম্রুগা ভুং-মাং য়ে'না মিঙ্গাংনা ফমদ্রুনা ছমাং তৈথোক্লা কপ্তু্না—

ইস্—ব্র'পেুদা হাকচাং ব্রামে থব্রাঙ্গ ব্রাংম—মাইকৈ থুদিং থো'লেন চাওবা মনাঙ্গী'না সৌ শাখে্ সৌরা লিৎফম লৈরোইদোরেদো অ:—ভাইবং থাংবা ওমপেদ' চিংথুবা নোংবান কাও অব্রাকম য়োইদা। হেরা—[ মপি তৈথোক্তু্না ] ইশাগী ম৹স্থ থনঙ্গস্ত্রবদা কদোমদগী লাম্মুরিবনো। কৈনো ঐনা পোগ্থারিবনি হ ঈদনা ভোরিসিবু থোং-সিবু [ মথুউ অনি প ঈ ] এঃ - লৈতাদা নিঙ্গাংনা ফম্মেনা— [ মথোং অনি ভিংথোকই ] চৎপবু ব্রাশরক্তে্ কৈনো ঐনা ভোদো-সিবু ? হা ইবুথৌ থাংজিং কোরেগ লাই ! ননাইবু থুবেং পাঙ্গনা লমজিংবিরো।

[ মুবা মুক্রাম চৈতুপ অমন্থং থৌরি পাঙ্গৗম চংলক্তু্না— ]

মুবা—ভা শৌর !

সৌরা—[ মমিৎ চপ ব্রুং জ্যাম মাং মুবা-মুক্র'ম মুমা রেং—

ভাদ নওবা অনিবু চিণ্ড্বা লেপ্রা কুবিদ ।

[ লোংনা হাঙ্গথরো ]

মুক্রাম ভ'মুবা ! ফুথগেদো।

মুবা—ভাঙ্গথো। ভা সৌরা ! হৌপৎলু নিংথিন ব্রা ভাংনসি।

[ সোরা মরা কোঙ্গোন কা মমিৎ চপ ব্রুংনা থুমদ্রে। ]

মুক্রাম—মরৌ ভৌগিসে কয়া মুংশিত্রজো শিবথা ফুগেদা ভামু!
মকোক্তা পুরগা ভয়াং ভয়াং হেক্তা হনসি।

মুবা—কুত্রিভৈনা শিরত্রা করিবো। পাথৎলত্রমহে।

[ মুবনা চিংথৎলি সৌরা চপাক্তিং লেপ হাঙীথে। মুবনা ভাকই লেপহক্তি হাঙীথে। ]

মুক্রাম ( চৈ মুক্তুবা )—ভামু লেপহল্লু থোমগো।

মুবা—য়া নিংথি ভাংনসি য়াদবা ফুরো মুক্রাম!

[ মুবনা লেপহল্লগা থাদোকপদা সৌর' হাঙীথরকপদগী মুক্রামনা ফুবদা হন্নৎলগা অতোপ্পা মাইকৈদা হাঙীথখে। ]

মুক্রাম—ইয়া—য়া—মেৎকে নং থংনি।
[ মুক্রামনা মেৎকে ভৌবদা সৌরা ফুক হৌগৎনা থাংজো পাঙীদুনা হাঙীথি ]

মুবা মুক্রাম—হাঁ—হাঁ—হাঁ—[খুথাক খুথি ] লাপ্পা থোবা সৌরাবি।
অদুবিদবা নিপামচা হাঙীদবা।
[ পুংজুম অমা খুন্দুনা থাগে ভৌবদগী সৌরা থাং থম্ম মতক্তা কি হেক মত্মাদা নাপি অশাংবা অমা খুল্লগা চিক্তুবা শত্রাং খুরয়া— ]

সৌরা—ঐবু থাদোকপিয়ু মীরম ভমনা পাংজখুগে?

মুবা—অকৈদি?

সৌরা—থংজদে।

মুবা—কায়দে মুক্র'ম পুল্লগা পুবসি।
[ মুক্রাম্না থৌরিনা পুনবা ]

মুক্রাম—নংনা লোক্তুবা ঐথোঙ্গী চাকম থককম থংদবা কয়া কুইরে। কংজো বায়েলশং ভান্না চিংজুনা পুগে থংনি।

সৌরা—ইস—ভাদ হাইনু নিংশংথদা—ইমা।
মুক্রাম—ভাদ কা কৌরদনা—ভাবুবা চিংজমু ঐ চৈন ইরকে।
[যুবা চিং মুক্রামনা চৈনা ইন্দুনা সৌরা "ইমা" লাওনা চৎখ্রে।]

*"Light Off"*

# ১৩শুবা উংপা

## থম্বগী যুম

নিংথিবা কাংথোল থক্তা কজবা কীভনা লৈভেংলবা কযুংলা থম্বা ভুম্বি থোইবীনা থোং নোইরি সেম্বুনা কম্মাংদা অচা অথক শুনা পরেং পরেং লৈভেংই।

থোইবী—অচানবী!
সেম্বু—ইবেম্মা!
থোইবী—ইনম্মদ—নবুংভোনা হাবা য় গদবা ভা অমতা লৈহন্নু হাইরু।
সেম্বু—ক'ন ইবেম্মা! [সেম্বু চৎখ্রে]
থোইবী—ভাবিরিব্র ?— থিংগু তুম্মনখ্রে।
[থম্বা মথিৎ পাংথোকই থোইবীনা থোথোর নোরা য়েংলমা]
থোইবী—কোমলা মহি থিজং হাবা য়াগব্র ?
থম্বা—থিভা থকসি।
থোইবী—(কোমলা শুম্মগা) লৈজরে।
থম্বা—কম্মগা থকে।

[ থোইবীনা সোগৎলগা খম্বা তম্না হৌগত্তুনা কমলে থোইবীনা ইন্দুনা থক্রে । ]

থোইবী—করি করি হাবিনিংবা নিংশিংবিয়ু ।

খম্বা—চাত্রবস্থ পুমপেল পেন্নে ।

থোইবী—ঐনদি ঁইহক্তদা মখোং চাত্রবনিনা হাবিনি'লরোই ?

খম্বা—ইন্দুনতা লৈংগ্লিংলবনে অদুবু মতুং কোঙ্গৌদোরিত্রা কোঙ্গরোঙ্গ-দৌরিব্রা খংজ্রেদো ।

থোইবী—খংবিগদবনা খংবিত্রদি—তুং ইঞ্জদৌণীবু চহি ওন্দা হুন্দো'ক্-পিগেরা ?

খম্বা—ঐনা নত্তেরে ।

থোইবী—ইবুংঙোনা নত্রদি কনানা ?

খম্বা—নশাদা হংউ ?

থোইবী—খন্নাঙ্গৗ কৎচখে ।

খম্বা—অদুনা ভাংইবা হাঙ্গৈহুনিদবা ।

থোইবী—ভাংত্রদি তুমিন্না লৈয়ু হাঙ্গৈরিব্রাও ?

খম্বা—হাঙ্গৈজবা ইতিক ওঙ্গৈদে । মনিংতম্বী পোম্বীনা পাঙ্গনিং পাঙ্গৈনিংবদা পাঙ্গৈবগুম নিং-বা তম্বীনিনা চিংনদবা ভমজদবা—

থোইবী—শা-উচেক্কুম খনবিখু বোইরে খনবিকম থোকই । কা হেনবী তোঙম্বী— [ কেৎ লৈথোকই ]

খম্বা—কদোমদগীনো, খৎনবা হৌরবা হাঙ্গৈদ্রা ?

থোইবী—ঐগুম্বীনা ইত্তিক্লা ?

খম্বা—চিংনৈদ হ ঙ্গৈবদা সি য়োরসিন'দ ঐবু হেনবা অঙোম নোংবান লৈরি কা হাঙ্গৈরবদি হৌগত্তুনা চেনখিদেস্রবনা—

খোইবী—তৌ ওদ্বিরেঁদা থাজবিরো সে—

খম্বা—লাও শম্মো চৎসি—[ হৌগৎলি ]

খোইবী—তুররনি—[ খম্বগী খুৎ পাই ] ওমগল্লাও ?

খম্বা—সেম্বু থাচ্চনা কৌহন্নুসিন্নদো—

খোইবী— রারেমন্ত্র খিৎ তোকপিরো-তু লাক্তু্ন!—তপ্পা তপ্প!—

[ খোইবীনা শম্বা খম্বা তপ্পা চৎপা ]

খম্বা—থাদোকউ—[ খোইবী থাদোক্লা অনি নোক্ননা য়েংনম্নুনা খম্বা

ওহাক লেপ্পদগী তুথরকপদা— ]

খোইবী—থাদোকপিনো—[ খোইবী খম্বা কোরখি ]

*—SCREEN—*

অশুবা মতাং

## ১বা উৎপা

### "লৈকোন"

[ নিংথিবা পোথাকমদা চিংথুবা লোংবা ব্লাথল ভৌনা চেপলি

নোংবাননা খোং নোঙ্গিন্নুনা ]

নোংবান—ননাইবু লোঙ্গৈবীরিবা মপুও! ননাইগী মন্নমন্নীদমক

অব্রাকম কৈশুম থরাঙ্গৈ লেংশন্নুবা করিনা লমন শিংজনি মপোক-

সিমগী লমন ভোল্লবা ননাইনি।

চিংথুবা—মদ্রুম্ন হৌনৈনে, মীওঙ্গৈনা পোন্নবদি অব্রা থোদাং কয়া

মায়োক্লপদবনি। কাওক্সমরোইদবা—থোংলেম-চাওবা লোতু-

নবদা য়াম্বুংনা হেক তোংশন্দুনা ঐ-নংগী ময়ান্দা মতিক চাবা য়ায়েল চৈয়াক পিবদা নত্তনা ইমোম লাংলেনবু লাইয়া-ময়ানয়াই থাজুনা—লমজাগী অনা লাইকয়হন্দুনা ইমোমবু ওক্তা-লমহেনবী শিংলা চলহনবা। মথোঙ্গীনা ছজিক কাওবা থংজিল্লবে মং-ঐগী য়াইবী মাংশ্রনি হাঙ্গীনা চিঙ্গু থাংজিংনা থোজাবিদুনা লাইবা লমজা'উচিন-নাচিন হিংজবনি হাঙ্গীবসে। মথোঙ্গীবু শাওনিং-বদগী মথোঙ্গীভবু য়েংনিংদবদগী—মুমিং থা য়েংবত্তম য়েংজবা—মিৎনা থানা লোংমতম্ব য়েংজিল্লবা লাংলেমবু—তুমুয়ৈপাক্ত তুমু নিংথৌগী মীনাই ওঙ্গীনা ইমোমবু কবো লোই থাখিবা কাওত্তম-ল্লবা য়াথম্না থম্মোঙ্গীদা য়েক্কু‌না লৈয়নি। ঐগী শুংত্তাঙ্গীভবা চাক্লিবসে ইংননবা অচানবা নং থৌয়ম অমা পাংথোক্কবা য়াজ্রে—নাইজহনবা ওহাক্তা কৌরু।

নোংবান—স্না য়াথং— [ খুয়মজুনা চৎখে ]

চিংখুবা—হু‌ঁ—ঐনা পোকচবা ইচা কাওবদা লৈবাক নিংথৌগী ময়াথং? থজনিদো হন্দক্তি—লমন খুমগে।

[ সেম্নু চংলক্কুনা ]

সেম্নু—পাবুং! ভয়া লুকোঙ্গ লোঙ্গীজরে লেংশল্লসি?

চিংখুবা—সেম্নু! ইপা চায়মোঙ্গ—

সেম্নু—পাবুং। নমোম' থোইদি হজৎপন্ন ওমজল্রে—সজাঙ্গীদা চেপনবা লেংশল্লসিবা পাবুং!

চিংখুবা—ইমোমনা "পাবুং" কৌবদি ওস্থোক্লা নবেম্মগী থোম্মোক মাল্লিদা? চংলো চৎলো ইপা বা জরুবা অমত্তং চাংনবিগে।

সেন্নু—কনাগনো পাবুং নোংবানগন্না ? মাগা ওঙ্গৈরবদি ভাংনজ্রবন্নু লেংশল্লসিদা।

চিংখুবা—নংগী হৌমবী হৌরক্লব্রা ? চংগ্রোনে সেন্নু !

সেন্নু—ভসিদি পাবুংনা লেংশল্লি কাওবা তান্নবন্নু চৎলোই—ফুরবন্নু লেংওঙ্গৈ।

চিংখুবা—নং চবেৎ চবেৎ ভাংলম্নুকো চৎখ্রে হাঙ্গৈরমক্কদা।

সেন্নু—চৎলোঙ্গৈ -ভাংখিনি—পাবুংনা কমা হোৎনজ্নমন্নু ইবেম্মনা অঙোমদদি কৈন্নু মাখিরোইরে।

চিংখুবা—নং মঙোঙ্গৈনরা নং ?

সেন্নু—পাবুংনা হাৎলবন্নু মাজনিংদে চুম্নগী মমাইথাবদা নত্তনা তালোই তরেৎন্ন লৈম্নিবা ইবেম্মবু মাংহনগে নিংখিম্নিবা পাবুংগী পুকচেলসিবু ?

চিংখুবা—কন্নাদা লমহেনখ্রবা—নংনা ঐবু তাকপিম্নি ?

সেন্নু—ভমই হাঙ্গৈদ্রবু অমদা অমুক পি—অমদা অমুক পি।

চিংখুবা—ঐনা অঙোম নোংবান্দা নত্তনা কনাদা পিখ্রে চিন্নিবী !

সেন্নু—কাওকাভৈদা খুমনমচাদা কৎপদো—

চিংখুবা—কন্নাদা মচিন খিখ্রবা—লাইরা চাখুং—ফিখুংদবা লমদা ! মঙোন্দবো ? ঐ হৌগৎলকউরা নং ?

[ হৌগৎকে ভোবা ]

সেন্নু—[ চেন্না চিংখুবদা য়েংদুনা ] নিঙোন থম্মোই লনথুমনা লৈবা মায়োইরে [ চেনশনখ্রে ]

চিংখুবা—খোংজোং মকী মতানে ইমোম মকী লিংজেনবে।

[ নাইজহনবা নোংবান চংলক্কনা থুরমই। ]

নাইজহনবা—ননাইদা করম্বা সনা য়াথং তাকপিগদবা ?

চিংখুবা—অতৈ থোইদোকপা নত্তে নাইজহনবা। হয়েংমক ইমোম লাংলেন থোইবী কবো লোইদগী কায়রুবা হৌজিকমক তম্নু চত্তবা য়াদ্রে।

নাইজঃ—ঐ স্না য়াথং অমুম তৌজৌ তাকপিবা কিগাও শানা য়াজরি।

চিংখুবা—ঐ চে অমন্তু থাগে। অচানবা। লাও য়া অরুবা তাম্নগদবা লৈরি।

[ মরি মরি চংখ্রে ]

*"Light Off"*

# ২শুবা উৎপা

## "থারি কবো লম্বী"

[ কৈরোঙ্গজাবা মথুত্তা চৈশু খম্বা মথুত্তা বাঁশি পাঙ্গদুনা মফম থংদবা লৈ।

কৈরোঙ্গঃ—শেলৌরেন। অহিংসিদা কবো লমহাং অসিদা কয়া কুইনা লৈখিসি হাঙ্গবগে ? শা-কৈদি লাঙ্গরদুনা কবো কনাগুম্বনা ঊরগা হুরানবনি হাঙ্গদুনা কায়মবদি ইশেন-ইবাই চোপ্পদা নত্তবা চৈরাক কংগনিকো।

খম্বা—ইবাই ইবুংঙো। কংলবম্তু নশেনদি অত্তাইনিবা চৈনবা য়াজ্রেদনা লেংবিরম্মগে হাঙ্গত্রা ?

কৈঃ—হিঃ করি য়ানো ইবুংঙো ! ইবাঙ্গনা চুম্না নিংশিংবতনি। কি লাক্কনা হাঙ্গবদি মত্তে। মমা মীমু লাইরা ঙাদমখৈ ইশেন ইবাঙ্গদা উচুক য়ুংবতুম তুমিন তুমিন লৈনখনদি করিম্না কায়রোঙ্গ হাঙ্গবনি। খেক্লৌরেমবু মজা ইবেম্মবু মকমসিদা উনসি হাঙ্গনা শিংনথ্রবও ?

খম্বা—কদাইদা হাইমরুনি হাঙ্গবগে ? মজা ইবেম্মদি ঐখোই লাক্লে হাঙ্গবম্না খংলিরোই।

কৈরোঙ্গ:—অদুদি কমদৌদৌরিবা ?

খম্বা—মশামা খংবা খোরক্লবদি ঐখোয়না চংলুবম্না য়াদা উনত্রেদনা।

কৈরোঙ্গ:—য়াদু য়াম্না সোঙ্গরেনে, অনকপা লম হম্বৎ হন্দা য়াম্না ভোঙ্গনা উমরদুনা লাক্লখম্না য়াই হাঙ্গনা খোরকনি হাঙ্গবম্না লৈত্তা। পাও ফাওনখিদুনা লাকনি হাঙ্গনিংঙাঙ্গম্না নত্তা। মশানা খোরক্লি ফাওবু ঙাঙ্গরবদি কুমশিংগীদি সোঙ্গরেদনা ?

খম্বা—অদুদি ইবাই ইবুংঙো ! হন্নসিন্না ?

কৈরোঙ্গ—মুক থাপনা য়ারেমখৈ লাক্লগা করমনম্না—অদুদি— খং— মমাংঙৈদা মজাইবেম্মনা কবোলোই কুম্বদা ইউ উনরম্নুসি হাঙ্গ-নথ্রবরা ? মখক্কম্না মউনশি শিংনখিত্রা ?

খম্বা—ভৎতনা লাকউদি হাঙ্গরমই।

কৈরোঙ্গ—মকম কদাঙ্গদা ?

খম্বা—মকমদি হাঙ্গনজদে। তুমুয়াকপগী লৈকমদগী খয় লাপতন্না বাঁশি খোংলকউ সোঙ্গদনা খোরক্লেদি হাঙ্গখি।

ফৈরোইঙ্গী — অদুগা কৈদৌরি শেংলোইবেন ? থোম্বথলো — মুজা থম্মোই
 কাইনা বাঁশিদো !

[ খম্বা খন্না চংশিন্দুনা বাঁশি থোংখি ]

পি থাদোই — পি থাদোই — পি থাদোই
থাদোই — থাদোই — পি থাদোই !

[ থোইবী মঙ্গুংদগী ঈশৈ শক্লকই

ফৈরোইঙ্গীঃ — শেংলোরেন ! মজাইবেম্মনি ।

ঈশৈঃ —

পি থাদোঈ পি থাদোই
পি থাদোই চেক্লাও
কুমলাং চুপ্পা লোৎলুবা
লমদন কৈথা লৈদুনা
মুংশি থাদোই কনাবু
থিরুবগে চেক্লাও !
কুমদি কালেন ওলাংথা
নখৌ পোংনা তেংথাবা
থোইদা থাদোই কনাবু
মুংশি ইখৌ লাংবগে ?

ফৈরোই — সোইদ্রে শেংলোরেন । ইবাঙ্গী সিদা মুম ভাইরমগে ।

[ খম্বা চংখ্রে ]

*"Light Off"*

# তশুবা উৎপা

## "অচিকপা মক্ষম"

[ থোইবী কবোগী কঙবা কিজোম্দ হায়গী ঈশৈ তশবা তপনা খম্বা চংলকই অনিমক মুংবংন ফুংশি মিচাবখি। ]

থোইবী—কাওদি কাওবিদবোইয়ে ইবুংঙো ?

খম্বা—খরাঙ্গী ওঙ্গৈরিবা মজাইবেম্মবু থাদোক্কনা তাইবং লাঙোল কুংম্মোয়া ?

থোইবী—অদুনা ওঙ্গৈরেকো ?—থংজয়ে—নিপা ওঙ্গৈবগী ওহাক নিংলকপনা মাংওঙ্গৈনবিদুনা হৌনসা খোংচৎ কাঙ্গৈদনবা লাকপিরিবা ?

খম্বা—ইশাতগী য়েংঙমদবনা—মজাইবেম্মগী মিংচৎ থিবা থোকত্রা খল্লুবনা—য়াংলেন মিকুপ অমা থাদোক্লিংদ্রবা মুমিং সিঙ্গুম কয়ানি ফুংশি মৈচাক থাংলুবা ? মুজা ওঙ্গৈবীনদি থংদেদো—পাবুংনা লাইয়া ফুংশিবিদবদগী লমজা [ শাওনা ] পান্বীদবদগী চুয়তা য়েংঙবনমু পেঙ্গরম্বা মোইয়াং থোইবী ওসিদি কবো লমদমসিদা কনা লৈজদ্রবা পিতৎ পাতৎলবগী খম্মোই শেগাঙ্গৈদুনা মুনবিয়গা অনৌবা শকওং উৎপিয়ি। সিনদি খম্বগী পুক্লিং থিংঙম্মরোই !—হাঁ—থুমনবু কলক্কনা—খম্ববু য়েংনিংদদুনা ? মজাইবেম্মা হুজিকমক লেংলসি ঐ থুমন মচানি থুমন লমদা ইংনা পাল্লুরসি !—

থোইবী—ইবুংঙো ! তাকপিবা ইপ্পুদে হঙ্গৈনা য়াঝোবিয়ু। পাবুংম্না য়াথং নিঙোন ওঙ্গৈবীমা ইপ্পবা—ইশুংলাংগী পাম্মুবনা শামু

খোংদা য়েৎ লাখোঙ্গৈখোংদা পুন শিবা মথাক য়াবিখিবা—সুজাসু নতুংলাংগী কবোদ মীনাই ওঙ্গৈঠুনা থম্বা মাথোক য়াকঠুনা লমম থয়দসু শিংজগে। অতুগা ইবুংঙো! ওসিদি ননাওগী নিংজ-পুক্লিং শেংদোকচরি—

মোইরাংনা লমহেমবী হাঙ্গৈনমবী কেগেনা ওক্তবী শোম্মরবী তাঙ্গৈবং পুম্বনা চিংনম্বসু পাম্মুতনদি শেংনা থংবিরি—থিংওম-ত্রবা সুংশিগীদমক্তদি সুজা থম্বাঙ্গৈ পাম্মুদা কৎচরি— পাবুং ম্না য়াথং নত্তনা থিঙোন ওঙ্গৈবীগী কাম্রত্রবা হকচাং সুংশিদা কৎচবা ওমজ—ত্রি—

[ অনি য়ানা য়েংনথি ]

[ য়ানা ] পুজিগী লোম্বীরত্ত্দি মানজা নংনা কুবিয়ু।

[ থুমথি ]

থম্বা – [ চিংখত্তুনা ] নৈমরোললক্তগী শকহেনবী! সুংশি চেংদো য়েংঠুনা খোয়দা য়াম্বা তাঠুনা তাঙ্গৈবং লাঙোল থমজব চিংহু থাংজিংবা কুবিসু !!

[ থুৎক-থুৎকা পাঙ্গৈনঠুনা অনি সুংওঙ্গৈনা নোকমি য়েংনথি ]

খোইবী—য়েংবিয়ু ইবুংঙো !

ইসুং ইহৎ লোঙ্গৈরক্লে
লমজাও লাংম্বে থানবীর
শাবন য়াংবী থক্ত
ইসুং নৈ চম্ খোজৎলুবা
ইসুংয়াই খোঁহয়রক্লে
কলক চাওবা মত্তমনা
কাঙ্গৈনা মৈনা চুদোরে।

খম্বা—কম্বিগী কাঙ্গনবা ? সুংশি শকতমনা থম্মোঙ্গদা লেংদ লৈরিবৈ মহৌশাগী উত্তমদবনা থিংত্তম্মোই। অম্বা মাঙ্গথোং থাদোক্লো, মোমোন নোঙ্গা পোথারুম্মো—সে—

[ খোইবী নোকখি ]

খোইবী—হনবিম্মো—য়েংজ শরুক্কা লেপচহোংগে—

[ অনিমক সুংশিনা কাঙ্গনবা ওমদবা মিৎয়েংদা খম্বা চংলি। খোইবী য়েংহৌনা— ঈশৈ :—]

হায় মানজা সুংওনবা
ইমান মচা খোঙ্গদাবা !
শেম্বী লোয়দা কুমজুনা
লোইবী চিংবু কায়গা
পামেল শিংজা লাংবদি
সুংশি নত্তুংলাংগীবে।
পম্বা চেপসি লোংনিদা
নিত্তোল খুত্তা পাঙ্গহুনা
লেমলৈ ত্তামি খেবম্
পাম্মু নহাকথককিনি।
য়াঙ্গ কৌবদা হাঙ্গম্মোঙ্গ—ওমদে কৌবদা শোম্মোই !!

[ থাপ্পা অনি য়েংনখি ]

"Light Off".

## ৪শুবা উৎপা

### "কুম্বী তেরা থা"

[শৌরা পোৎ পুতুনা য়াম্না ৱানা মমাইদগী হুমাং মথুৎনা ৈভথোক্তুনা চংলকই। ]

নোংবান—[মঙ্গুংদগী] শৌরা!—হায় শৌরা ননা তাত্রা? তেরা মখোংদুদা পোৎতু থাখো।

[শৌরা পোৎ থাদনা শাওনা চেপনা য়েংই নোংবান কম্না চংলক্তুনা—]

নোংবান—শৌরা নংবু ঐনা হাঙ্ইবাসি তাত্রা? পোৎতু তেরা মখোং-সিদা থারো।

শৌরা—থাখিরোই কৰো য়েৌনবা চৎখিনি।

নোংবান—ওসি ঐগী সুংওাঙ্ইবা সুমিৎসিদা নিত্তি নশিপ্পাং কাঙ্ইদনা চক্রি তৌম্নু ঐনা হাঙ্ইবতা ইন্নু—

শৌরা—খোংনা চৎপা ঐতম্নু ৱাথ্রি য়াঙ্গোঙ্ই শগোলদা সুংওাঙ্ইরেমখে চৎপা ইবোংলবু ৱাবিত্রা? য়াঙ্গোই তেংথৎপিখো—শগোল কিশনবিখিম্নু কৰো য়েৌনা লেংসি—

নোংবান—ইবো নংগী ৱাসিদি মলোম লৈবা ওাংলেদা—

শৌরা—ওাংহোদবা য়াত্রে—সিদগীদি শিদৌদা ও'ঙ্ইরেৱা কবিনো। মুক শাংবসি পোৎচাওসিগা য়াঙ্গোই মতুং ইন্নক্রে। সিম্নু তোক্রো—নোংওাম্লগা তপ্পা মরাকসি য়াদদুনা তুমদ-চাদমখে লাক্রে-হুজিক অমুক কুম্বী সিদা চাদ-থক্তবা মখে ওাঙ্ইরসি সিনিনে।

নোংবান—ইবো সৌরা ! নংসিদি মমিং মরক্কে সৌ-সৌ লাওখ্রেদহে। নংগুম্বা অপংবা খংব্র' ? লমখাংসিদা ঐনা লৈজবা মখৈ কেন্থুনা ভাঙ্গীরগা—হোরেন মজাইবেম্মনা লমথাপ্পা লাকপগী য়াবনা চোকথরবা—পোথানিংভবা অদুদা নংমা থাগদবা কক্সরবা ফিদা অদুগী মথক্তা সোঙ্গৈদনা—হিপ্তুনা পোথাৱনি মদুদা ঐনা স্না ইবেম্মবু কৈরুদা মোন খা'হন্দুনা খুৎ অসিনা স্না ইবেম্মগী স্না মাইথোংদা কাঙ্গৈদা কাঙ্গৈনা হুমদুনা অৱা পোথোকহন্নি। মদুদা মজা ইবেম্মনা পেল্লদুনা মোম্মোন মোম্মোন নোক্তুনা—

সৌরা—[ খোন নৌথমা ] "সাঙ্গীরা মরানবাঙ্গী পাংভরগে" হেক চাঙ্গীরকপা !

নোংবান—শকথিবা নং নমাইত্রু হেক্কেরা ? নিংলকপা পুম্বা পুমকাঙ্গী হেক কাঙ্গৈদা—পোংতু থারোনহে—তেরা খা সিদা কজনা ফিদা থাও—খুদৈশেল, কাওশেল, ক্বাগোকনচিংবা পোৎচৈ পরেং পরেং নিংথিহল্লু।

সৌরা—থাবা মতাখরে ? মজা ইবেম্মদি সোঙ্গৈদনদি লাঙনিকো ?
[ থাবা ]

নোংবান্—লাক্কবদি হাঙ্গীরুম্নু—মোঙ্গৌবীমা নোংদোন লাইজ ভাঙ্গী-বগুম—নোংবান ঐগী ইপাওতা য়াবা ভাঙ্গীক্সরবী মজা ইবেম্মনি। মাইজহনবগী মাং থানা লাক্লগদবা স্না ইবেম্মনি।

সৌরা—[ ফিদা থানা ] অথংবা ঐবুদি মতোক্লগে—খংদবা কনা-গুম্বনা ভারদি।

নোংবান— থংবা-তাবদগী য়েম্না কেগে মোইরা তা নত্তনা তাঙ্গৈবংনা মমিংনা উরদোরেদনহে ইবো ! ও'ঙৈহাক্তা গাঙ্গৈরে কুম্বী তেরা খাসিদগী স্না ইবেম্মগা ঐগা— য়েৎকা ওঙ্গৈগা থুং শম্নহুনা নোংবান ইরানয়াই তম্না চৎলগা— খোন্দুম-মে'ম্ভেক্লা লৈতেংলবা লু-হেন্নবা কমুং থক্তা মজা ইবেম্মনা লম লাম্না লাকপগী অম্না পোথাবা নং-ঐতা নত্তনা মীপুম থুংনা মমিৎ পেন্না উজরনি।

[ পোৎচৈ কম্থোক্তুনা শেম্মি ]

সৌরা— য়েংজনিংঙেদা— উজনিংলেদা— ইঙো সেন্দুংবা ! যদ লৈত্রিবৈঙনা হোদোং হাৎলে হাঙ্গৈশুম্বদনা। মজা ইবেম্মা থুং চনবিত্রিবৈঙনা তাগোই তরেৎ তাম্থোকপিখিবা অহুনা মথুং য়ান্দুনা ইবোহনবু থাগৎকদবদো ননাই সৌরানা মিংসিনা শং- শং উইদা।

[ নোংবান কিদাদা খোংগ্রাই চম্না কমহুনা ]

নোংবান— মবেম্মা লেংশন্নসা মীগাই ওঙ্গৈনা থম্বিগে য়ামবা কৌশন- বিনি। য়ারেম কারদে ইবো ! মতমসি কনা খোংজন্নক্রেহে। লেংঙকপা য়ান লৈরে। সৌরা ! ঐসি কজম্বিনি লেপ্পীম্বিনা ইবো !

সৌরা— কজয়ে—ঙেৎম—ইঙো অতবা ! মুংঙাবৈবিটৈ মতাং অসিদা মমাংদৈ শামুখোংমেৎকী অহুঙবা— অনিশুবা দাহাও মচাগী কাদা য়েথলে হাঙ্গৈহুনা খাংথাং পাঙ্গৈহুনা থোংলেম্না—

নোংবান— [ কিনা ] হায় ! পুক্নিং লৈতানা লৈরোবসিদা মিহন চেন্দুম চেজানাবা য়া —মজাইবেম্মহুম লেংঙক্লাঙকপ্রহুম য়েংউহে ইবো !

সৌরা— লাক্কে ইবোহল !

নোংবান— য়েংস্ত য়েং'দনা ?

সৌরা— য়েং'ত্রস্ত উরে। লাকপ্রমে ?

নোংবান— অথাপ্পদা উত্রা য়েংউনে।

সৌরা— লাকপ্ত লাব্রব'দি যেং'ত্রস্ত মরাঙ্গনা লাকচনি। পংপা পাখৎনু ইবোহল ! "চানিংমল্লবদি লেক্কু'না তোকই" হাঙ্গবস্থ মরৈ। তপথো—

নোংবান— অক্বা থবক্তা পম্বা হৌনদে ঙমইবা মথৈ থুজনগদবনি।

সৌরা— অদুবু ঐনা মজাইবেম্মা শাবা য়াবস্থ নঙা কমদৌজৌ হাঙ্গবগে ?

নোংবান— [ য়েং'ডুনা ] অদুবু হৌজিক কাওবু লাকমন্দে হাইমি ? মাইজহনবত্তবু কদৌরনো ?

সৌরা— অদুগা ঙাইহাক্তং লাঙ্গোই তোং'ডুনা কবোতাম্ন: অদুক হংবিরুদনা ঐস্থ ঙহাক ভুম্মগে ?

নোংবান— [ মু ঙাঙ্গনা ] য়েংউনহে সৌরা !— [ সৌরা য়েংদে ] আদগীসিবু মমাও ইবুংঙোগী পাম্বোম ভুম্পাকযুম হঞ্জবা নত্রনহে ইবো ?

সৌরা— ওঙ্গবদি— ওঙ্গিরিনিদনা।

নোংবান— মজাইবেম্মদি উদেনহে।

সৌরা— লাক্তি লাকওইদবদা— কদাঙ্গ উদগে।

নোংবান— করিগী ? করিগী লেংঙক্কনি।

সৌরা— উত্রা য়েংবিয়ুদনা।

নোংবান— উদেনহে ।

সৌরা— মজাইবেম্মা লেংঙক্তুনা ইবুংঙোহলবা উবিস্ত্রিবনিদবা ।

নোংবান— কম্বিনোনে সৌরা ?

সৌরা— ঙসা ইনদুম লমকৈদা শম উহন্নিংঙবনা খঙ্গা মমানম্বাই পাংলম্মনি ।

নোংবান— ঙাম্নিংদেহে ইবো। ওঙ্গমরোঙ্গদবা মুমিংনা নোংচুপতগী থোমক্রে হাঙ্গিগুম্বা। মজাইবেম্মনবু লাইমা চুদংমবা লমজাদবু লৈবিগস্ত্রনহে ? মুপী অজাং হাঙ্গৰসিদি থমা লুনা তৌবদা অঙ্গক মাওথি স জবতনি। মজাইবেঙ্গনবু খবদা লৈগে নিংলবা নহাম্মা লৈখিবা ম্মারে। লৈবাক নিংথোনা পিরে—চুম্মা পিকতা মঙনা নমঙনা খবগী অনা লাইকমহন্নুরে। কম্বিগী লৈনিংদত্রনা কবোদা চেন্দুনা খাংলি ? মাঙ্গথাব লমজা খঙ্গা হাঙ্গবত্নুনদি ইকাইদি নাইদবনিনা নে-নে মশক য়েংনিংদবা মঙনা। ম্না ইবেম্মনা খেম্বী লোইকুম্বা। নোংবান ঐথোঙ্গদি মুপীদদি চোম্মিদেদো— থোঙ্গনা চাওনা চুম্মতা পাম্বিবা ? নোংবাৎ ঐঙোন্দা—

সৌরা— তুমদা চাদবন ইঙ্কো সেন্দুংবা ঙহাঙ্কা তুমিদ লৈসি। য়েংবিম্ম নাইজহনবা লাক্লে।

নোংবান—ওঃ হপ্পবা ! লাকপিসি-লাকপিসি ! মজাইবেম্মসিবু সৌরা ? উদবা সিবুনে ?

সৌরা—হপ্পবদা হংলগা খংগদবা মরৈরে কৈদোগে ইবোহল !

লাইম—[ চংলক্তুনা ] আঃ কবৈদা লেম্মিদা কেগে মোইমাং পাখং মমক্তগী তোমখিন ফাওমবা কোম্মানবা ! সিমঙ্গা ওঙ্গমে

কবোদগী মঙ্গাইবেম্মনা "অঙোম ইথৈদো" হাঙ্গিদুনবা
শোল্লকইখী।

নোংবান—[ কেদুনা ] অং হঞ্জবা।

সৌরা – হঞ্জবা! ঐখোঙ্গী ইঙো সেনুংবসি তাদোই পুম্বা থাইনদুনা
য়ং য়ং লাওবা পাখং লৈপন্দগী উথোই খিঙ্গৎপগুম্ তনৌ
তনৌরবনি।

হঞ্জবা – সৌরা নখুংগোনি হাঙ্গিবদা পোংনিংঙাঙ্গিনি।

নোংবান—হঞ্জবা! মঙ্গাইবেম্মা উদববু স্না হকচাং কা ইবরা?

হঞ্জবা – সেনুংবা! পুক্কিং তিম্ববা হাঙ্গিবসিদি হেকমক মকাওবোঙ্গিয়ে।
মঙ্গাইবেম্মসি হন্দক কবোদা লৈরুবসিদা লৈবা অমা পক্লে—

নোংবান—করম্বা লাইয়োং হঞ্জবা?

হঞ্জবা—কুম্বি য়োরকপদগী "অয়ো অয়োত" হাঙ্গিদুনা চৎপা ভমববা
লৈহৌয়ে।

নোংবান – অদুদি সৌরা! ঐ পোদুনা থোগদ তৌরকে। সোমগী
নং সোঙ্গিদমবা।

হঞ্জবা – ঙাখো সেনুংবা। মদুমু য়াহিক্তি।

নোংবান— কমদোসি হাঙ্গিগে।

হঞ্জবা—মঙ্গা ইবেম্মগী লাঙ্গিনাসে য়াম্না লুখে—মাইবা চংবা য়াদে—
নিপা শোকপা য়াদে – চুম্বতা নিপা থাপলপ উবদা সোম খিংদুনা
হেক্কা রাম্নে।

নোংবান—ইস্—অদুদি করম তৌনি হঞ্জবা? লাইনা কাদি কবো
মচাদা হংলক্ত্রা?

হঞ্জবা – কবোরাই কৌই হাঙ্গিয়ে।

নোংবান—লাইয়েংদি থংলকপ্রা ?

হঞ্জবা—শগোল তোংলবা—য়াঙ্গোঙ্গী শোক্লবা হেক্ কৈ। ছজিকপু কদাঙ্গীদগী শগোল লৌরু'নদো।

নোংবান—মদুবু ওঙ্গৈরদি লোঙ্গীরে। সোৱা ! ঐগী শগোল মঙ্গেবী পুরকউ। শাবনকা নিংথিনা অত্তো ! হঞ্জবা ! সোৱানা পুজগক্লনি ঐথোই হান্না চংলসি।

হঞ্জবা—সেলুংবা হাখিনু ! ঐগা লোঙ্গ'রক্লিবা ওঙ্গোক্ল লুনা লাক্লবনি। য়ান্না থাপ্প' ঐনা মাংদা চৎলগা মজাইবেম্মনা ভু'দ মিৎ উই-শিন্দুনা ইন্নরক্লিবনি। শগোল খোৱাং তৌ সেলুংবা ! ঐ মজা-ইবেম্মা লৌরুখিগে। [ চৎখে ]

নোংবান !—সোৱা থুরো—শাবননচি'ব' নিংথিনা চেকশন্না ল্লেংহৌ। ছুরেন মজাইবেম্মনা নেৎপদা সোঙ্গীরবদি ইবো ! নং নথব্রাই মাংলে। লাইনা কা পকহনবা যাদে অতে ! ঐগী মন্নমগী দমক শেংলবা ম্ন' হকচাংদা "কবোৱাই" !

শোৱা—ৱাখন্দি কজৈদ ইবোহল ! [ চ'গে ]

নোংবান—চিঙু থাংজিং। ননাই নোংবান্দা অৱাবা পিবিয়ু মজা-ইবেম্মবু লাইকোকপিয়ু ! লমথাংসিদা অপনবা লৈতনা যোইৱাং লমদম য়্যোহনবিবা চিঙু থাংজিংনা কুবিয়ু। [ থুরমই ]

[ নাইজহনবনা খোইবীগী চৈশু মতোন পাইদুনা মাং থা খোইবী মমিৎ উইশন্দুনা তপ্পা তপ্পা চংলকই ]

নোংবান—ইবেম্মা লেশল্লকশি—খোগালম্ন য়াদ, ননাই ওাঙ্গৈজরিয়ে—খোইবী—নিপা মখোন—আঃ—হঞ্জবা।

[ কমথৈ। হঞ্জবনা নোংবান্দা রা ওাংগু হাঙ্গনা ইঙ্গিত তৌখি।
নোংবান ইরাংহৌনা থাংখি।]
ইপু য়াঙ্গোষ্ট কা কংলয়োইকো ?
নোংবান—থৌরাং পুম্বা লোঙ্গিজরে। ওহাক খুদাদা পোথাখিসে।
থোইবী—সোর খিংলে—
নোংবান—[ চংশিন্দুনা ] ইবেম্মা! পোশমুজগে কোনবিরকউ।
[ মনম্ ওঙ্গোক্তুনা কমথৈ ] হঞ্জনা ! ইবেম্মগী থৌগল—
থোইবী—কনানো ইপু ?
নোংবান—ইবেম্মা ঐনে।
হঞ্জবা—ইবেম্মা সেলু'বনে !
থোইবী—ও:— [ শোর হন্থদুনা ] ইস্— রারুরেদা—
নোংবান—ইবেম্মা চনিং তানা সোর তপ্না হন্থবিয়ু। খুদাদা ওহাক
পোথাদুনা চেম্লিসি। রারেগা ইবেম্মা !
থোইবী—ইপু। কিদা অমত. থাও ওহাক্তা পোথ গে।
নোংবান—হায়া থৌরাংজরে। লেংশনসি—ঐ পোজগে।
থোইবী—ঐগী কনা উদ্রবসিদা ও:ঙ্গাক্ত. রানা হোৎনবিরম্মেদা করিনা
লমন শিংজনি !
নোংবান—করি রানো ইবেম্মা! অতোপ্পা লমলানবদা ম্না রাথং
তাকপিগদবরু ? ইথৌ তৌকম থোকপা ঐতোন্দা করিগী
লমন ?
[ থোইবী হৌগৎতুনা ]
থোইবী— ইপু ওহাক পোথাগে।

হঞ্জবা— করি ইবেম্মা।

নোংবান— ইবেম্ম' ভু লাকনি ম্না থুং শমজগে—

থোইবী— য়ারনি কৈম্থ থোইদোকপা ভোজস্রে। [চংশিন্দুনা কপখি]

নোংবান— নে হেক ভাইদা— করি করি হাবা য়াংগদবা মা নিংয়েং ভাবিয়ু—

থোইবী— কৈম্থ নৈতবী এঙ্গীদমক্তা শুক নিংখিজনা থৌরাংবিরবা চাজস্রবগী পুমপেল পেজরে।

নোংবান—ইবেম্মা পাবুং ম্না য়াথং খিৎ থুমনখিবনা ইবাং লাংহৌস্রে। [চংশিন্দুনা কম্‌থনা] হৈসি ইঞ্জগে। [কোমলা খোকই, থোইবী চৈশুনা খন্দুনা খর হন্দোকই নোংবানগী চংশিল্লি]। হৈসি হায়গা থক্তা কারিবা দুংশিৎ অপাঙ্গবদু মরাইনা হাইখজবি।

থোইবী—হৈ মনম ভারগা থুক থুক লাওই। ভা সেলুংথুম হায়ো। "ও—ক্"

নোংবান— করি মিঙ্গোনো ইবেম্মা! লমদমনখিনি— চৈসি দুংভাই-ভেদ'— [ লৌথোকে ভোই থোইবীনা চৈশু পাঙ্গথুনা থমই। ] নমথগে সে।

থোইবী— অয়ো—[ নাহেনা ] হঞ্জবা! খয়া থুনা য়াঙ্গোই নাক য়ৌসি চৈদোন পাঙ্গথুনা লমজিংও। [ হোগত্তুনা মমিৎ উইশিন্না চৈশু মচিন্দা হঞ্জবনা চিংথুনা "অয়ো" হাঙ্গনা নাহে-থুনা থোকখ্রে। ]

নোংবান—ফজৈদকো ইবেম্মা! নারবা ভমত্র কাওবদা — হাঁ—

নংনবু কোংয়াম্ব ঐগী তাদোই ওঙ্গদনদি— য়াম্রোঙ্গ থক্তগী তা লাক্লবদি নোংবান ঐ মাংজরেদকো। [ মখুৎ লোম্লনা ] হে লাইনিংথৌ মাজিং! মনাইদি মুপীনি খুঞ্জি পাঙ্গনা শেম্লবিয়ুকো! সৌরা! নবেম্মা! সোঙ্গনি চেকশম্না শেম্লোহে। হাঁহাঁ—হাঁ লাইনা তোংলেদা— সৌরা!

সৌরা—[ চেনশনলক্ত্না ] ইঙো সেনুংবা! করি তাকপিগদবা?

নোংবান— য়াক্কোইসিবু থৌজিল্লকপনা থরদা লাপথোকখিবনা অমুম অমুম হেল্লক্লকই। নবেম্মসিবু শগোম্না চেল্লবা হাইমি?

সৌরা—পুখ্রবদি ফবু খৈনে। ইপু ইনাইনা কম্না কম্না তাম্লিথৈ থুরে মথৈ ছাম্না য়োজয়ম্নবা।

নোংবান— এঃ এঃ — থৌজল্লক্লে, থৌজল্লক্লে। হন্দক্তি ইবো! খুঞ্জি পাঙ্গদুনা হেক্তা কারণা চিংদুনা মোইরাং তম্না চৎমিল্লরগে।

থোইবী—[ মনুংদগী ] হজবা! ঐ হাল্লম্বগে।

নোংবান—সৌরা! মজাইবেম্না লেংথ্রমাল্লেনহে? হজবা! চাম্লনা লেংখ্রবম্না?

হজবা— লেংবা লেংদবদি ঐসু থংঙমত্রে সেনুংবা! চৎলগেদি তাল্লম্মে। ঐসু হাল্লম্মগে। [ চৎথে্র ]

নোংবান— চাম্লত্রনহে সৌরা?

সৌরা— হা কবুই কৈওইবা ননিং নমাং হোজ্রোং হো নতু লৈমা কা কোক্।

নোংবান— [ মখি শেমজুনা ] তুমিন লৈয়ুহে। হে—হে নোংবান্দা লংনরবদি খংলোইরবদো। মাঙবগী শগোল! সুংশিংকী মাং থানস্থ থৌজৌহে। মিকুপ্তা নোংবান্না শগোল মমৈ থস্তুনা কাগেদো। নহাদে নোংবা.ন্দ অঙোম নিংথৌ মপান্নিদে খা—

[ মখোং খিন্না চেনখে ]

সৌরা— তান্নো—তান্নো মখিদা খোশাবা, নুপীমা পাম্বিদা মীপাও-থোক, য়েনা কাংক্রম মকোন থোক! মন্নিংগী সংবাই নাতংপা তস্— চিন্দখি পেলহৌগে। মাগী মচেং চারিবা ঐ মরু' নুক সুংশিত্রবদি কেগে মোইরাং কনানবু— সুংঙাঈ:র – ব্রাই শং-লেদা— হাঁ— মন্নামসিদি ইথুম্ভা ভুখা তান্নেদো। কংলগা তপ্না মচংলগে। [ ফিদাদা খোংগ্রাইচন্না কল্লগা হুংশেন য়েংই কে ] খিন্নবস্থ রাশি অমদি—হুম— মসিনা ওঈবা য়াদে– [ কোমলা খোক্তুনা ], হাঁ— মজাইবেন্ম! ননাই সৌরা ইপ্পগে মযাদা তাবা ওঈয়ুকো। সে— হাও ও। কনি তাদ! [ মথক্ত চাখি ] থন্নাইচাওনা সুক হাওনা, নিংথি কজনা লাংজবা মিংচিনা ফেং কাও য়েংখিদেদা। সুংশিথ্রবোইদা থোইবীনা নোংবানবু সুং-শিবসে। হাঁ—হাঁ— অপং! নংগী মী ওইনিংদেদা, অপংবা নংনা খংদেনে— কুখী তেন্না খাসিদা নোংবান নংবু থোইবীনা পান্নবা থব্বু সুংশিদনবা লোইওকহনবা নিন্দুনা তোক্লে, চুপী মাগী অপাখা নিপাদা, সুংশিবা হেনগৎহল থোইবীনা ভাং তৌজুনা, থব্বু অপাম-সুংশি অন্নোবীদা, শিবা কিদা শগোল-তোংজুনা সুংশি নাক য়োথ্রনিদো।

ঈশৈ:—

হা — কাক্তাগী মুংশিৎ নামিবনা নত্তে
য়াম্নোই শগোলনমু নত্তেদো
নিঙোল শমলাং মৌসিং চনবদি
মুজাগী অয়োবী পুক্নিংনদি দে !!

*"Light Off"*

## ৫শুবা উৎপা

### "লম্বীদা পাম্বোইবী"

[ খমনু অঙাওবীগুম চংলকই ]

পাম্বোই— লাংলেন নংদি কদাইদনো ?

খমনু— পলেম মানবী ! ইমাবু মমাংতা নমোম্না শিং চল্লিতৈদা ঊনখিবদু—

পাম্বোই— মানি ইমানি ! নংনা অঙাওবীগুম তথক তথক চৎপদি কদাইদনো ?

খমনু— ইমাও ! ভোম্নবী খমনু ঐগী অরা মৈরকসিদা— পোক্-পদগী লাংকমতনা মশরুক ওইরবা ইপ্‌াদো— য়ুংদা লেংদা লৈজবা— "মজাইবেম্মনা লোইকারকপদা চিংদুনা পুক্রে" হাই-জনবিদুনা লৈপাক মমাংদা চাইনপুং খোম্দুনা নোংবান হাইবদুগা চাইনদুনা মরাইবক চাংয়েংনরমদাই— পাম্বা ঙাওদুনা মী শোক্রে খোইয়েম্বাক লমহাংদা কৈপন্ শেমশে চংনা পাম্বা

ফাবা হিংনা কৈরেন নম্বঙম্বা অচুম্বনি – চিঙুগী ফেনতম পাম্ব ম্নারক্তা থাজিনখে — অসিবু শোল্লবী মুপীজানা করম থাং-দুনা লৈগবা পলেমও ?

পাম্বোই— উম্ — লাঙ্গী শানি— মপাঙ্গল তমখিনা কল্লবা কৈজ উ-নি। অদুমকপু— অদুগুম নখোঙ্গীবু পোকপা পম্বো পুম্নেনবনা চংনা কৈরেন ৭ পু অমুক্তদা ফাখি অদুগুম্বা অকনবগী মচা অকনবা মপাগী মচে ওঙ্গদুনা কেগেগী মুপী ময়ক্তা নগুণ শাৎনা ঙাল্লগা অশোববা পুক্লিংনা পেহৌনফদে। লৈপাক্তী অৱাবা কয়াম্ন নপাবা কোকহল্লে হুজিকম্ন লৈপাক্তীদমক মথৱাঙ্গী পাম্মুদনা মায়োক ম্নাম্নি। লান্দবদি মাঙ্গখিবা হৌনদে লাইদুম নিংউ— চিঙু থাংজিংনা কুবি ন। হল্লে' নৌপাগীদমক চিঙুদা লৈজবা কৎচরু।

থমনু— পলেম নংবু লমদমকৈদা লৈবীনো ? নমোমগী পুক্লিং ফারিবী ইমা নংবু কনানো ?

পাম্বোইবী ঙ্গৈশে ঃ—

হাদ ইমোম মুংওনবী
পাম্নি চাওদ নাওম্নোকপী
পলেমনা খংহন্দ নাওকোল্লি।
ভুংগী শমজী পুল্লগা
পলেম কৌবদা পাওথুম্বী
নমু ভাঙ্গবং শেনবীনি।
শমলাং চোঙ্গনা ভাম্নগা

থোইনো য়াংদৌরোই ওঙ্গবিবী
পায়মা লৌশিং পীবিনি।
ইদোম ইথন লাংওনবী
হোনশা চেংলৌ লেংদবী
থোক্তিদ্রৈঙদা পাওজেনবী'নি
[ চৎখে— থমণু কপ্পা য়েংহৌই ]
"*Light Off*"

# ৬শুবা উংপা

## "থোইরেন্তাক"

[ নোংবান নিংথমশমজিম্মা লৈতেংনা মথুক্তা তা পাঙ্গনা হয়াওনা পানা চাওনা চাদ্রু না চংলকই। ]

নোংবান—পাম্ব কৈরেন লৈবা থা লংবা মাঙ্গকৈদা লমজা মচা থম্বা থাজনখে। মা কদাঙ্গনা লিংকনি? মাগুম্বা মতোমতনা কাবা মতিক করি লৈনি। কৈ হেক থেংনবগা পাম্বা য়াথোং লোন্দুনা শিবা—মাবু লৈত্রবদি—ঐস্থ কৈ কাদবা য়ারে—মজাইবেম্মগীদমক্তা ঐ সোঙ্গগনি হাঙ্গছুনা লৈবাক চংদ্রনা মকাজপ্রনি। হাপুং ময়ক সিদা মুংঙাইরেমথে পোথাদ্রুনা লৈথেংকে। হাঁ—কৈনা শোকপদা থম্বনা ল উরকপা ঐনা ভাশন্নদনা মুংঙাইরেমথৈ লৈথোকপা হাঁ.... .... .... ....
[ য়াম্না মুংঙাঙ্গমা চংশিনবদা কৈ খৈড্রুনা থংনা হুম্দুনা ] হায়—

পাম্বসিদি অনি শুবোঙ্গৈনা সোমদম্ব অমা ?— [ খরা চংশিন-জুনা য়েংবা ] মসিদি ইরেং লেংদে— কৈশিয়া ? মসি কারগা পুরবদি— লৈবাক্না কৈশক ওইরে হাঙ্গৈগত্রা ?— ওরুগে ওয়ৌ এৗগী শরুক কারে। খম্বগী শরুক অমা কাহন্নু হাঙ্গৈরগা লোঙ্গৈরে। মরাঙ্গৈনা কৈনা চাত্নুনা মশিজনি। এৗনা কুম্মৈ য়েংদুনা লৈরগা লোঙ্গৈরে— মসি তুমিন্না কাবদি কত্রে লৈবাক ভাবনা লাওহৌদবা য়াদে—

[ লাওনা ] কেগেদা পানবা নোংবান্নি
অঙোম শাগৈগী মৈরানি

কোংয়াম্বনা কনাবু কিরুনি
খোইরেন্তাক্পী লম্পাকনি

মোইরাংনা শাবা কৈপঙ্গি
পাম্ব লেপ্প থেংনরে

কৈরেন চংনা কারনি

নিংথৌদা হিংন কৎকনি
মনা চাওনা কংজুনা

শিদ মিংচৎ খমলগে
নহাদে নোংবানদে

অঙোম শাগৈ মচাদে
নারক্কা লৈবা শা মচা
লৈরম্মু খংগনিদো !

[ মখোং থিন্না চোংশন্নুনা ভানা থিনগে ভৌবদা পাম্ব শাওনা ভংজুনা নোংবানগী তা কাদুনা চিংশনখ্রে। ]

নোংবান— [ কন্না তা চিংথোক্তুনা ] ইন্নাঃ তা কাংথুনা কমদৌনি ?
হা ইতাও খম্বা পাবদা লাকচরে মংনা কদায়দনো ?

খম্বা— ইতাও। ঐ লাক্লে কিগনু। [ খম্বা চেনশিন্নক্তুনা তা পাংথি। কৈ তা থাদোক্তুনা ৩ংদুনা চোংথে। নোংবান শাওনা থেদোক্তুনা লৈ ]। শোক লাকপ্রা ইতাও ?

নোংবান— শোক লাকপ্রা হাঙ্গিবদে ?

খম্বা— শানা —

নোংবান— করি ? ঐনা কাঙ্গরবা পাম্ব নংনা তাম্বোক্লে। ঐদি লাইনিংথৌদা হৱৎলগা অমুক হন্না কাররোই নং কাজরো।

খম্বা— হাঁ— মুংঙাঙ্গদা ইতাও। পাম্ব মথুং চন্নমবা— ম্লাইবা মাংলগকবা—

নোংবান— মংনা থন্নাই কনবিবা ? মুংঙ্গাইনা নং-ঐ অততাইনি— ঐগী থন্নাইবু নংনা কমবিবা— লৈপাক্লবু ম্লারোঙ্গিনে।

খম্বা— ইতাওনা লাওথিবা থৈবাক নিংথৌ লোক্লনবু তারমগনিদা ?

নোংবান— তাবু তাবিরম্মদি লোঙ্গিয়ে। ঐনা লাওথিবা— ঐদি খম্বা পাম্বা লাকচরে নংবা কমদৌরিদনো —

খম্বা— হুঁা — মংগী নত্তৌসিদি শাওনিংদি হাঙ্গিরম্মু নোক্তবা কা ওমত্রে হাঁ—হাঁ—হাঁ.... .... .... ....

নোংবান—নোকউ—নোকউ—মিগৎলম্মদি থেরমনম্বদি নোইদ্রে। মথুং ইথুং শন্নদুনা লাইনিংথৌ ম্লামাং য়োরগা থংজোইব্রজো লাও চৎসি ( খম্নী মথুং পাঙ্গগে তোকা খবরা কাদ্রোক্তুনা। )

খম্বা—চৎথোকউ য়েংনিংদে। নং নথম্বা লাওজরু হৎলো।

নোংবান—নংনা চত্তবদি ঙমগদ্রা ?

খম্বা—নোংবান ! নং ঙসি কাপি পংহেন হেন্নকনু কৈ কাব তোক্কুনা—ঙা চাহুনা তোকচনি

নোংবান—করি ?

খম্বা—করি হাঙ্গিবদে ? [ নোংবান খম্বা তা শিংনম্নকপদা কৈরোঙ্গ-জাম্বা চংলক্কুনা ]

কৈরোই—কৈদি কাম্রহুনা—নমানিদি কৈ কিবদগী য়ায়েলশং কাদৌগী লোইনরম্মে ?

নোংবান—কৈবু থোঙ্গনা কিজরুবগী নত্তে অঙথন্নু মতাবিন্নু—ঐনা থম্নাঙ্গ খুবাক্তা হাপ্তুনা কৈজাও অদু ভায়েন তা খেংকচং য়ৌনা থিল্লবা কারগদবা ঙহাক্তা ঙাঙ্গম্নবদা ইতাও খম্বা লাক্কুনা মখৌ লৈতনা তাবাংবিন্নহুনা পাম্ব চেনখ্রে মসিদবু শাওনিংঙঙ্গদবা কনানো ?

খম্বা—ইং-কৈ'থাদ তা খিনবদি অখিনবনা শোক্কুনা কৈনা কারমগদবা ঙহাক্ত ঙাঙ্গম্নবদা ঐ লাক্কুনা মখৌ লৈত্তনা তাবাংবিরে হাইহুনা পাম্বা শাওহুনা চেনখ্রে ' মসিদবু শাওনিংঙঙ্গদবা শা করনো ?

কৈরোই—ঙাঙ্গখো—নমানিগী য়া অমত্তা তানীংদে। নমানিনদি মরোন থোকপনিনা শিত্রিকাও ঙাংবা লোঙ্গরবোই। অমনা ইনাও অমনা ইশেন—অমগী মিচংন্নু ঐ চংজনিংজ্রে—য়ায়েনগদবা—

নোংবান—অদুনি ঐন্নু হাঙ্গজরিবা—হেক্তা লাইনিংথৌ সনা মাং ম্নৌরসি হাঙ্গজরিষনি।

কৈরোই—ভাঙৈখোনে কোংয়াম্বা! ইয়াম্বনা হাঙৈদৌরিসে নং নংগী অচুম্বা য়ায়েল থুনবগীদমক্তনি। অয়ানবদি লাইনিংথৌগী মথন্তা হেক ভম্মোই লৈবাক্কী অওম্বা ময়াম তাময়িঙৈদা কুমশিগী লোইরোই। য়া শাংথররোঙৈদবা অচুবনা মিকুপ্তা য়ায়েনজনি। কদাঙৈ ওসাইগী পাম্ব থিম্নি হাঙৈবা তারেনদ্রুদে।

নোংবান—সিনি—তারেন খোকচং য়ৌরুরবনি[ তা পি কৈরোঙৈজাম্বা য়েংদুনা ]

কৈরোই—চুমই চুমই কন্না থিম্নুরেদা ইনাওদে। নপাঙ্গল লৈজবা মথৈ থারুরমালেহে পাম্ব মশা কাওখিদুনা লৈবাক্তা তাজিন থুন্না চংলুরে ঐ কন্না অমা পক্তমথৈ লৈকুপংক্তা পক্লেনেসে। চুমইদনা ইনাওনা হাঙৈজবা। য়াম্না য়াম্না হোৎনজরম্মেদা সে—সে হৌখিবদি হৌখে—মতুংদদি খম্বনু প'ম্বনা ওমলে নোংবান নং হুম্না য়েংলুরমু। নোংবানবুম্ব পাম্বন ওমলে খম্বা নংম্থ মতেং পাংবা য়াদে। নশা নশা কপ্পদুনা পাম্ব কানবা থৌরাংজরো। অমনা অংবু য়েংনফম খোক্কে লৈবাক্কী কনবতা কৈজনবা নত্তনা নযানিগীদি চিঙু থাংজিংগী ক্ষেন চাংয়েংনি। শমজি থাঙৈনরো।

খম্বা—অদুদি ঐ শানা চোংখিবা মাইকৈ সোমদা চৎচগ্রগে।

[ চৎখে ]

কৈঃ—চৎলো চৎলো শেকৌরেন। নোংবান নংদি?

নোংবান—সোরাঙৈদ য়ুম লৈখিনি।

কৈরোই—কৈহৌরো লৈহৌরো। [ খম্বগী মতুং ইনখে ]

নোংবান—মথৌ কৈতনা লাক্কৃনা নিংবা পুবা হেক কাঙ্গদা [ কৈ ওংলকই ] হাইস—পাবসি চৎথোক্কনা—থম্বা রাখনপুবা তায়োরে। [ য়েংবগা ] ইঃস চাওখ্রদা মসিদে—হায় থাব ! খংঙসিদি নোংবান ইপুতা য়াইবী মাংহুনা মোইরাং থোইবী এরী ওইবা তায়েদো। লাইবক্তা ডমখ্রবা নং হৌজিক কদাঙ্গদা লিৎকনি ? কৈয়ুনো পঙলবা পা ! [ মথোং খিবা চোংশন্দুনা তাবা থিনি কৈনা চোংশল্লক্কনা তাজিন য়েথনা পাইখিদুনা মুরবদা কৈনা ত। মুনখ্রে। নোংবান চোংথোক্কনা খিবক তৌদুনা—] কৈ-কৈ মুক্কো—পাম্বোম পাক্লক্লনা নম্‌দুনা থগে। [ চোংশন্দুনা কৈগা নম্বদা কৈনা মথক থংদুনা লাকপদা ] আঁঃ — থম্বা — উঃ — ই— মা—[ থম্বা কৈরোইনাথ থোরক্কনা ]

কৈরোই—পাম্ব ওংখিবা লোমদনি নোংবানম্ব উক্রে—

নোংবান—আঁ—

কৈরোই—শেলোরেন ! নোংবান শানা শোকলে তু—

থম্বা—মহাক্দে থম্বদে থমহুপী মপ্রদে চেনগম্বুদো পাবা ! [ মথোংখিবা চোংশন্দুনা কৈদা তাবা থিনগে তৌবদা পাম্ব ওংনা চেনখ্রে ]

থম্বা+কৈরোইনাথা—[ ঙৈনা ওংলবা নোংবানবু থাংজোক্ক্রা ]

থম্বা—অথৌবা! থোংলৈ থম্বা থিনখ্রে যাম্বোগম্বকো।

নোংবান—ই—শিং—ইশিং—[ক্র-ক্র ওম্বা থাংখি ]

থম্বা—ইবাই ইবুংঙো। এ ইশিং থিজরুগে। [ থম্বা চৎখ্রে ]

নোংবান—কং-লে—চাক—লে ই- শিং- ইশিং- থ-জি মল।

কৈরোই—কোংয়াম্বা ! নরাইবক থিখে্দা খর হায়া থেংনরম্মবদিকো

নোংবান—য়ারে—চাকলে— ইমা—ইমা —ইশিং—উঃ—

কৈরোই—নতাওনা পুরক্লনি ওহাক্তং থাংউ ইবুংঙো !

নোংবান—লারে—ঐগী অরোইবা মতমনি ঙাকপিয়ু—ঈশিং থক্তিক্তহি পিথকউবা ইতাও—খম্ব-খম্বা—পেম্না কোক্তহৌগে—নঙোন্দা ঐ য়াম্না—লারে—নংনা শামু থোংদায়েত্তূনা য়াখিবা—ইশিং নিবদা ঐনা পিথিদবা—ইতাও নংসু কত্রবা নোংবান—ঐ ওক্টরগের৷ ?

কৈরোই—ইবুংঙো ! ইয়ামবনি নতাওনা ইশিং লৌথি্ পুরক্লনি।

নোংবান—কনা ? ঐগী কনা লৈত্রে খম্ব নত্তে ? মা - ঈশিং লৌথি হুম— মা—ঐবু ঈশিং পিথকনিংওই। ওহাক্তা— লৌবিরু ঐবু সুংশিবিয়ু ঐ থাংবা ওমদ্রে।

খম্বা—( খম্বা ইশিং পুরক্ত্না ) অখোবা ! ইশিং হাঈবিবদো লাইবক থিরবনদি পুক্তরক্লে অঢ়বু [কুম্বদুনা ঙাঈদুনা লৈ]

নোংবান—[কপ্পা] ইতাও—খম্বা—সুংশি মি·থৈ কৌক্তবদা—অচাকথৈ মুত্তূনা অইংবা সুংঙাঈবা পোকঈদি হাঈববু—নিংওমদবা মৈচাক্লা অহোইনা থাংওমদ্রে ঐগী দমক ঈশিং—? নোংবানগী থক্লবা খম্বনা ঈশিং লৌরুবা ?—মতিক চাদ্রে্ক্ থ্রক্ কংদুনা চাকথেক্ত্না য়াইবা থরাক্ত মাংবনসু - লাংজাথবা ইরানগী মতিক চাদ্রে লানথে্ য়াম্ন লারে· অরানবা নোংবান্গী মপোক্ত মীনম্বা তাঈবংদ ওক্টপ্রবা মালেম পুংবু থু ননব চংকনি হোৎনখাবা হাঁ—লৌনম্ব৷ বাখন হ্যাঁ—হাঁ - ই—

খম্বা— হে অথৌবা! য়া ঙাংবিনু য়াম্মা চোকথরনি। ঙহাক পোথারগা ভোল্লবগী সমু-নমদা পোজগে লেংথোক্লসি—

নোংবান— হাঁ— পোথাবা! খম্ববু নোংবান্না উবা মুম্বিৎতগী ওসি কাওবা মাংননবা শিনবদা চাগনি থক'ম খংলক্কুনা পোথারক্ত্রবা নোংবানগী চেংজেল লৈত্রব', পুন্সি মতোন লোমদুনা নোংদম্বগী থয়াস্তা তারবা, নিংঙমদ্রবা ভেল্লবা মতম— খম্বা-নোংবান অনিগী তাঙ্গৈবং খোংচত্তা পুকচেল খোইজেল তিন্নরা থম্মোইগা থম্মোইগা অমত্তা ওইজন' চিন্নবা মতমসিদা— তুমিন্না পোথাদুনা লৈথোকপা— আঃ— খম্বা-নোংবান য়েং-ওই খুং-শন্না লৈবাক্কী কল্লক-য়েক্লা মাংহন্না পাল্লদিকো— হাঁ— মুংঙমদ্রব' পুন্সি মৈচাক্লা হিংঙমদ্রবা হকচাংদি কংলে, নিংজ ময়োম্দি তনৌ-তনৌ শান্নবা তাঙ্গৈবংথক্তা লৈঙমদা চোংলি— হে ঙাকপিহৈরবা! ইতাওগী থৌজাল লাঙ্গৈজ থিকপিদুনা নতাওবু ব্রাংলেন পুম্বোঙ্গ মুক্তদি ইংহনবিয়ুগবা! [ নাহেনা ] চাক্লে ই—শিং—

খম্বা— নিংবা কাঙ্গৈবিন্নু অকনবা! লাঙ্গৈয়েং মাইবা পাওতাক তুংইন্না পুক্লিং পেন্না কাল্লুসি—

নোংবান— চুমই— ঐ নংগী অনিশুদ্রবা য়েক্লবা — ইন্নাবগীনি —

খম্বা— ইতাও! ঈশিং লৈরে — [ নোংবান ময়া কাথোক্কুনা খম্বনা ঈশিং পিথকই ]।

নোংবান— ঈংলে-পেল্লে— ওসি কোন্নৌ নোংজাদা কেগে মোইরাং লমদম, মুংঙাই ঈথকহৌ হন্নাও ঈপোম কা, অন্না চাংজৌ

পাখরো, ভাইবং মীরেন পুম্বা। পাক্লবা মুংশি লাঙ্গইজ ঈরাইদা, পোম্লমবা ম্না খম্বাল, লৈকাফন্ নিং-তম্না কোয়ৌ-খাজ মতানগুম মক্তা, তাঙ্গৈবং মালেমথক্তা; মুংশি লৈনম শিন-থুংনা কাও, ভাম্লসনো-শক্লয়ো শোম্লয়ো— ঐন্থু পুন্সি ঈরেন ম্বাংমদা ইংলবা পোইরৈ লমদমদ:— পাম্মু মুংশি শিদ উপাল মরুম থুপ্না চিঙ্ক কোলোয় শোঞ্জরুয়গে— [ লেকথখে ]

কৈরোই— ইবুংঙো! মীওইবগী অঙ্কবা ওঙ্গনবা ইনাওবু নোঙ্গা নোঙ্গা যাম্বনা কাঙ্গবগে।

খম্বা— অখোবা! নংগুম্বা নিপানা তাঙ্গৈবং থাদোকপদি মীওইবগী মাংননবনিদো—

*"Light Off"*

# ৭শুবা উৎপা

## "লৈকোল"

[ থোইবীনা খম্ববু মুংশিবনা অঙাওবীগুম কপ্পা ]

থোইবী— পেন্দবা মিৎনা মুংশি শক্তম লাক্লা পাম্মু মাইকৈ য়েংবদি ভমখিরবা নোংদম্বগী হৌমশা খুৎশেমনা উঙমদনা থিংবিরে— কাওঙমগ্রবা খঙ্গোইমুংদা মুংশি চেংলৌ ময়েক লানা পাম্মু লমদম উবদি খাংচৌং চীংজাওনম্থ খনঙমগ্রে অহোঙ্গনা অপাম মুংশিবু হেঙ্গৎলে। নিঙোন ওঙ্গবীগী পুন্সি লৈরাংবু শিল্লংবদা মরু হঞ্জবা লোক্তাক ইঞ্জিংবদা ময়োম চোং উকাঙ্গ

কাপ্পদা লৈরাং মউ ক্না কাওকাওৈদা লৈরাং মমি তম্ মুক্না লমজেন্দা লৈরাং মপুং ক্না শামু খোংয়েৎপদা লৈরাং ফুগাইনা শাৎচা লোঈকুম লোঈকাদা মুংশি লৈনম য়েঙ্গবা চীওদা শাৎপা ইওেন লৈওম চিন্নদনা কেবথ্ৰা পাম্মুবা! খোইবী ঐনা মুংশি নাক্তা য়োয়োঈদবা পাম্মু কাদা থুংওঈদবা লৈরবদি কংলবা য়াতেক চৈনুনা চিঙুগী হোনসা সিদবুঙদা য়া ময়েন চোং পাম্বী কানা করিগী হোঁরি?

[ সেমুন মাং থা খমনু চংলকই ]

সেমু—চংবিরকউ—ইংেম্মা! ইনম্মা লেংওক্লে। [ খোইবী য়া ওাংবা ওমদা মিত্তা ঈরা চেন্না খমনুবু মিৎকম হোংদনা য়েংই। খমনুনু খোইবীবু ওহাক য়েংলগা ]

খমনু— চমু লক্কগী অহেনবী। মুজা পুম্নদগী অখোইবী! তাঈবং পুন্সিগী পাক্লবা অয়া ঈয়াইদা ঈবাক্লরবী খমনু তাম্পবা চাংজো লানওমদা ওাংনিংবা য়া ওাংওমদা হাঈনিংবা য়ান্ন হাঈওখা কল্লবা ঈচেন্না পুরকপা ঈশুংবুংদা পুন্সি লৈরেল মুক্রিৈ খাং- হৈবা পন য়াংমা লাল মুপীজা খোদাং উৎলমগে। ওাংনিংবদা অপনবা লৈত্রবী! হাঈনিংবদা অথিংবা নাইত্রবী! নিংতম্না কেগে মোইবাং ময়াঈদা তোমখিন শাৎপী থম্বাদও! করিগী তুমিন লৈবীরি?— খ্বাইনদি পাজন্নে হাঈনরবা খমনুদদি নবা মিলাংনরিবা লাঈরা ইদুনিংথো খম্বদো মাচেমগী সেগাজগী মুন্দুনা মোইরাং ওবমথৈ তানক্লনা পাম্ব কেবেল য় মক্তা য়াইবী মাংনবা থাজনখে। কনা লৈজনী খমনুদনু মোইরাং চমু মথৈ য়াতাম্না য়াইবী লোগে খোয়াংত্রিত্র? করি য়াৎলি শকহেনবী?

থোইবী—নুঙ্গা ইশু'লাংগী পান্মুনা য়াঙ্গৈবী মাংবা থোক ভুংইনবতদি ওমজনিদনা থর‌্যাঙ্গৈদা অমকপা লৈজদা খুমনগী মৌশিংদা চঙ্গগে থোৱাংজবা খুংচানা ৱারকপিয় ইকোক নোয়া য়াজরি।

খমনু—হাঁ—ফজবা লৈতেং পুম্বনা তাংজনকম ওঙ্গৈরবী। ফজরবী নহাক অসে ওসিদি খমনু ঐগী মিত্তা হিংচাবী শাশরবী ওঙ্গৈমা উ'র—চিক্না কমা খংদা য়াতাজবা য়াকাঙ্গৈবিরে ইচিন ইপ্‌াবু চিনবামথোংগী অথুম ৱাহৈনা ইত্তুনিংথোব মচেমগা শেৎননা থারবা হু পিথকপিরে অক নুংঙাঙ্গ পামজদ্রে নি খি ফজবা য়েংজনিংদ্রে ময়ুম মোইরাং লমদমদা মনিং নথা তম্বীনি তোন্নবী লাঙ্গৈরবী খুমনবুস্ন ইত্তনি'থৌ মাং থা ইখুাংদা নুংজাও পুন লোক্তাক ওামী থেমন পেম্না পানবিয়ো ইবেম্মা!

সেম্নু—ইনম্মা! হাইহৈদে চিঙ্গু থাংজিংনা কৃবিনি—লুরবা তাংকম অসিদা পুক্নিং অমত্তা ওঙ্গৈ খয়ুম লাইগী মফমদা কোনয়াই ইত্তাজসি হাঙ্গৈনা মনমা ইবেম্ম কৌজবনি নিত্তমশ মৈচাক নেম্বীসি।

থোইবী—অর্না নোংদম ইশরুকনি থোইবীদা রাজ্ববা মত্তনা খাইনা তেংথা খোঙ্গেন্না নোংদোন শিন থুং মিৎস্না তরং হৌনা মাঙ্গেম থুম্না শিল্প অর' কিজোলতা থোন্নবী! লাঙ্গৈমা খমনু শঙ্গাঙ্গৈদা খুমনগী মৌ থোইবীনা হয়াও মীনোক তম্না থোংদাঙ্গগে নিংজবা নিঙ্গোলবু য়েংনিংদবা মাঙ্গৈথোং শুক্না পুম্নি চুপ্পা পৌমোন্নবিয়গেরা?

খমনু—শুমহৎনরবী! মিরবা খোঙ্গেন্দো খুমলবা খোঙ্গুংদে তারিঙৈ-দদি থম্মোঙ্গৈদা পোথাবা পিরম্মি—খোঙ্গোক্তুনা লোইখিবগা

থমন্নুগী থম্মোইদা অকোইশ্নরকইবা মৈ অসিদি তাঙ্গৈবং কন্নানা মুৎশিন্নরোঞ্জ। লাঙ্গৈরম্বীগী থাজদো কন্নক য়েংথি চিংজাওনা থনশ্রে, য়েংজবা মিৎকি শরুকনু তামলবা অহাংবদা তিন উগুমদনা য়োইরাংসে পুন্সম মযু:শ্রে কজবনু উদয়ে, অইংবনু লৈতয়ে অচিকপনু যাংথরে, তাঙ্গৈবংসি পুমহাং হাংথয়ে। ঐগী পোথাকম কনাঙ্গৈদবো? লমদম কৈদা লৈয়গা করি লমদা চৎলগা ইন্তুনিংথো চেংলৌ উজনি! লাও—নথে ঐগী থম্মোঞ্জ শেংনা মুংশিনিরবা লাঙ্গৈরবী থমন্নুগী খুজেং পালোঙ্গৈনা লমজিং বিরো ঐথোঙ্গৈনা ওবা থোনা উতুনা ইন্তুনিংথোগী য়াইবা কলহোরুসি লাও!

[থোইবী সেন্নুগী খুজেং পাঙ্গৈনা চিংনুই।]

নাইজহনবা মণুংদগী—ইবেম্ম! মনাই নাইজহনবা মু' থোগল ওহাক কংজগে হাঞ্জ'বু চংজরকপা য়াগত্রা?

থোইবী—সেন্নু! নবুংওোগী পাও তারনি। কৌশল্লু-চিও, থা:জিং—

সেন্নু—চংবিরকপা য়ানি হজবা!

[হজ্রবনা চংলক্কুনা খুন্নগা]

নাইজ—মচে ইবেম্মনু লৈবিরমই?

থমন্নু—হজ্রববু কদোমদগীনো? থোইয়েত্তাকলোমগী প্যাওবু—

থোইবী—হজ্রবা! কমদোয়ে?

নাইজ—তোগাব তোগান তমজগত্রা পুন্নপ তমজোগা?

সেন্নু—য়াকোঞ্জ কানজে হজবা কৈগী য়াবু কমদোয়ে?

নাইজ— অহানবা খেংনবা কৈরেন যাখোংলোন পাম্বনা শোক্লে—

অহমনা— কনা ?

নাইজ— কনা ওঙ্গৈবি ইবেম্মখোই ! কবুই শলাং মাইবনা কনা কন্না

যেংহুনা হোংলৈ মাগী মতম শুরমাল্লে— মরাইবক বিথিদা—

অহমনা— কনানোনে ?

খমনু— মরাঙ্গৈবকথিব' অদুবু কনানোনে হঞ্জবা !

নাইজ— মমিংবু পল্লিংদেদা ইবেম্মা ! মজাইবেম্মগী মপ্না য়াথং কংজ-

রবদি —

খোইবী— কন'নো হাঙ্গৈগো হঞ্জবা পন্নপু—

নাইজ— ননাই অঙোম বিংখৌ মপারি —

খোইবী—সেম্নু অচানবী! [ নুংঙাঙ্গৈথি ]

খমনু—[ কপ্প' ] নোংবান যাইবী মাংশবা ? ইস্— কবি ওঙ্গৈরমিগবা

অশোকপা পলেম পম্মৌ কেগে মোইরাংগী অন্নাবনি ।

খোইবী— হঞ্জবা ! কেগে মোইরাং মিয়াম চংহুনা ছজিক কাওবা

কৈ হাক্লিব্রা ?

নাইজ—মীয়ামদি চংদে কৈদি ওসাইনা লাইমাং য়ৌহুনা শবেন চনথহুম

লোইররিনি ইবেম্মা !

খোইবী— কনানদি কাই হঞ্জবা ?

নাইজ— কনাবু কাবা ওমগদগে হ'ঙ্গৈজত্রবম্ মথংবিররিনি- অদুবু—

সেনু—হংজনিং— মপ্না পুক্লিং পোল্লবা হঞ্জবম্ বিৎ মরেক চুপ্পা মতমউ ।

নাইজ—ইবেম্মা ! অওকপা খোনা'নি— লাইগী শানি হাঙ্গৈরিবা কৈজাও

অদুদি খম্বু খমখো শা অদুগী হেনবা কৈজাও তয়ামুক অমুক্তদা

মায়োক য়াগদবা লাইমকী পাঙলনি— করিনো মীয়াম্না তিম-রম্বগা— যম্না ও মচা কাবগুম ইরাঙ্গী লাইনা শারবন্তদি—ময়ামনা ন্নিংলম্বগা থাপ্পমনখ্রুনা ঐ কাওবা ঙমদৌবে'ই খম্নু'রে।

সেম্নু— মীশক্তি ইপন হেক পঙ্গে—

নাইজ—থুমন্দা পোকপা মোইরাংদা চ'ওবা অকনবশিংগী মকোক—কাওরেন কাবা, লমজেন্দা, কাংলৈপদা মুক্ত'দা মপা লৈত্রবা মোইরাংগী অথোইবা, থুমনগী অথোবা পুরেনবগী মচা ঙাংথ-রৈমা মপারি খমন্নুগীদি মহুনিংথো অমুদোন মোংয়াই শাজোবা পাম্ব কৈরেন নমনা কাবা সিজ মতৈ খম্বা।

থোইবী—হুঁ।— হন্নুবা অঙাওবসিদে নংনা ঐবু থাজবিরে ?

নাইজ— ইবেম্মা ! হন্দক্তি য়ায়রোই লোত্তুন' হিংলরোই চেন্নুনা ঙমলরোই লৈবাক নিংথৌ য়াওনা পাবুংনা মাং থা থুমন্দা নমহুনা থিনগদবা ঙহাক্তা ঙাইরে।

থোইবী— পাবুংবু কৈ লাইনা কাম্‌ন্নি হাঙ্গৈহুনা মরে তৌগ্রাও ?

নাইজ— পাবুংনহুম "ইম্মাক খম্বা কৈয়ক্তা হুপ্পিনবিরে" হায়হুনা—কৈপন্ শগাঙ্গৈথক্তা ক্রুং ক্রুং চোংহুনা মীয়াম চংহুনা কানৈ ইবেম্মা ! পাবুং স্না য়াথং মজাইবেম্মা থোরাং লোঙ্গৈরম্মো ভাকপিহুনা ননাই চেপ্পরকইসিনি।

থোইবী—[ মঙক্তগী লিকপয়েং লোথোক্তুনা ] ইপু নাইজহনবা। থোইবী ঐগীদমক অত্রা কোঙ্গাঙ্গৈ মায়োক য়ায়রুবনি। মতিক্তি চাত্রে ঐগী স্না লিকথাংসে। [ মঙক্তা হকপি ]

সেম্নু—পিয়ু ইবেম্মা পিয়ু—লৌ ইপু লৌ—

মাইজ— হাঁ- হাঁ - লৌরেদনা— সোমগী লোঙ্গিনরসি মচেম হুং— মনমা ইবেম্মগী মোনা পাংদমজরবন্নু ঙাখিরে খংবিরেদনা ?

খমন্নু— য়াম্নদি নুংঙাঙ্গীজরে অদুবু মোইরাংদা তোমখিন ঙাম্নবা অঙোম শাগৈগী থাংগৈনা মতম চাপ্পা মুংখিবা অরা শরুক য়াজদবা ঙমজদে। কেগে কমাংগা খংবিদা মোইরাং কনানা য়েংবিদবা ইপাবু অসি য়োনা রাংনা থাজংদ্বিরম্বা মীথোই মীহেনবা মহাক্না তঙ্গীবং চুংঙইনা অমদ য়াইথোংবুম্বদা রাদনা লৈবা ঙমজরে।

সেম্নু—ইনমা অমা অরা-অনা কোইমা হেক মানা থিজুনা য়ানরবদা হোৎনবিদা নুংঙাইবা মতেং অমা কাওবা হেক পাক্লেদা।

মাইজ— ইবেম্মা সেম্নু য়াবা মুংঙঙ্গীবা পুবা ভুংঙঙ্গীনা— পম্মো শকপা থোংলেন অমদি মমান চাওবনা মনম্মা ইবেম্মনু হন্দকী তাংকম অসিদা অঙোম লোমদা—

[ খমন্নু নোম্নি মাই নুকথখি অহৈন্নু য়েংনদুনা নোকখি ]

সেম্নু— ইনম্মনা অঙোম অঙ্গগী মৌ ইবেম্মনা খুমন অথোবগী মো মশেমগী মথাঙ্গীগ্গা মনাওগা মনম্মগা অমনা হেন্দে অমবা তদে হয়াও পুংমাই লেপতুনা নুংঙাই মীনোক ঙাম্নদি হাঁ - হাঁ— চুনরে - চুনরে—

চিংথুবা মপান্দগী - সেম্নু ! মবেম্মগা থোংনৈ খরা থুমকউ।

সেম্নু—পবুং লাকচরে—খা - ইনম্মনু থোরাংবিরুনবা লেংবিরম্মো। হন্নবা ইনম্ম ইবেম্মবু—এঃ য়াম্ননি।

[ হন্নবা চৎলে কৈয়োইজাখা খম্ব নুক্রাম চংলকই। ]

খমনু—ইছু নিংথো।

খম্বা—পলেম শক্কবী! [ মচেমগী মখোং কোয়খি । ] ইচেম—হন।

খোইবী—তাদ সেজুংবা।

কৈরোই—মঙাইরবেম্মা।

খোইবী—মুমলোমদগী লাকপিরিব্রা?

কৈরোই—কদাঙ্গেনগীদো ইকেম্মা, খোং ওইবগী তপথুবনি পুক্কিংদি ওসাইনা মকমসি য়োথুবনি।

সেম্বু—রাম্বিদি কোন্না শং খলগত্থু শাবা ময়াই। হৌজিক হৌজিকী অথুবা বংনবা ইনমা ইবেম্মা খোংটৈদ থুখিবে। মাইককোন্দা লেংছুনা থোরাং লোইনবা—

খমনু—লোইবা নাইরবা অরাবা
তোল্লবী খমনুগী ইশকুক্কি
খাম্বী মৈম্বুংদা তৌরকপী
ইংলত্রা হাইনা খঙবা—
অমুক ওসি নৌহোনা
লাম্হোকপা ওমদা লুপ্পখি
তমথিনা লুরবা ঈয়াইদা।
চিঙ্ নোংদম তাঙ্গবংদা
ইচিন ইপা লমজানি
লাইর খেঙং লাংছুদা
লুপীজা মপোক তোম্বিদা—
চংনবী মাইক ভানবদা

ইচু মিংথৌ লৈহৌবি
থুমন মরান য়াইহুন্দা।
[ কোয়ৌ নোংদোন য়েংনা মথুৎ লোমনা—
পস্থৌ ইপা ইবুংঙো।
পলেম ইমা ইবেম্মা!
কোয়ৌ মোংথোং হাংদুনা
মচা নম্মা—নমোম নমৌ
ঙসি কোয়ৌ সিদগী
পুয়োক লাম্যোমজবা
য়াইফ থৌজাল মিৎয়েংনবীয়ুকো—

কপ্লম্বদগী মালেম লৈদা হাঙ্গৈথদুনা য়াম্থখবে। ময়াম চংদুনা লাইজ থিরেম চাইখি!!

—থমলে—

